(১) তবা শুংবম

# [illegible]

# [illegible]

## পুৱারি থাবী থিরেন্ থৌনিরোন্

থৌরম পরেং অনুবা




পুথোকচব:—

সগোলসেম রাজমুহোন



অহুক হন্না নমথোকচবা : মেক্সেন্দ্রম বুলান মৈতৈ, উৈশেশকপা।

নৈকম : খোংসেন তাইবী লাংথাকপান (তুজা)।

# মনুংগী হিরম মচাক্সিং থৌমিরোন দি

কংলৈ পাকী ক লৈচা মৈতৈ ইপা ইপুগী লাইনিং লাইসোন, লমচৎ-লিচৎ, পরম-কাংলোন, লোইন, সিলোল, চৎন পথাপ, সিং মতম খরা পারব লৈচিন কুপ্পন লৈরে। অহুবু মতম কৌবি লাইরেম্বী ইমা, অওনবা লাংওন, অমা কাওরক্তনা, কোলোই মিংলেন, পনবদা তুজুংলব পম্বৌ লাইনিংহন, ৭ না মৈতৈ লাইনিং মরুপ, পাখংব লাইনিং – হাইন, পারব লৈচিনবু লৈচিন পোমাই হাংদোক্তনা, লাইনিং লিক্লম, মীগী মাইথোং সক্তম, লংলা লংচিন চিংথোক্লকখি।

লাইনিংহন

১। লাইথুরাম, ইবুঙোহল     রাংখৈ
২। নিংথিব ময়ুম, সনামচা     রাংখৈ
৩। রাংখৈময়ুম, গুলাপ, মচা     রাংখৈ
৪। কারাম, বিহুর     রাংখৈ
৫। মোইরাংথেম ইবোতোম্বী     রাংখৈ
৬। সমজেৎসাবম, কোবা     থাংমৈবন,
৭। চোংথাম, মেরামচা     খুরাইলমাবম লৈকাই।

চৈনৌ সনামহি কৌনা সলাই সকোক অসিবু নৌনা পাওতাক পিরম্বা অসিগুম্বা রংখু মতমগীদি খোংলৈন, লৈচিনবু কুপ, লুব লৈসেম, লোন্দী অরিব লাইরিক হৈনা তুংইমা, সলাই সকোক অসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী কুমসিং চহি ৫০৪৭ সজিফু নোংম পানব অসি নোংমাইজিং খৃঃ ১৯৪৭ সকাব্দঃ ১৮৬৮/১০/৯ ইংদ কোংদোক্তন লাইনিং লাইসোন লংলা লংজিন চিংথোকপিরম্মী।

লাইনিংহন, সিংন মঙাং-লুরাং-খুমন, অহন্নক্ত তারুম পাখাং কোক, পুখাং কোক, সিররম্ব চীংখোং পোইরৈতোন, মৈগুম, মুৎ-তব, মোংব তুরেল মুহন ইগুম তঙব, চীংসাং খোংরেন হিগুম খুম-

থোইবা। খম্নাং পুবারী, ইরেং পুরাম্বি, সকোক্‌লম্‌লেল, পুতিন, লাংবুম, থুম্নুং লমচৎ অরিবা লাইনিং থৌরম অসেংব, পুবারী খিবকপু ওয়ুম তাংজ লুদ থোংন লাইনিং মক্লপ। খিবকপ, পুরকপ পুম্নমকপু রাংথৈ ওলাপশমচাদগী নিংথৌখোম্বা ঐনা ইথোকচবনে ॥

---

নিংশিংজবা রাকম, অমা—

য়ুম্‌সেং নাহৈদ, লালন, থৌরমগী চৎন পথাপ, অসি "থিরেন, লাইয়াৎ" তা ইরম্বন পোক্‌পা-সিব মুমিংংগী ১২ নি সুবদ য়ুম্‌সেংব, ১৩ নিদ লাল্‌ন থৌরম, তৌগনি অহুম্না ইরম্মী। অহুবু "সকোক্‌ লম্‌লেল," দা ইরম্বন—পোক্‌পা-সিব জমিংংগী ১০ নিদ য়ুম্‌সেংব। ১১ নিদ লাল্‌ন থৌরম, তৌব হাইন ইরম্ব অসিবু লৌথংতুনা, লাইনিংহন, সিংন চৎনরম্মী অহুগী মতুং ইন্ন ইজখিবনি ॥

---

# মনুংগী হিরম-মচাক্সিং থৌনিরোন দি

---

কংলৈ পাকী ক লৈচা মৈতৈ ইপা ইপুগী লাইনিং লাইসোন, লমচং-লিচং, পরম-কাংলোন, লোইন,-সিলোল,, চংন পথাপ, সিং মতম খরা পারব লৈচিম কুপ্পন লৈকয়ে। অদুবু মতম কৌবি লাইরেম্বী ইমা, অওনবা লাংওন, অম্বা ফারেক্তুনা, কোলোই মিংলেন, পনবদা তুজুংলব পন্থৌ লাইনিংহন, ৭ না মৈতৈ লাইনিং মরুপ, পাখংব লাইনিং — হাইন, প'রব লৈচিনবু লৈচিন পোমাই হাংলোক্তুনা, লাইনিং লিক্রম, মীগী মাইথোং সক্রম, লংলা লংচিন চিংথোক্লকখি।

লাইনিংহন

১। লাইথুরাম, ইবুঙোহল খাংখৈ
২। নিংথিব ময়ুম, সনামচা রাংখৈ
৩। রাংখৈময়ুম, গুলাপ, মচা রাংখৈ
৪। কারাম, বিহুর রাংখৈ
৫। মোইরাংথেম ইবোতোম্বী রাংখৈ
৬। সমজেৎসাবম, কোবা থাংমৈবন,
৭। চোংথাম, মেরামচা খুরাইলমাবম লৈকাই।

চৈনৌ সনামহি কৌনা সলাই সকোক অসিবু নৌনা পাওতাক পিরম্বা অসিগুম্বা রা-মু মতমগীদি খোংলৈন, লৈচিমবু কুপ-লুক লৈসেম,লোন্দী অরিব লাইরিক হৈনা তুংইন্না, সলাই সকোক অসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী কুমসিং চহি ৫০৪৭ সাজফু নোংম পানব অসি নোংমাইজিং খৃঃ ১৯৪৭ সকাব্দঃ ১৮৬৮/১./৯ ইংদ কোংদোক্তুনা লাইনিং লাইসোন লংলা লংজিন চিংথোকপিরম্মী।

লাইনিংহন, সিংন মঙাং-মুরাং-থুমন, অহুন্তক তারুম পাথাং কোক, পুথাং কোক, সিমরম চীংখোং পোইরৈতোন, মৈগুম, মুৎ-তব, মোংব তুরেল ফুহন ইগুম তম্বব, চীংসাং খোংরেন হিগুম থুম-

খোঁইদবা। থম্মাং পুবারী, ইরেং পুরারি, সকোকলমচেল,, পুতিন, লাংথুম, খুমুং লমচং অরিবা লাইমিং খোরম অসেংব, পুবারী খিবকপু ওয়ুম তাংজ লুদ খোংন লাইনিং মরুম। থিবকপ, পুরকপ পুরমকপু বাংথৈ ওলাপমচাকপী নিংখোখোম্বা ওঅন। ইথোকচবনে ॥

---

## নিংশিংজবা রাক্কম, অমা—

য়ুমসেং নাহৈব, লালন, খোরম্গী চংন পথাপ, অসি "থিরেন, লাইয়াং" তা ইরম্বন পোকপ-সিব মুমিংঙ্গী ১২ নি মুবদ য়ুমসেংব, ১৩ নিদ লালন খোরম, তৌগান অঙ্কম্না ইরম্মী। অতুবু "সকোক লমচেল," দা ইরম্বন—পোকপ-সিব ঙুমিংঙ্গী ১০ নিদ য়ুমসেংব। ১১ নিদ লালন খোরম, তৌব হাইন ইয়ম্ব অসিবু লৌখৎতুনা, লাইনিংহন, সিংন চংনরম্মী অতুগী মতুং ইন্ন ইজখিবনি ॥

---

# থাগৎচরি

পুৱারি খাবী থিৱেন থৌনিরোল কৌবা লাইরিক অসি য়েহেলাঙৈদগী হৌন চৎনরকপ ৱারিবু মতমগী ওইনা থাদোকলু-রবস্থ থাদোকপা য়াদব মণ্ডদ চঙসিল্লকপন হৌজিক থিজিনবগী মতম লাক্লবন অরিব ৱারি খিবিকপু খোমজিন্দুন ইরৈপাক্কী সেবা তৌবিরিব অমস্তুং পামবিখ্রিব নহারোলগী তেংবাংব নত্তন তুংগী মিরোন্দ মপুঙ ফাহৌরোইদবন অসিগুম্ব লাইবিক কয়াবু ফোং-দোক্লগ ইরৈপাক্কী সেবা তৌজবদ ইমা মৈতৈ লৈমন থৌবৈ তেং-বাংবিযু হন্ন-হন্ন নিজরি।। লাইরিক অসি নত্তন য়েহেলাঙৈগী চৎ-নরম্ব ৱারি কয়াস্ত মথং মথং থোনিরোল মখল খুদিংগী ওয়ন ফোংদোকপদন ইরৈপাক্কী সেবাদ খুদোং চান ওয়হৌনবগীদমক্তা তুংগী খনবিত্তন অসিগম্ব লাইরিক কয়াস্ত পুথোকপিরক্লব অইবগী তৌবিনলবু থাগৎচরি।।

পণ্ডিত ঙারিয়াম্বম, কুলচন্দ্র সিংহ
সাং অখাম, ।

পুৱারি খাবী থিরেন থৌনিরোন কৌবা লাইরিক অসি পারে। ঐথোয়ন পাজব মতমদ মৈতৈগী য়াম্না কান্নরব, লাইনিং লাই-সোনগী মরমদ ইব লাইরিক্তি। তুংদ হৌগৎলক্লিব নহারোল-সিংগী মুংসিনব “লাইনিং লাইসোন” গী মচাক অমনি হায়ন খল্লি। ঐথোয়না লাইরিক অসিগী অহানব খুৎনমদ থুৎই ৱাহৈদ মাংওই তুংওইনখিবসিং চুমথোক্লব খন্ন নৈনখিব মাইচৌ মাংনৌ কংলৈচা কোলোই মিংলেন মখাদা ইজরি।

১। সগোলসেম নিংথৌখোম্বা —বাংজিং
২। মোইরাংথেম ইবোহল —ব্রাংজিং
৩। সুখাম মরু তোম্বী —পীস্তুম মোংব কংলা তুথ্‌প
৪। যেন্দ্রেম্বম মুনান - লাংথবান বুঞ্জ ময়াই লৈকাই
৫। থৌনাওজম মনি — ব্রাংজিং
৬। লাইশ্রম শুভকুমার —ব্রা জিং
৭। ডাণ্ডোম লুরাং নিমাই — লমদিং

---

লাইরিক অসি ফোংদোকবগী পৈসাগী মতেংস্তু তচম-অচম্বা পাংবিরকখি ।।

# পূরারি

## খাবী থিরেন থৌনিরোন

মৈতৈ লাইনিং লাইসোন মণ্ডাং পুরাং খুমন ইয়ু (কুক) অতুম্মক্ক তাক্লম্ব। পুথাংকোক্ক-পথাংকোক্ক হায়বদি—ইপুন-ইপাদ সিম্নরপা, চীংখোং পোইরৈতোন মৈঙুম মুংতব হুরেন মোংব তুঙ্গন ঈগুন তত্তব চীংসাং খোইরেন হীগুম থুমথোইরব খম্নাং পুরাবি, ঈলোং পুরারি, সকেংক লমাংলন, থিরেন, পুতিন, লাংপুম, পাখংব লায়োংন, ংংদম লাইহুই, পোপ্নীবেংন সেক্লিং, লৈমবেন লোল, চীং কোয়াবেংন অসিনচি ব খুম্নং লমচং অবিব লাইনিং থৌনিরোন অসেংব পুবারি পুযাসিং অসিদগী লৌখংতুন পুরারি খাবী থিরেন থৌনিরান কৌব লাইরিক অসি মপুং ফানব ইজবনি। মেহেলাইঙদগী লৈজবক্কব লাইনিং লাইসোন থৌনিরোন পুরারি-সিংগী হৈনা মতুং ইন্ন ইজবনি

## "তুং সিদব মপু"

### লাইনিংথৌ সনামহি—পাখংবা লাইনিং

হায়বদি মালেম তাইবং অণ্ডানা মৈ-তরং, ঈসিং তরং, নুংসিং তরং, ইপাক থক্ক তবং "হীরেন" হোল্লিব ঈথৈ ও পুরিব তাইবংবু অংক ওন্না কোনথাব, নুমিদাং ওন্ন কোশিনব তরং মালং সিদব তাইবঙ মালেম মকম খুদিংদ সিনব থুংন সন্ন লৈব মহাকপু লাইনিংথৌ (লাইয়িংথৌ) সনামহি হায়ন কৌই। মরম অতুন ইবুংঙো মহাক্কি অচংপগীন ময়োন ওইব চংত-বগীন মউ ওইবনি ॥

লাইনিং লম্বী থিব—মীওইব ঐথোকপা, মতম খুদিংমক্তা হকচাংগী মমুংদ থমজন্নিব পুক্কিং ব্রাখল অনিগী মপুবু থৌরাই হায়ন কৌই। থৌরাইবু সনামহি কৌই। মরম অদুন থৌরাই নিংববু সনামহি লাইনিং কৌই। মীওইব ঐথোইনা থৌরাইবু মসক থংনব লাইনিং লম্বী সেম্মি লাইনিং লম্বীগী মরুওইব পান্দমদি থৌরাই অসি কদাইগী লাকপনো? কদাইদ চংশিনবগে হায়নসিন লাই-নিং লম্বীগী মরুনি। থৌরাই হন্দোক হনজিন লিক্লম মসক খঙব ঐ কনানে? ঐহাক নহাক মহাক "লাই-থৌ" ঐ মসক থংনব লিক্লম্বু লাইনিং লম্বা থিবা কৌই।

তাইবং মুপাংমুপী ২ গী যুম্বাম্লোনগী লমচং লিচৎ, পথম কাংলোল, লোইশ, সিংলোলি, চেনপথাপ হক্ষমসিং অসি লাইগী লিক্লম থংননবনি

লেংলি পাল্লিব অচৎপ চৎতব, যাইবি থব্রাই অসিগী মথৌবু মসক থংনিব; পাক সম্ব লৈরিব; থংদব উদব, মরম পুম্নমকপু থংবিব উবিব; ঐ-নং মা মসক লেপলিব মহাকপু পাথংব কৌই। মরম অদুন লাইনিংথৌ সনামহি পাখং ন লাইনিং হায়ন কৌই লাইগী সক্তম পুথোকপা

নিংথৌ খাগেম্বন তাকপিরম্মী তাইবঙ হায়নসি কাসানি মান খঙগি, কসা হায়বদি কা-ক য়াং, সা—সাগৎপ ক+অ +স+অ - কাসা কৌই। মহাক্কি তরংনি তরং হায়বদি অহাংবনি। অহাংববু মৈতৈন সনামহি খুরুম্বদ মৈতরং, ঈসিং তরং, মুংলিং তরং "তরং হীগাল" হেক্লিব য়াইবি কোনগী মপুখৌ য়েন্নৌ চুপক্লি পাইরিব য়াংন সাকোন থৌরিব হায়রিব অসিন তাক্লে। মৈতৈগী লাইনিংদি 'থব্রাই য়াইবিরেন" সিদবু লাইনি হায়। থব্রাইদি কোরৌ মালেম অনিগী মরক্ত লৈবনি,

মরম অদুন কোরৌ মালেম অনিগী মহুৎ সিন্দুন লাইগী সক্তম পূথোকপ অসি খাগেম্ব নিংথৌগী মতমদ য়োইবু য়োক্তহেন হায়বদি ভুথং— অচৈপ তান্নবুন লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী সক্তম পুথোক্তুন থম্বীরম্মী। মাংলমচক্তদি লাইগী সক্তম সারগ নিংনরম্মদে।

মাংলমচংকিদি লাইজ ঈরোন হংদগী হিরি তোংদম ফান্ন ঈকোরগ সংলেন্দ ফম্বাল থারগ, ইথু সিদবগী লৈপোপ ৫ লাইনিংথৌগী লৈপোপ ৯ লাইরেম্বীগী লৈপোক ৭ ফম্বালগী মথক্তে লৈশ্তনকম ওইদ ঈসাইং ১ লিংজাগ হরাও তযাম্ব লৈপাকী য়াইক থৌনিরম্মী ঐখাহন লাই হরাওবদ লাইগী হুমাংদ 'লাইপৌ লাই'' কোইবিব থুংলাই অসিগী পরমলোন্দি, পরৈ তানবা নাপ্ত। মজুদি - পরৈ হল্লগ ওইবং কুম্মৈ, লাংওন ফাংলম, সান্নখিবগী লিরুম্ব থংহনবনি। (উমংলাই হরাওরোন)

মৈতৈগী লাইনিংন হায়বদি—মালেম অসিদ পোকপ মী লাইগী মচা ওক্তনি মনন অমবু ওংনৈব, হন্থন যেংব ঐখোইগী চংন লমাংদ য়াদে। মী ওইব ঐখোয় থুদিংমক লাইনিংথৌ মহাক সেম্বিকপ ওক্তনি হুংসিনবন ঐখোয়গী লাইনিংগী পানদম্মি। মনন অদুন থবাইবু লাই ওইন নিংব মরম্ম মালেম অসিদ লৈরিব থকই পানব পুম্নমক লুন কৌব হায়বসি ঐখোয়গী লাইনিংগী মথেক লারব পুদমনি। থবাই মসক থংলবদি—মীওইব ঐখোয় অসি লাকফম তামস্তুং হনখিযম খঙফম থোকই। মরম অদুন থবাই পানবগু হুংসিনবা মীবু মীন ওংপ লৈররোই।

মালেম অসিদ তেংথায়-তোখাইব, সক-চু মাম্নদব কয়া লৈরবম্ব সনামহি পাথংব লাইনিংন পিরিবদি ঐথোয় পুম্ব লাইগী মচা ওইব মরম্ন কল্লকপ য়েংথিনব লৈররোই। ভসি মালেম সিদ

অইংব লম্বীরোমদ চংব হাযবসি ''লাইনিংথৌ সনামহি পাখংব'' মসক খংলবন্দ ওইগদবনি। লাইনিংথৌবু নিংজরবদি মাবু মসক খংলবদি অৱাব অনাব অওংপ, অনৈবগী লাংদগী পুম্নান নাক্তোক্নি য়াইফ থৌজান ফংগনি।

*N. B.* :—

থৌনিরোনগী বাহৈসিং অসি সোনৱ মতমদ ব্রেকেটদ হেক হেক কোইসিল্লিনসিং অসিদি লৌথোক্লগ মতম মওমতুগী ওইন তুমিৎ, থা, থবান, অমস্মং সাগৈ অতুগী সলাইন চিংবদ থোক্ত্রুন সোনগনি ।।

# সৈহৌ

হয়ি হয়া হে !

মালেম তাইবং পানবগী মপু লাইনিংথৌ অথোইব খোয়ুম য়াইবি য়েংহৈলাইঙে অমম, লৈসা হাল্লকপ হুং য়াইবিরেন-মৈ ঈসিং মুংসিং-লৈপাক অতিয়া ৫ মকপু য়াবা কোংখাংসা নমুপোং মথং লেংন থেতম,লকপ থিরেন উংলৈ মুংগী লাব থিয়াংথোক্ল লম-হৌরকপ খোয়ুম য়াবা নখোঞ্জেন লাংবন, খোইমু খোন্দানব চেংলৌ সকথোং ওইব মালেম মপুং লাকলকপ চোইনৌ সনা কোনফুরেন মালেম তাইবং লৈসিরকপ তাইবং নিংসা পানবগী হৌরকফম পোলোই পিনরকপ কোরৌ অবাং নোংনিংথৌ অপোকচাদ লাইহুই হৌরকপ লোইদাম থাজ পাখংবদ য়াহিপ্প, ঙাংলৌ নখোং খুয়া-রেন থম্বাল লৈঙাং লৈকা ভম্বদ লৌসিং নবা সৈদমপাল পাইম সিন্নৈলোম্ব নদাইরেম সৈদম সৈসকচবন পুবাঙ্গৌ খ্বাবী থিরেন থৌনি রোন কৌব লাইরিক মচা অসি খরাই থক হাপ লৈলোং লাইদ কংপগুম কচ্চরি লাইনিংথৌ। ময়েক মখোং সুদব, চৈতপ পোংতপ অবাংপ খিবিকপূ ঙাকপি হৈব মপু ঙাকপিয়ু হায়ন হন্ন হম খুরুমজরি। ৮ ॥

# ৱাহৈ খরদং

ইকাই খুম্নবদা মতিক চান্নবা ঐগী মরুপ মুংশিরবা শগোল-শেম চা রাজমুহোন্ন মতম কুইনা মাংঙ্ূরবা মৈতৈ ঐখোইগী লাইনিং লাইশোনগী লিক্লম অসিবু অহল মনাক কমজক্লনা পুৱারি খবী খিরেম থৌনিরোন কৌব লাইরিক অসি কংলাদা পুখৎপিরক্ক্ূনা মৈতৈ গী মাইচৌ কয়ানা হরাওনা য়াম্নরক্লনা কোংদোক্লনা য়াথং পি-বীখি।

মাইচৌশিংগী কোলোই মখাদা উৎচরিঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লৈশাংথেম চা | — ৺তমফাজাও চজিং নোঙ্গাখ্রবা |
| ২। | মুমলেম্বম চা | — ৺পামোৎ নিংথেম পুখ্রি মপান „ |
| ৩। | চেংথাম চা | — ৺গোপান নোংমৈবুং „ |
| ৪। | য়েন্ত্রেম চা | — মুনান লাংথবান কুঞ্জা |
| ৫। | পুয়াম চা | — মুহরি ছুইদ্রোম ৱাংখেম নোঙ্গাখ্রবা |
| ৬। | লুৱাং চা | — শামু „ „ |
| ৭। | পেচিমমুম চা | — বোরাজাও ৱাংজিং ৱাংথৈ |
| ৮। | থৌনাওজম চা | — মনি মৈতৈ „ |
| ৯। | শগোলসেম চা | — বিরা মৈতৈ থুয়াথোং |
| ১০। | মোইরাংথেম চা | — ইবোহল ৱাংজিং |
| ১১। | মাইমোম চা | — লিল্লোবিরো পাওনতাবি |

অদুবু অরাবদি লৈবাকী ইহৌন নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই লাইরিক অসি নম্ননা হোৎনবদা অরাবা কয়া ওইখি শেলগী মতাংদা অদুবু মরুপ অমিনা পুকচেন চাওবগা লোইননা অৱাংপা পুম্নমক ঐনা নতেং পাংগনি হায়না তাকপিরক্ক্ূনা অমুকহন্না থোংলেন তাইবী লাংথাকপান (লাংথবান কুঞ্জা) দা লৈবা য়েন্ত্রেম্বম চা মুনান মৈতৈ ঐনা অমুক হন্না লাইরিক অসি নমজরি পুকচেন চাও-

রবা মরুপ অসি মতম ঙুংসাং না হিংহনবীযু হায়না তাইবং মপুদা থৌনিজরি ।।

অতুগা লাইবিক অসিদা অশোই অঙম যাওহনা পাবিবশিংনা ত কপিরঙ্গবঙ্গু হরাওনা য়াজগনি অমস্তুং মথংগী খুংনমদা চুমথোক্লবা হোংনজগে ।

যেন্দ্রেশ্বর চা মুনান মৈতৈ
লাংথবান বুঙ্গা

# অনম্ অথৌ কোক্কবা

## নাহৈরোল মিংথৈ।

এহ্লৌভৈদগী মৈতৈগী চংনবী মতুং ইন্ন করিগুম্ব ঈরাং থৌনিরোলগী থৌ অমা তৌবা মতম্‌দ ইহান হান্‌বদ ঐগী ইমা পুম্নক্ অনম্ অথৌ কোক্‌পগী লাইমিংনা সেংদোক্কনি, হায়বদি ঐগী ইমাবু হান্ন সেংদোক্‌থিগদবনি। অনম্-অথৌ কোক্‌পগী থৌরম অসিদ তাইরেন, পুংফাই, নাপু-মাপৈং, নাপি, সিংবি নাথায়-নতাং, লৌত্রে ভাংত্রে, উথোক্, ক্রাথোক্, সলাই ৯ গী পোং-লমসিং অসি খুৎম পান্নহুন নাহৈকুমী ঈশিংদ লুপতুন লুরেন, থক্কী ঈরিক্ থিক্‌থরকনি ৭/৯ লক্ হক্‌নুং সেংদোক্কদবনি, লাইদ কৎনব পোংলমসিং অতুমুক্ সেংদোক্ হাইদোক্কদবনি।

## অনম্ অথৌ শৈহৌ

### মিংথৈ

উং — হৈ —, উং — হৈ —, উং — হৈ !

নহাল্‌নোং কোরৌ নোংলৈতরিভৈ নোংলৈরক্‌পি

মালেম্ লৈরৈতরিভৈ লৈরৈলক্‌পি ।।

ইরেং পাপাল্, লাইও তাও

থোইমুম্ পুপাল্, লাইও তাও ।।

লাহান্‌নোং তাইবঙ, পান্‌ব মপুনা,

সরোই লাল্‌লোই তিনমু লাইমু,

মতিল্ মকাম্ লাই, মপল্, কৌবা চিঙ্‌মিংনা

নিঙ্‌নাং য়াম্‌সারিক্ অমি মা ইনোংম

চিঙ্‌খোং য়াগ হৌরকুপ চীংঙ্ তিন্‌কোক্কে

থোইমুম লাইকোক্কবনি—হা- উংচা—নোংচা-নোং ।। ■ ।।

মথক্কী মীংথৈরেল, অসিদি অনম্ অথৌ কোকপগী মীংথৈরেল হৌদোক্লব লাইমিংনি। অমাইবন অহানবদ থুবাক্ ৩ লক্ পোপ, পোপ, ফুরগ তাইরেন, মনা লোংন ফুবাক্ লৈতাইনা চপ্তুন মীংথৈরেল, অসি সোন্দুন হৌদোকনি।।

## ইকৌরোল,

হা—উং! তরং ইমরু সেংথোইবী
কোংব প্রসাইখোং কুমগুংখোং
ময়াইথোং, চিঙগোই, মুংখোং মুংনাওবী।।
ইরম্ খোংলুম্ তরেংন অমত্ত ওইন
লাইজ ইকৌ তম্ন কৌজরি ঈলেল, পুংদ
থুংন তুংবিরো হা উং-হায়েং।। x।।

ঈকৌরোল, মিংথৈ অসিদি লাইজ মিংথৈরেল নি, অহানবদ ঈশিং হান্ন কৌথগনি।।

## ঈরু লাইসোল,

হে কোরৌ মচি ঈ, বাংবন, মনাও ঈ,
কসা লাল, নংঈ, থাকপ পুরৈলোম্ব
পুরাং নাকাব, খোক মারোক্কি ওন তেদ
খোকমা রোক্কী ওম্ন হন রাইব
খোকনাং নানি লোংব
কোন গাই লৈতুম্ মুংচুম্ ঈ
মুংমু মুংঙৌ ঈ।।
অরাং কৌক্রু অগুপ্প, য়্যারকুগী সিদ্ধ ঈ
অরাম্বম্ ঈদি বাইচেং ঈ, অসাংবম্ ঈদি বাইকেম্ ঈ
লোংথৌ সারারেন, মরিকপি বরিকপ,
সন খোম্বী সন খোম্ব, ইবেন, পিতাই খোংত্রাইবী

অসেম্ অসা হৈ নংন শেঙ্গী ও সারিও
হা - উং—হা-য়েং । ×।।

ঈক লাইসোন, মিংথৈ অসিদি হক্‌চাং শেংদোক্‌পদ শিজিন্নগনি।

নাহৈ নাশেংলোল, —

তাইরেন, পুংকাইন নাপুন-নাশেংন
নাপিন, সিংবিন, নাথাই মাতাং
লৌদ্রৈ, তাংদ্রেন, উথোক্ল, বাথোক্ল
শিদ ন্নাদ য়াইন সেংবিয়ো—হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈশিং অসি সোন্দুন তাইরেন, পুংফাইন নাহৈ-গুগী ঈশিংদ লুপতুন, লুরেল থক্কগী ঈশিং ঈরিক্ক খিকথহুন সেংদোক হাইদোক্কনি, অদুবু হকচাং সেংদোকপ কৌই ।।

য়ুমতায় নাক্‌সেং—

মাংসোক্ মাদাইম ফমলেল, মতায়মাত
য়াতংত কোম্ভংত, তাতু ইতায়মা
সেনখোং নারিনমা, পরৈহোন মাগী
থুনাম্ব নাউেব নফমসো নফম্‌সেং
নখোংকান নরাললি, চাকসোংফম্ নাওসোংফম
মাংগোললাং নম্বুংলাং, নম্বমাং নসেনমাংগী
কাওম স্থমারোংববু থরৈ লেম্‌লৈ-মাদ
তাইরবনে সেংডবনি হাউং—হায়েং ।। × ।।

য়ুমতায় নাকসেং মিংথৈ অসি য়ুম্‌সেংবদম্ব শিজিন্নগনি ।। নাহৈফুদ তাইরেন পুংফাই লুপতুন ইমুং মম্বং চংহুন শেংদোক নাহৈফুদ তাইরেন পুংফাই লুপতুন ইমুং মম্বং চংহুন সেংদোক হাইদোকনি, অরেম্ব ঈশিং অহু কোয়ৌ কারসি হায়ন য়ুমথকত চাইথংখিনি ।।

ম্নিং নাহৈরোল,

উং—হৈ—উং—হৈ—উং—হৈ !
হৈ হৌ কে
কেগ য়াইগ মেনগ য়াইগ
য়োইগ মেল্‌গ য়াইগ
থৌরি থোয়া লাংবু
থৌরি থৌচিন্‌ লাংবু
থাবা পোংথৌ তম্‌লি
থাবা মাবু লান্নংদে।
ম্নিং পোংথৌ তম্‌লি
ম্নিং মাবু লান্নংদে
য়ারা কোন্‌থাং সাগী
পোংথৌ মথং পিজগে
কুম্‌চা পাল্‌লো থৌগে
নোংচা পাল্লো থৌগে
ভাল্লরো তেরগে, হাউং হায়েং ।। × ।।

তুদেংলোল,—

নহান্‌ নোং তুতৌ খোংতৌভৈ
মোংব তুতৌখোঙ তুক্তেঙ, খোংতেং নোংগীব,
য়োইমা য়াইগ থৌরি থবা,
পোংথৌ তম্মী থবা মাবু লান্‌নংদে
ম্নিং পোংথৌ তম্‌লি ম্নিং মাবু লান্নংদে
য়ারা কোন্‌থাংসাগী সাকাং নমু পোংথৌ মথং পিজগে
কুম্‌চা পাল্লো থৌগে, নোংচা পাল্লো থৌগে
ভাল্লরো তেরগে হাউং হায়েং ।। × ।।

পোংথোরোল —

নহান, নোং তেক্পি মওকচা, কাইরৈ ময়েল চা,
য়াংলৈ তাওবা মহুইচা, কাওরেন, মসল চা
পোং থুকাই সাকাইবা, পোং মরম ৭ মক্সা
অনম অরাক্ হুম্ব, পুন্নমক্পু, থবা শোংথৌ তম্‌ই
থবা মাবু লাম্নংতে, মুমিৎ পোংথৌ তম্‌ই,
মুমিং মাবু লান্নংতে।
মাবা কোন্‌থাং সাগী, পোংথৌ মথং পিজগে,
কুমচা পাংম্লা থোগে, নোংজা পালো থোগে
ডাক্সরো তেরগে হাউং-হায়েং ॥×।

পুইংলায় নাহৈরোল, —

থোবিতং লোয়বিতং চক্‌লৈ ভান, তংলৈ ভান,
বাভান্‌ডৈ উভান্‌ডৈ সিন্‌সুডৈ সান্‌সুডৈ,
চরোইন থোঙতমডৈ যাঙ্গীন খেঙ্খনডৈ
হুইথ্রোন চিংফংডৈ কৈরেন্ন য়াথোক্‌ডৈ
লংমাইন মৈহল্‌ডৈ, লংমাই হিচিল, হুইয়া অথোবন
থিন্‌থাইডৈ য়ৈথাইডৈ, শীংকুপ, হৌ শীংকাইহৌ।
পুরৈলোম্ব অডক্ অভাও হৌরবৰু
তম্পাক্ লৈহৌমাই, লংমাই লৈহৌমাই
খাবা লৈরেন, হন্ন তাইরেন, লোংন পাইন
লাইচ থিক্‌ফেম, চাইরে, কোরৌ মচীঈ
বাংপন, মনাও ঈ, সরোই লাম্লোই ঈ,
তাক্লু লৈরোং ঈ, থয়োং চুম্ব ঈ
চিঙ্গাই নারল ঈ, চেংলৈ লুরাং ঈ,
কম্মোং নরাংঈ থৌখুম খুৎতম্ ঈ
থোহন্‌ব খাইদম্ ঈ, খাকপ পুরৈরোম্ব ঈন

লাইচ খিক্লেন, চাইরপত চিয়া হেল্লে লাম্বরকুরে
পুরৈলোম্ব মারোল, থোক্লে মরৈ থোক্লে।
খা—রাং, চুপ্চি লাইচি; নোংপোক্, নোংচুপ,
পুন্স কেনা পাল্লো সেংলো হাউং হায়েং।X॥

পেংথোরোল নাহৈরোল অসিদি—ঈরাৎ খৌনিব খুদিংদ অনম অগা চুবা তিন্দাই লতাইনবদ লারোন অসি সিজিন্নগনি, তাই-রেন পুংকাইন নাহৈফুগী ঈশিংদ লুপ্লগ সেংদোক হাইদোকপিগনি।

## অপোকুলোন, (কসা তাইব)

হে-পুপা !

খুমাপ লৈমাপ অতোংপ অরেংপ
ভানতুতু কুপ্থন, থন, রাওতুতু সরৈনেম্।
কুম্চাকা ওইরিব থাচকা ওইরিপ
মৈপি সলাংগ থরায় মুংলৈগ ওইরিব
উরেপ, চারগ ওইরিব, ভাঙোইব য়োইমোংব
য়োইচল্লেন, ওম্হৈব, ওম্পাক, লেংকোই লাংকোয় সেম্বা।
শরোং পুংমাই তোংব, লৈকাই খোম্তিন, লাংতিল্গা
পখুপক পনাংগ পুমাংগ, পরৈ থাদ থোং
তাওখংব মোংব য়ুম্লাই কৈরাই সাগ
ওম্হৈব নঙ্বু হান্ন তাইরবনে॥
হে কুম্সনা কুম্লিক, লাই
অবাং কৌক্ল চীংথাং লাম্ব কুম্মেতে।
কুম্বী পোক্পিন কুম্বীহল,
তরংন তরংহল, কেকে য়াংখুজম্ নিংভোল্বিন
লাংলেন, কোংয়াং কৈন লামন নেম্বী মকাসা।
খোইনাইচম নিংভোল্বিনা, আ—খোইমা নারোল, মুংত
লাংলেন, তোম্ন কাক্ল কাওরেন, সন, খোংগুন্দ

মিংয়েংবিন, আ·মিংয়েং হৌবকুম্
খোইনৌ মতা ঙাইরোইনুন পাওনোক্পকুম্
থাম্বি লৈমা কোম্বুচা, হৌকু লৈম তোম্বীন
চাদন তম্বুপ্ মহৌ, থক্তন য়ুচাওগ
চাদ কুম্মৈ হৌব কুমদ
চেক্লা তোন্তৌ য়ুম্কোইব
য়ুপ মৈরোম্বন লৈতা সেংনতা
পামেন, উঁহে চান, লেম্লৈ ঙা-ওইনব কুমদ
চুপ্লেম্ন পুম্থাংলোল,, থরোন মুক্কাংস
হৈকক্ত নারেং থাং থাংজিংন কেপাক, হৌব কুমবু
কুম্সনা কুম্লিং লাইন কুম্বী মম্ভুং ওইব কুম্বু
কুম, নোংতম্লিয়ে ।।
শিনোং মৈ, পাইনোং মৈ
কৱি হেন্নো কান্না হেন্নো
হৌকুও ! কাশাও : ৱাল্লো
লাইম য়োল্লো কসা তিল্লিয়ো খোম্লিয়ো
সেম্বিও সাবিও : কসা মাংদা চৎপ
য়ৱা লাইবু তাম্ন ফেল্লা
য়ান্নি কোংথাং লাই, খিক্তৌ থাফোলাই
অওক্, অচৎলাই লোক্লাং তিল্লাং লাইবু
কসা খোংন তাম্ন ফেল্লো ।।

কসা খোংদ ইন্‌বি কসা লন্তেক্, মপি
থুম্তেক্, মপি, করুক, মাগ কহাই মপি
সম্লাং মাইভৌ মপি, খিক্লাং থরাং মপি
চুক্ সোইকু মপি, লন্কু থুম্কু মপি

ফৌকু চেংকু মপি, কসা নংদি লন,কুপিও লাংগোন,পিও
কোম্লো পোক,লেম কসা নপাও চাওবিগনো
থিংলৌ নপি তোন,গম্লু, য়াইবি নম্লুং হৌকুনো
ইপ,ও থোংনাং নিংথৌ থোংনাং সত্ন য়াংতেক,চৌং
মেন্দে নিংথৌ সোরাব, কৈরৌথা মেন্দে মেন্দাং ন্নংগ ইচৌ
নিংন কৈদি চৌং, লৈম সম,তোং পোক,পু তাইন খন,বও
হাওম্নু লাংডৌবী খাংতম, লৌচাওবিবু তাইন খন,বও
নমৌ নঙা পান,, নহৈ নরোং পান,বু, তাইন সেম বিবম,ও।
ইপু ও!
হন,কোই নিংথৌ কাম্ব সলাম্ব
সম্লাম, মঙাম, নম্নু তিংন পোংস্নুচা
লৈমচা নিংথৌ সম্ব,ম, মহার,বও ।।
নম্নু পোংদি থা ১০ শগোল থা ১০
সামু থা ১০ ইরোই থা ১০ শন্দং থা ১০
লোংসা থা ১০ হামেং থা ৫ ওক, থা ৫
য়েন, থা ২ ঙান্নু থা ২ খুম্নু নুমিং ১৫ নি
মিরম, পোংলম, সম্লম, ওক,লম, মাবু
তাইন সেম,বও ।।
ইপুও ও!
লৌথেংজাও থোংজাও লাইকক, লেম্বও
লাইতোংখু কুনরম, লাইবাংলেন, তানরম,
খুরোই হাওব লমাংদোংবু তাইন খন,বও
নংসোই পানবু নথৌ নঙা পান,বু তাইন সেম্বিরম,ও ।।
ইপুও! কৌবরোন,ও কৌব লৈমচা
কৌম্নু লাইমচা কাক,য়েন, ফম,ফম্ন সংলোন
কাম্ব তেক,পি চৌং, তেক,পি খবুং চৌং

খবুং তাংলৈ চীং, মান তাব ইয়া পান,জা চীং
সেক্‌বা তাংদল, পুংবু তাইন খন,বও .
নফো নঙা পান,বু তাইন সেম,বীরম,উ ।।
ইপুও ! সম্বোং নিংথৌ উফুক,লেন,, উরুম্লেন
চেংজা ঙাইরোংতোন,বু তাইন খন,ব
নফো নঙা পান,বু সেম্বিরম,ও ।।
ইপুও !
থাংজি, নিংথৌ, থাংজিং কোইরেল, নিংথৌ
চাওব কোইরেন, নিংথৌ, সাংব কোইরেন, নিংথৌ
কোইরেন, অহুম, লোইব রাতেম,ও
পোৎপিনে পোৎথাংনে সিংজংনে খাথাইনে
নিংথৌ মঙাম্ব, পামরু চেগাই ওইনম, চীং
সনা পুন,থোংচীং, লৈময়াই থম্বাল, নোংসালৌ
চীংয়াই সান্দেংলৌ, কেগে সিংজা ফাইবু
তাইন খনব থাংঙা তোন,ব
নিংথৌ মোইরাং লাইতোং লৈম খাংনৌপি
খাংনৌপুংও কেকে চীংসা পুংদ তাইরবনে ।। ৪ ।।

অপোক,লোল, মিংথৈরেল অসিদি অপোক অসা থৌনিরোল থুদিং-মক্তা সিজিন্নগনি ।।

**কসা সোইরেল,—**

নহাল নেং হয়িঙৈ তাইবঙ মপোক নোংদমঙৈ, থোং-সোইন পোকখি হায়বদগী সোইরেল কৌএ। তাইবঙ মপুগ মরি লিতিম্নন লৈ। মপুন হায়খি—হে নাওবা হয়েং তাইবঙসিংন মপুদ হৈরাং লৈরাং কংলকপ মতমদ নবা নহাক্কীদমক্ত হাম খরা খাইদোকতুন কংলকপ, নহাক্ক মক্ত চাহুন লৈয়্‌। নঙ,ন পেনজবগুম, তাইবঙসিং চাকু লনকুবিহুন পেলহল্লস্‌ু। মপু ঐঙোন্দত কংলবদি নাওবা নঙনা চোংসন্দুন চাজো। লাইদ পোৎ অমতং কংকে হায়রবদি

ইহান হেক হানবদা লা মচেং অমদা খর খাইদোকতুন অরাং চৌংথৈদ শকক তমগনি। ইমুংদ খুকমলগন নাকথাদ থাদোকনি।।

পাশা খুম্বোক লোল,—

খুমুংন লৈমুংন, খানুংন ঙাম্নুন, নাহান মুপীন
য়ারাইঙ ফুদোংঙৈ রান, থোংঙৈ ফৌমুংথোক, ফৌরা থোকঙৈ
পূলাং মুবাইথোং লাইজ ঈপাল, রায
ঈমু মযোল, সং, লৈবাই হুইসোল কা
মচেম, মনিম, তাও, মোইথাপ, মোইরেং মতাওঙৈ
হৈগোই মসিংমু লায়েক, ফিফম, ফাঙৈগী
সরোই লালোই মতিন ঙৈগী পান্নরে সেংনরে
তীন্নেরগনু লাইন্নেরগনু হা-উং-হায়েং।
হিরোইন লাল্লোইন উতুঙৈ রাতুঙৈ;
মিনাইঙৈ ননাইঙৈ সৌগাই খম খাইঙৈ
ঙারা ঙাশিং যাংঙৈ সোল্লম, লম লক, মচংঙৈ
ইরক, লম লক, মকেঙৈ
সরোই লাল্লোই মতাংঙৈ মতিন ঙৈগী
পান্নরে সেংনরে তীন্নেরগনু লাইন্নেরগনু
হা-উং-হায়েং।। × ।।

খুরাই পানা নাহৈরোল, —

পোইরৈন কংলৈন উরা লাইজিংন
থোইনাই ওম্বন চেংলৈয়াং থাউদৈসু
হাওজেংয়াং নম্বমু চেংলৈ উমুংতা
হেমচেং খাবৈপুং লাংজ লৌপুং ফাই
খোম্বিতোক, উঙামপৈ চাবাইবী হাওতম,
রাইরি, রাইতোল, থাঙয়ুচেং, কৈথু, কৈরেল্লিংবী
রায়চ লিক, লিরাথা তাংখম, লিরাপোক,

সোইবী সোইয়াম, মতাংডে সরোই লায়োই মতিন,ডৈগী
পান্নরে সেংনরে তীয়েরগম্ লাইলৈরগম্
হ -উং-হায়েং ।।X।।
খুবাইদি খুন,ফম,লেন, চেংলৈন রাইম্বতা
খুর ই অভৌব য়ুম,পু য়ুম,লেন,বা
চক,প লম্-চক,প্রম, হৌডম,ডৈগী
য়'ওরো ক,দাথেন, সংকৎলম,
মুংখোং মু'নাও থোঙ্াইবী
ফু'বাইচীং ডায়ংয়ান,, মাঙ্গং
উরাল, কৈরাও পোইরো হাম,লো
সিখোং নিংডেল,, লেংমোংলেংলেন,
চী লেন, মাইকোইরেন, চারাক, খাংদৈথোম,
বায়র খোইনিং মেল,, কানোক, খাংদোম, লাক,ডৈদ
সংরাই লায়োই মত'ডৈ, মতিনডৈগী তীয়েরগম্
লাইলৈরগম্ হাউং-হায়েং ।X।।

## বাংথৈ পানা নাহৈরোল,—

বাংথৈ পোক,প ফৌয়া য়াংলাইকোক,স্ত্র
লোবেম্বম, তোংলেম্বম্ পোক,প পনম, য়াংকোক,প
সায়েল, লম,। কোংব হিকু হিবাল, খাথোং
লাইখোং, মরোংখোং পরা সিংথাতাক্ল লিন,চিক,
উৎলো ডাংলো চীংথম, চাওপোক,
কোইচি কোইমহো কদোং করাং মৈরিংচীং
তোক,প য়েল,লৈ চীং হিদাম, চীংখুম্
হাইহৈরেম, সেল,খোং পাং
খুন,জাল, ডাম্ হাইলম,সেল, চাক,পী রায় মতাংডৈ

সারোই'লাল্লোই মতাংঙৈ মতিনঙৈগী
পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগন্নু লাইলৈরগন্নু
হাউং-হায়েং ।।×।।

## পানা নাহৈরোল,

খাংন্নু অতোপ্প লান.শিংনব, নরম, ফৈরোংব
চীংখোংন্নুপ্প কেক্রু.পাৎ কা-সান সন.কংলম,
মৈতিংঙু, উন্না কোম্বৌব লুকোই চীং, চীংমৈরোং
ঙারংমান, য়াংঙম.থেন. অসৈ বাংবী চিরক. চিপান.
হঙ্গেল. পাওন্না, মৈরোংব মৈরোংপি, ইরেং ইথম.
কৌব কৌন্নু চীংখম, চীংমৈ হিয়াং হিরেন,
সিংমৈ উমৈ মতাংঙৈ মতিনঙৈ সরোই লাল্লোই মতিন ঙৈগী
পান্নরে সেংনরে তিন.সেংলে লাইসেংলে
তীল্লৈরগন্নু লাইলৈরগন্নু হাউং-হায়েং ।।
উমু-খুন, পূকাই থেংক্রোইব খুমন. চামাইব
ন্নুপ্প খ্বাই খ্বাইরোংপান. লোইমোম. চকোইপাল.
খোইমোম. লৈতোংপাল.. পিতিংকোই লাম্বীদা
তলা উয়োক. কোল.. নিংথৌ লোপাইব উন্নিংকোল.
সিংখা লৈথোম,. কক.লৌ তাওথোং. লোইজিং
লোইয়া তাঙৈ, সরোই লাল্লোই মতাঙৈ মতিন.ঙৈগী
পান্নরে সেংনরে, তীল.মু ফত্তব লৈরগন্নু
লাইমু ফত্তব লৈরগন্নু. লিত.লৈরগন্নু লাইলৈরগন্নু
হাউং-হায়েং ।।
লেম.লৈ খুমিং হাম.চৌব খুলাং য়াইখুব
য়াংলৌ নাহ.মাং উন্নিপোক. খোংসায়াম.
তাকয়েল. লমফেল, য়ুচেং পেরে লান.চেং পেরেসারে

লাক্‌চম্‌ ফিকৌ নাওবা খোইমোম্‌ য়াংলৌ
হৈতুপ, চুপান্‌ মখা থান, সজিরৌ উৎলৌ
নম্বোল, কাঙবুনচিংব, ফুবা থাবী নম্বোন্‌ তাঙৈদ
সরোই লাল্লোই মতাঙৈ মতিন্‌ঙৈগী পান্নরে সেংনরে
তিল্‌মু ফত্তব লৈরগনু, লাইমু ফত্তব লৈরগনু
তিল্‌লৈরগনু লাইলৈরগনু হাউং-হায়েং ।। ২ ।।
খাই খোংমরী লাইতোল্‌ হেনলাই থুম্‌সা লম্বুবাইনৈ
চৌংঙা পিস্তুম, হৈপোক নারী তৌরিংব লল্‌য়াই
সরেন, য়াঙ্গোই লোক্তাক্‌ তাক্‌মু তাক্‌সেন্‌
থাঙ্গা করাং থুগা মান্‌তেক্‌ চক্‌পী লৈথোম্‌ তাঙৈদ
সরোই লালোই মতাঙৈ, মতিন্‌ঙৈগী পান্নরে সেংনরে
তীন্‌মু ফত্তব লৈরগনু, লাইমু ফত্তব লৈরগনু
তীল্‌লৈরগনু লাইলৈরগনু হাউং-হায়েং ।।

## য়াইস্কুল পানা নাহৈরোল্‌—

য়াইস্কুল্‌ থোংলেন্‌ য়াইচম্‌পাং মুত্রাম্‌
হৈরাংখোই হাইসনাম্‌ হান্‌চৌব
ককরা থোংলেন্‌ তাই, লিলোং থারোং তবুংব
চেগাইকৈ কৈমাইসাং, ওইনাম্‌ সঙ্গমুং পল্‌ঙাক্‌হৈ
মুতুম্‌ ফিফৌ লোকু অচল্‌ব নোংয়াই লৈকোইপুং
উচিরা, হৈয়েল্‌, কাক্‌য়েল্‌ সোয়, ফৌগাক্‌চাও,
খোইহুম পাং, পুম্‌লেন্‌ হাপ্‌চা ঈথাই পুনম্‌চৌং
চক্‌পি সুগনু ইরাইতাগী থারৈ লেম্লৈ মতাঙৈ
সরোই লাল্লোই মতিন্‌ঙৈগী পান্নরে সেংনরে
তিল্‌মু লাইমু ফত্তব লৈরগনু তাইরবনে
তিল্‌লৈরগনু লাইলৈরগনু হাউং-হায়েং । ২ ।।

মথক্তা পিথ্রিব থুনথোক্লোন হায়ব মিংথৈ লাইরোনসিং অসি তিন্দাই-লাইতাইনবদ সিজিন্নগদব মিংথৈসিংনি।

## য়ুম্লাই কৈরাই উকোক্ উরাই মিংথৈ

হে উনিংথৌ তাইরেল, হৈমাং উয়িঙ্গ, উখোক,
থাংথোং কাইজ কাইকৌ শাই কুহি মিসি
থাংয়ান্ খান্ নোংনাং খাবি সলাই অসিনচিংব
নখোই পুন্নমক্কী নমাদি লোক, অম্রপ্পন পোক্পি
মাজিং চীংসাং নাওপোম, অরাংবন য়েংঙৈগী
পুক্তম্নমু, খুরাই লুরাংব য়োংনাও চাওকাই হৈবন
নরা সাঙৈগী পুক্তম্নমু, কক্চেং খোইয়ান
লিন্থি কাংথিন, উচেক্ রায়ান পামেন্বন
তন্না নবু চেক্লাগুম, নংগী পুক্তম্নমু ।।
ঙসি কোরৌ মুমিংতগী নম্ন হেবুংথৌ (চাওব) গী
(চাওবী) গী মরান, ওইহন্গে, মপারি মুক্তান
মমোম, সোইদান অহোং অচাওনগে
অচৌ অসাংনব হোংনেম্নগে কাইরৈ পুংফানগে
হায়বগী পাওতাক্চরি মুংমু সিদব ওইন
থৌহ্ন তুকুপ্পবু লেপ্ন য়ুচেং চা অতুগুম্ববু,
লেপ্ন থিন্নম্সে সম্নু হাথন সাফা কেংতান্ফবনু
কুবিরম্ও হায়বগী ইরাং থৌনিজরি
হাউং-হায়েং । X ।।

মিংথৈ অসিদি য়ুম সংকাবা মতমদ শিজিন্নগনি। উপু, কাংথোল কান্নদমু অসিন থৌনিবিগনি। ফুরা, লাইশং হোঙবদমু সোন্দগনি। অঙ্কে থৌরমদদি সিজিন্নব য়াদে ।। X ।।

**পুরুম, সান্দেং ঈ মিংথৈ—**

পুরুম্ তুগী ঈ, লাংপুং চীংজাও ঈ
চীংসাং কোইরেন, ঈ, কেকে রাইথু পোক্পি লোক্লোঈ
মোইরাং লাইমাম্ থান,বী থাল,লোই ঈ
কোরেক্ অনি কোক্সোক্ঈ, নান্দ নান্দ চৈজিংঈ
চেক্লা পোম্বী নিক্পু অমুবন খুমাং· লৈচেংফাম্ন হোংন
লাইজ ঈথংথোং, কেগে মান,বী সুন ঈরান,থোং
মোইরাং থিন,বিস্নন ইতম্থোং, কেগে মান্‌ব সন্সেন, ঈ ।।
রাইথু খুল,লোং ঈ, থরাও লম্সাং ঈ, সোইথম্ লম্খাম্ঈ
ঙাচিং সাইওন, ঈ, মমাই অরাং পাংন চেন,ব ঈগা
কাইরৈ পায়েন, পুয়েন,লুম্ য়েন,পং ফাইবংব লৌহিং
নাহক্প, পুংফাই তোলোংব সিদ নাদ নখাই নাতং
নাপি, সিংবী, নাপু নাসেং, লৌদ্রৈ তাংদ্রৈ, উখোক্
তাইরেন, পুংফাই য়াওন হুমিং থবা মচুকু সাবু অম্বীরবদ
হুমিং মমাই লুরক্লে থবী মমাই হেল্লক্লে,
সনা খোম্মদোন, অতোন,বদি মসাবি তাঙহুইরেং অহন,বগী
যাইখুং মসাতান,বু নমলৌব তপ,তা মঙৈ থোম্ন, থোম্লৌব
পাথাং য়ারাই কোন,বু কোন,লৌব সনা খোম্মদোন,দি
লৈজহন,খিমন্নু নম্নু হেবুংথৌ হেবেম্মাসিংদি
হুমিং কুম্না লুনরগে থবিশুম্ন সেংনরগে
হাউং-হায়েং ।। × ।।

পুরুম শান্দেং ঈ মিংথৈ অসিদি লাইথুং লাইন কোকথোক চামথোকপদ সিজিন্নগনি ।।

**চুক,সারোল, মাইবরোল, মিংথৈ—**

হা হা হোই !
মস্নরা, মরাইম্না তিংতাইব য়াংতাইব তিংফাৎপ য়াংফাৎপ

ষারেন, লালেন, খুজিন, লাল,চিল, মিচিল, মীপাও
অয়ান্, অহুই যুক্তোক্কে হা হা হোই হোই
নোংত্রেন, পাখংব, মরুম্বী লাইশনাদি লোইরেন,লোক্
খুন,বীলোক্ থমোইন নোংমোইন মপারী খুন,সা য়োইদম্‌সা
মপিয়োন, মাপায়োন, পিসাই, পাসাই সাইব ।।
অমাইব কোন্দে নাক্‌থং মাইন হুইমুত্তো মমুংলৌ,
য়েন,মুতো মমুংলৌ মেলাং তল,ব মনাক্‌নেং,
সহু মান,তে লৈন-ফোইন চুপসাওম্ মোইফেন,তম্
থিক্‌সেংতম্ থাসেংতম্, মিংলুতম্ মাইক তম্‌বু,
চুপ,ওইনদে লাইওইনদে য়োইমমুং চুপ,মহোই,
য়োইমমুং লাইমতেম্ ঙাঙোই য়োইমোংবদি
সম্বোংলোক্ পুংবুরোক্, মতৈতো মনাওতো
সক্‌মসিন,-সামসিন, সকমলাং সিন,মাইঙৌ,
সিন,সান, সিন,পুন, সিস্বরবু অমাইব হাওরোংমাইন ।।
হুইমুত্তো মমুংলৌ য়েন,মুত্তো মমুংলৌ মেন,লাংতন্‌ব,
মনাক্ নেংসহু মান্দে লৈন ফোইন চুক্‌সা ওমমোইফেন্তম্
চিন,ফুতম্ মাইতাতম্ থিক্‌সেংতম থাসেংতম্
মিংলুতম্ মাইকতম্‌বু, চুপ, ওইনদে লাই ওইনদে
য়োইমমু চুপ,মহোই য়োইমমু লাইমতেম
ঙাংঙোইব য়োইমোংবদি, চীংগেল, হৈনে তম্‌গেন হৈনে ।।
অতোম্‌লোই অসেংলোই য়াওনলোই থৌতম,লোন,
পারিং থোংলিংলোন,, লৌতৌ-য়োং নফন, থাং
লিক্ল' খাংন খান,খ,তা লাইকুপ, তোলোইথা ।।
ফিবুন, লাংবুন,লোই ফুংগা পান,মাইসৌবু
লুম,নর মরুম,বি, হাওমুথু হাওমুহন,
লাইতোংখু লাইতোংহন, চয়োম, খোম,হান,গ

সিংপাক, মাইতৈগা য়ুহি চাহিগ, চতুম, চাঙান,গ
মেরা মেন,দোংগ, হোংনেং চাওনেংক
লাংলিবী কাক,য়েল, মিঙম্বীগ
নঙন,বী লুম,নব মমাইব খিংগোন, মোরি মাইন ॥
হুইমুত্তো মমুংলো, য়েন,মুত্তো মমুংলো
মেলাংতম্ব মনাকনেং, সত্থ মেন্দে লৈন ফোইন
চুপ,সাতম, মোইফেন,তম, চিন,ফুতম, মাইত্তাতম,
থিক,সেম,তম, থাসেংতম, মিংলুতম মাইরুতম,বু
চুপ,ওইনদে লাইওইনদে, য়োইমম্ব চক,ম হোই
য়োইমম্ব লাইমতেম, ঙাংঙোইব য়োইমোংবদি
হাংয়েন, চৌং নাইরেন, চৌং, খোংনাং মালৈচৌং ॥
লোন,লোই চৌংমহুং, তাল,লোই মরুম্বী চৌংয়েং কোই
কোইনবী সাংলোবী তারাবী মিফুবীমু লম,গাওনরে
মুকাওনরে হয়েংসোই মমুংসোই নোংগ .সোইরবদ
ইপারিনে ইনান থাদাথোং নম,দথোং খজাইচুপ,
লেংলোইচুপ, সম,লানান, তোন,গনান, মিকপ, মিরাওগা তম্বীব,
মমাইব য়োইনাও লাংপোম্বন হুইমুত্তো মমুংলো
মেলাংতন,ব সনাক,নেং, সত্থ মান্দে লৈন ফোইন
চিন,ফুতম, মাইত্তাতম, থিক,সেম,তম, মাইথত্তাতম, সেম,তম,
মিংলুতম, মাইরু তম,বু, চুপওইনদে লাইওইনদে
য়োইমম্ব চুপ,মা হোই য়োইমম্ব লাইমতেম,
ঙাংঙোইব য়োইমোংবদি উনথক, পৌতিংথক, লাংদিং থক,তা
ঈমুথোক, লাইমুথোক পোরন, নারন,নবু
মমাইব পনম, য়াংকোক,পন হুইমুত্তো মমুংলো
মেলাংতন,ব মনাকনেং সত্থ মান্দে লৈন ফোইন
চুপ,সাতম, মোইফেনতম, চিন,ফুতম, মাইত্তাতম,

থিক্সেম্তম্, থাসেংতম্, মিংলুতম্, মাইকুতম্বু
চুপ ওইনদে লাইওনদে, য়োইমম্ চুপ ম হোই
য়োইমম্ লাইমতেম্, হাউং হায়েং ।। × ।।
মথক্ত হায়খিব চুক্সারোন মাইবরোন মিংথৈ অসিদি চুক্সাব
চিনফু ম'ইতাব মতমদ সোন্দুন মিংথৈ অসি সিজিন্নগনি ।
অতোপ্পদদি সিজিন্নব য়াদে ।

## পুংথম্লোন্ মিংথৈ

### নোংপোক্ ঈরাং মিংথৈ—

ইচিক্ সিরা কোংনিংথৌব তুরেন্ রাইখুবিচা, মনম্ ফাংসেংগ
তাক্ত রাইকোক লম্মহন, তোংয়ে
হৈরেম্ লোইনাইন কোম্থা সন্বৈ তোংয়ে
মোরিয়া ফম্বাল, চান চৌংঙায়েন, তোংয়ে,
থিংলোল, তাওথুমাংন তিন্বান, হৈরেম্রা তোংয়ে
তোংন লাংহেম্ম য়াওবচৌং তোংয়ে
খাব ফাম্মোংবন থিংয়াং মাইলেংন সকান্ মতোংঈ,
লংমাই থিক্লেন্ মাইলেংন লংমাই নিংথুন্ তোংয়ে
তোংমা ঙাংদ লেংদবন কৈরাও চৌংলারক, তোংয়ে
তান্থোং থুংম নাওনবাসা খোংফে তোংয়ে ।। × ।।

### নোংচুপ ঈরাং মাগীদি—

ইচিক্ সিরা কোংনিংথৌব তুরেন্ রাইখুবিচা
মনম্ ফাংসেংগ তাক্ত রাইকোক্ লমহল্ তোংঈ ।
চেংনম্ ফানম্বন কোংগোই ইনম্থি তোংঈ
লুরাংসুতা সেন্থোংবন ফাওব নপ্চিং তোংঈ
লুরাং ঙাংদবন হাওমন, য়াংপাইরং পুং তোংঈ
নোংমাইসু সনা তোন্ন তাওপুং থেন তাওপুং তোংঈ

কম,বোং থিংগম,বোং য়াবাবন পোইরৌ পাংখা লমর্লাল তোংই
হাওয়াং নম্বুন কয়িং কয়াং তোংই
ফিহুপ, ফিদাইন থাংখু য়াংলেল, তোংই ॥
ইচিক,সি ইকাংন লোইয়া কাংভবুং তোংই ॥
ইরিক, ইরাইবন লোক,প ফৌওই চৌং তোংই ॥
পাসিখোংব রাইখুপ, মরান পাসি চুকোক, লাইহুন,ব
খোম্মা নোংমাই মরেংবন চীংবাফু তোংই
লৈম হাওরৈমান হাওরালুম, লাংতোং তোংই
কুকি হোংব লাইকি অচাওবল, লোইরেল ,খুল,বিলোক, তোংই
লাল্লোই খম,দোবন চীংঙা লৌখোংতোংই । x ॥

## ময়াই লম,গীদি

ইচিক, সিরা কোংনিংথোব তুরেন, রাইখুবিচা
মনম, ফাংসেংগ তাক্ত রাইকোক, লম্মাহল, তোংই ॥
খোংবাই তারাইবন থাব লম্মাহল তোংই
চেকাই মকাই লঙ,বন কংলৈ রাইকোন, তোংই
ইহৌ লৈপোক,তেক্ত লৈসাং হিদেন, তোংই
ঙমারা খম,দিংবন ঙাখিংবুং তোংই
তোন,মৈ শিতোন, মৈসাংন ঙহাপুং তোংই
ঈন,চীং লোংথোন,বন লম,বুং পুংচাও তোংই ॥ x ।

তুরেন-রাংম নোংচুপ লমগী য়ুমসাবদা ময়াই লমগী অকোকলোন সোল্লো পরিং হনদরিভৈদ য়ুফম ময়াইদ য়াংকোক অমদ চুক অমদি পরিং লাংসং লাক্কব থোরি হাপপু, চুক্ত পরিং থোরি মখা থাও অমাইবন তাইরেন পাইহুন লাইজ ঈসিং খিক চাইহুন পুং-খম্ব লোল মিংথৈ অসি সোল্লো। পুংখম্বালোল মিংথৈ সোলদ্রব য়ুম অহুদি য়ুম অতিংঙানে খংও।

পুংখম্বলোলদি-য়ুমসাব হৌদ্রিভৈগী মতম য়ুমফমদ থৌনিবনি।

## অতাইরোল্ থৌনি মিংথৈ—

হে লাইনিংথৌ নোংথৌরেন্বু তাইগে
লোল্লারেন্ব তাইগে, পাখংববু তাইগে
য়ুরেম্নববু তাইগে পুলেল, নাকাব
খোংমরোল্লী ওন্দেব খোংমরোল্লী ওন্নহন্‌রাইব
মল্লিক্‌পি মল্লিক্‌প সন্‌কোন্‌বী সন্‌কোন্‌ব
ইবেন, পিথ্রাইবী অসেন্বী, খোংত্রাইবী অসাবী
উঙক, নংবু হাপ্‌সানবু তাইগে- তাইরবনে
ওইথাং ও য়েৎথাং ও । লরি লিফাংবী নংবু তাইগে
লৈম য়ুরেন্ব নংবু তাইগে নিংথৌ চালাল্ব নংবু তাইগ
রান্‌হৈবী রাল্‌হৈব নংবু তাইগে, হে লাইনিংথৌ
নদাইরেম, থুন্‌গং ( ) নঙ্গগা চাওব/চাওবী অসিগী
মোংব মরান্‌য়াইদ, তাথিব সোইনাইব তিল্লুং লাইথুং
কোক্‌চিক্‌ ঙাইরং, পুক্‌চৎ ইফাই রানা ঙৌদোং
অরুম্‌-খুল্লাই, ফুগ্রী-ফুরাং, অথিন, অয়েক, অপাং অনোম
পুম্নমকপু হাওরে খানা পাংবরোম্দ হোইদ তাংথবিত্নুন
থৈবিরম্‌ও হে লাইনিংথৌ তাইবিরম্‌
ত্নুরেন, তোরৈ মতুং ইন্না ইরিক, কোন্‌গোন, তাওবগুম,
হোইথ থাংথখিত্নুন খানা চাওব রাংত্রেন্‌গী কংলৈ মসুমাংদ
পান্ব কৈরেন, অঙৌব মপি মচান মখা ফাল্ল
ঙাইজরিব অত্নুদ ফত্ত হাওখি পুম্নমক, অত্নুবু
মথিক, মখা থন্ন পাস্ব য়াথোংদ রাইথুং ঙুরসনে,
পাস্ব কৈথোক, লেম্বীগী মপারি, চামরিবন মান চানখিসনো
পাথ চোথব অত্নুন লম্‌লেন, সুগুম্নু ইরাইতা
থোংনাং মোংবী চীংসুংহুৎ "হুৎতংঙান" কান্‌ব মরম্‌থৈ

খা লৈথে পাংন হোইদ তাংথবিরম্ম, হে লাইনিংথৌ।
অক্কব মুংঙাইব কপ, য়াংব তাংয়াংব, নমু পোংলাই তাদব
কাওয়েন, মরাই তাদব, কুরাও কায় বাং, নমু পোংন হেন, ববু
অরাং লৈন পাংন হোইগংগীয়ু নদাইরেম,
( খুন, পং ) চাওবা/চাওবী
নমু হেমুংথৌ, অসিগী মোংব মরাংয়াই অসিবু অরাং কৌক্ত
অমুপগী কংলৈ মসুমাংদ লাংগোই সামু অচৌব
মালেম, লৈপুরুম্বী লৈরাই কাংওইরেম্বী শান
মচা লৈতংলেন, অহন ববু কোরৌ মুমিং খুদিংগী
মনাতোন সিংন নাম কোন, বঙুন, কোল, বিরন, মো
কাওয়েন, সন, সেন, বঙুম, অমুক, ঙম কোন্থাবিয়ু ।
মুমিদাং ঙন কোন, শিন, বিয়ু খোইজি খাদ নাওমুম্বীয়ু
হরি চামু হায়া হে,
হায়া ঙামু হয়ি ও
হরি হয়ি হয়া হয়া
হযুম, হয়ুম, হায়ন
কোন, সমম, লগে ।। × ।।

অঙাইরোল মিংথৈ অসি ঈরাৎপগী অরোইবদ তাইনরম্ব বাহৈবু অঙাইরোল কৌই। পিরিব মিংথৈসি থৌনিগী অরোইবদ সোনগনি।

---

# ঈরাৎফু লাৎপগী পাউতাক্ খরা

## ঈরাংফু লাংপ –

মালেম থক্তা বাম পাকলগি ময়েক য়েক্নি লাইতিনকোম পাফম নহাল খোইমুমসিংন মালেম লৈসেমমুন সাখিন অচুগী ১ঙঃ জোতুন মালেম চিখেক মরি, পরিং লাকতুন সাগনি হেন্নিব

প'ফল অতুগী ময়াইদ থম্বাল লৈনা সাহনা মনা ৮ য়েকতুনা সাবিব অসি নহান নোং মালেম সেমডেদ হয়িগী নিংসা। থৱইন শনাগী থম্বাল তাংবল সারগ তরং থক্ত লৈথি। অতুগী থম্বাল অত্নু সাবনি। মতুদ ফো হাপ্পগী মণ্ডংন, মালেম অসি সাব মতমদা কংথখিদনব কংপি কংজাও কংকুপ সিখিয়ে। অতুবু ফৌ অতুন মণ্ডং লৌরগ সাবনি। চফু অতুদি মালেম লৈপাকী মসক্তি চকু অতুদ হৈনৌ মনা অহুম পুনবগী মণ্ডংন কোরো প্বাংচেং ওইখিব সচিক, য়ুহা, চেংভাগী সক্তম্নি। মনা ৫ পুন,বন থরাই ৫ গী মিরেন লাংসংনি।

খোইয়ুম লাইন প স্বদি মালেম সেংগী খৌরমবু পাম্মী পাফলগী চিরা মরিদ চুক য়ুংলিব অসিদি মালেম অসি সেম্লকপদ কাইদনব হায়তুন খোইয়ুম মরিমক্না চুক ওইন ভাকখি; মতুগী সক্তম লৌতুন চিরা মরিদ য়ুংলিব চুক্কে। চুক অসিগী মমিংবু ঐখোয়ন চুকচিবা কৌই। মসিগী মণ্ডং অসি হয়িগী লিনথুপ্তগী পুথোকতুন মালেম ফাখিব অতুনি। চুক অতুগী অকোইবদ লাংন ৭ নত্রগা ৯ লক কোইন য়েংকনি। লৈরোন ৭ নোংলোন ৭ লৈরোন ৯ নোংলোন ৯ গী মিরেন লাংশংনি অতুদি।

লং অতু য়েংপগী মণ্ডংদি ঈরাংফুদ হান্নলংজিন অমা থাদরে', অতুগ লং অতু কৌক্রুদগী উপ্পা যেত্তুন য়েং ওইনন হায়বদি য়েংন লৈতুন কোইববুনি। অরোইবগী লংজিন অতু কৌক্রু চুক্তা য়েংপা লোইগনি। অহৌবগী লংজিনগ অরোইবগী লংজিনগ অনি অহু পুন্না ঈরাংফু অতুগী ময়াইদা থাদগনি, লং অতু থরাই মিরেন লাংসংনি হায়ন থনগনি।

চিথেক মরিদ য়ুংলিব চুক মন্নি অতুগী লাইগী মমিংনা মথান্ন তাকলি।
১। সম্থোং–পুব লাইদি-"লৈহিং কোনিজরেন," কৌই।।
২। মৈরম, –পুব লাইদি-"লাইয়িংথৌ কোনসৌরেন. কৌই।।

৩। চিংথৈ-পুব লাইদি-"খোইয়ুম, লাংবুম, অপুম্বা কৌই ।।
৪। কৌক্র-পুব লাইদি-"খোইয়ুম, অচিব" হায়ন কৌই ।।

লৈফু অতুগী মফুংদ কা ১, মনা ১ লফোই ১ হাপকনি অদুন মালেম নোংজুমনি। ইয়ি-হয়া অনিমকপু নিংন লায়নে। মীওোন্দ শিজহৈদে। ঈরাংফুদ ঈশিং ৭ লক হৈগনি, মতুদি তেংবানব মপুগী উনকেই মুংদ (গড্ডা) হয়িন উং লাওন ঙংবদ খয়াং-গী কোঙ্গোল ওইন তারকই, য়েং লাওবদ লাইজ ওইন মালেমদ ঈরম তরেং (৭) লৈখি। লাইজ ইকোরোন তম্বনি। মথক্কী থৌরমশিং অসিবু "কো হুঙ্ক চক" লোইরকপ "থোই-হুঙ্ক চক" তৌরকপ মতমদ কংলা সংকুপলে মখোংদ অতিয়ান মপারি-অসিব, কোনজিনতি, মপারি মনিনক্র নহন নোং'ক-হুঙ্ক" চকত মপুমগী থম্মোই মুংদগী চিংখোকখিব লোইয়িন সিন্নোন পুম্নমকপু তাইবংগী লাম্ন লমদাং ওইনো হায়ন তাকপি তম্বীরমই অসুম ঙসি ফাওবদ থৌনিরোল থুদিংমক কাইদন চংনরক্লি।

## ঈরাংফু লাংপগী পোংলম,

১হনো মনা নত্রগ ত ইবেন মনা, নত্রগা অথুম্ব হৈ-রাগী মনা ওইরমম অতুম তং পম্বা অমদ পরেং লেংলগ চফু অতুগী মঙক পুন্সিনমনি মতুদ কা মতোন থোকপ অমা, মনা অমা, লফোই অমা। ফৌ তাংগ্রা অমা, চুকচি মরিগী চুকচিরা মরি, য়াম, সেন্দাই (অকংসেন) অনি লাইফি অনি, লং অহিংন, চেং লৈ থোইদিং অমুব, তিংথৌ মতোন, হৈকক পানা ২/২ মেক্রুক, থকথন অমা ভাইরেল পুংকাই অসিনচিংব কয়া অসিনা "সিমরি উমংলেন সেমদুন ঈরাংফু লাংগগী থৌরম অসি পাংথোকনি।

নিংশিংগদব অমন-ঈরাংফু লাংপগী চুকচিরা মরি (৪) মুংবদ রা অহু মমৈ মকোক ওন্থকহৈদে। রাগী মতাং মকোকলোম থংবন

মালেমদ য়ুংপনি; মতোনলোম থংবন কোয়ৌ পাংগনি। য়া পাম্বীনা মালেমদ হৌজবগী ফিভমদগী থুগায়দুনা ঐখোয়না তা-নিং তামাং ওংহাক্লুনা খোবনসিংদ সিজিন্নরবদি নাম্নুংতি। চুকচিন্নাগী মতোন্দ হৈলোৌ মনা য়েংনদসু লপ্প খেকচিন্নরগ মপান্দন লোংন উহনগনি।।

## হৈকৎ লৈকৎকী মওং :—

তাইবঙ, পানবগী মপু চৌংঙ, য়াইবিরেন সিদবী অনিদ মীওইব ঐখোয়না হৈ অমত্তং, লৈ অমত্তং কৎচগে হায়দুনা হৈসেম লৈসেমদুনা মহুৎগীদমক্ত হৈথা-লৈথা, অমম্নং লা-থাবগী মওংসিং মথংগী অম্বুম্ন তৌগনি। লা অহু লোং থাহুনা সেমলগ মপূদ নোম্নুক্ল কৎচগনি। লা অহু থাব মতমদ লাগী লাবোন মতোম্ন লাইগী মমাংদ ওনসিনগনি। হায়বদি "কম্বাল-তাংবল" লোমদ মতোন অহু ওনসিন্দুনা লোং থাগনি মহুগী মথক্ত হৈ-লৈনচিংব হাপতুনা কৎচগনি।

"হৈগী-লুক"-হৈলুক কৎপ, হৈলুক সেম্বদ চু তাংকক্ত তংখাই থাইদোকতুনা সেম্নবদি চু তংখাই অহু লোংন হাপতুনা সেমগদবনি অম্নম্ন তংখাই, থাইব পোৎ থুদিংমক লোংন লোংনা হাপ্তুনা সেমগদবনি। লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনিগী মসক তাকতুনা কৎপ হৈথা লৈথাদদি লোংন থাব লা-হৈ অসিন্ন লাইরেংগীনি; অদুগা উপ্ন থাবে হৈথা-লৈথান্ন লাইনিংথৌনি হায়ন্ন খংগনি।

কম্বালদ হৈ-কা কৎপগী মতাংদসু কম্বালগী মাইওন য়েং-খংবরোমদ হৈ কংকনি। ওইরোম থংবদন কা কৎকনি। লাইগী য়েংতা, থাংমৈ, লাইগী ওইদ মেক্রুক কৎকনি। অথেনপোৎ সেম্ন মতমদসু লফোই লফাং চংথোকপ হাপ্পদ লোংন হাপকনি, উপশিন্দুনা হাপ্প য়াদে অনম অহা চুই। অসিগুম্বা মাংলেম

চংকী চৎন পথাপ অসি য়েংহন চংকদবনি। ইপা-ইপুগী লিক্লম কাইফদ লিক্লম অসি কাইরবদি নামুংঙি থংও ।।

ঐখোইন খোইয়ুম লাইবু ঈরাৎ থৌনি, লাইনিং চংলকপ মতমদ ঐখোয়গী "য়েংত চংগনি" লাইগীদি ওইনি । লাইগী ওইদি-ইমালেল, সিদবীনি, ইমালেল, সিদবীন তাইবং ঐখোইবু লমজিং জিনাও সাবিহন তাইবং মপুবু তাকপিগনি । ইমালেলন তাক-ননদি মপুগী মতিক ময়াইবু ঐখোইন থংব ওমদে, মরম অহনবি ঐখোইন ইমালেল,দ হায় চংজরিব অসি। ইমালেসন তাক্লগত তাইবং মপুগী মসক্ থংগনি ।

# ইরাৎফু লাৎপ



**ক্বিদা সেংনব মিংথৈ :—**

হে চীংঙু, খোইযুম, লাইয়িংথৌ
মালেম, ত ইবং পান্‌নগী মপুঙো!
মালেম্বু পুবিরিব মালেম, ইমা লৈমরেন্‌সু
চীংঙু সিদববু পুরিবি ইমাগী তম্পাক্ত
ফম্বাল, ফক, থারগ থাম্মাই লাইয়ুম, চেৎন
খোইযুম, লাইগী ঈরাৎ থৌনিজগে

## ঈরাৎফু লাৎপগী পাওতাক, থৱু:—

প ক্লিং সেম্লোং নিঙ্কুন নদাইরেম্ব, পুবিয়ু
ফম,ফম, লাংবু সেংজরবনে
হাউং-হায়েং ।।X।।

লাই থুরুম্বদ ফমগদৌরিস ফিদা অতুদ তাইবেন মনা পাইহুন লাইজ খিকলেন চাইহুন সেংদোকনি । ফিদা অতু খুংন সোক-তুন লাইপক্ত (৩) অহমলক কংলগ ফমগদবনি। ফমুব মতুংদ খুবাক্ত ঈশিং ৩ লক লৌহুন হাপলগ থুংনা সেংদোকনি ।।

## মাইকৈ তাইব:—

নোংদোন, লাইথুরা ৭ লাই পাখং ৯ য়াথম,
লোই ৮ থেবরোন, সলাই ৯ লৈথক, লৈথা ।।
থাদ খান চাওব, রাংব্রেম, । লোক্লিংথো
অরাংদ সোয়ারেন, । নোংপোক্ত অচির ।।
নোংচুপ্ত-থেংক্রুং অহন,ব । থাংজিং মার্জিং ।।
রাংব্রন, ।। কৌব্রু ।। পোইরৈ সিংখাই ৬১- ।।
উমংলাই সারাইু ৬১ ।। ঙসি য়াইক থৌনিজব অসি
অকাই অতোই ঙাকপিয়ু মাইকৈ ১০ মক,পু তাইজরি ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈবেন অসি থৌনি খুদিংমকী অহানবমক্কদ খুদোন-বিন, মাইকৈ ১০ মক, কাপ্থোকহুন তাইগনি । অতুগ ইরাং ঈশোনগনি ।।

## ঈকৌরোল, লাইমিং:—

হে লাইজ খুন লান সেংলবী,
অতিয়া সিদবন উং হায়ন ঙংবদ
অতিয়া থয়াংতগী কোঙৌল, ওইন থোক্লগ ।

য়েং হাইন ঙংবদ লাইজ ঈসিং ওইরক্রবি,
ইরাই লৈম, ইথৈরেল, নামুংব, নামুংবী
তাইবঙ, পানবু য়োক,পীনবগীদমক, মালেম,দ
খোংলম, তরেং থোক্ক লৈখিবী লাইরৈম,
কোলোইদি-রাংঙ,খোং, কৌব্রুখোং, চীংকৌই-খোং,
খাক,পঈ, মুরাংঈ, চক,পঈ,-রাইখুরেম্বী;
খোংলম, তরেং থোক্ক লৈদুন তাইবঙ,বু য়োক,পিরিবী
ইমু সিদবগী থৌনিগী কৌজরি য়াংকোই খোংসান,বিরক,ও
হা-উং হায়েং-।×।।

ঈসিং হাপ্প কোন, অদুদ লৈ অমা থাদৌ, নখুং, অনিন কোন,গী মপান্দ পাইদুন, মথক্কী মিংথৈ অসি সোনগনি।

অদুগ তাইরেন, পংফাই পাইদুন লুরেন, থক্কগী খিক,থরকউ নাহৈ নাসেংলোল, লাইমিং সোন্দুন।।×।।

কোরৌ লোন,সাও পক্কম, তাইজিক,ও (আচমন,) তৌবগী মওংদি-নাতোন, নিংসা (স্বর) গী খোংচৎ সেম সাগনি। য়েংকি খুংপিন নাতোন ওইদ মেল্লগ, য়েংত নিংসা (স্বর) অদু উং হায়ন চিংসিল্লকনি, অদুগ অমুক য়েংত মেল্লগ ওইদ হুং হায়ন থাদোককনি। মদুগী মতুংদ অমুক য়েংলোমদ হয়া হায়ন চীংলগ,- ওইদ হয়ি হায়ন থাদোককনি,—ওইদ হ-র-স হায়ন চৌংসিনগনি, অসুম অহুম্মক তৌগনি।

খুংপি মকন চিনবান মথক মখাদ অহুমলক সোকও, —। খুংপি খুদোমবীন নাতোন নাকচি অনি, ওম ওম অহুম্মক সোকও। খুংপিগ খুংয়াইগন মিংচি অনিদ অহুম্মক সোকও, । খুংপি খুংনিংথৌগন নাগী নাকচি অনি অদুদ অহুমলক সোকউ, খুংপি খুংনাওবিন সেংদোন অনিদ অহুমলক সোকও, খুংপিগ খুংনাওবীগ

খোইদৌ সোকও, থক্তিনথম্বাল সোকও, লবাইদ সোকও, অম্সুম তৌরগ ঐগী ইসা অসি মৈগী পন্না কোইরবনি হায়দুন য়েৎকী থুকউ-দগী হোঙ্গন খুরক্ত ঈসিং থর হাপ্পুন য়েৎৎইনন কোইসিনগনি। অমুকস্ম থুবাক্ত ঈসিং থর হাপ্লগ লুরেমথক্ত চাইথংথিগনি। অস্মুমা তৌরগ থমোই লাইথমদ ঈরাৎ থৌনিগদব চীংঙ্গু লাইবু য়েংদুন পুক্নিং চেংন লাকসিনগনি। হে-লৈন চিংব তাইরেম্ন সেংদোক্ক হাইদোকনি॥

## ঈরাৎফু লাৎপগী মিংথৈ:-

কুমসি চহি অসিগী লোইদাম, (সজিবু) থাঙ্গী
মাকমৈ (মঙানি) পানব ঙসি কোরৌ সগোলসেন,
মুমিংকী য়াইফ পুংফম, অসিদ কংলৈ সনা লৈময়োনগী
য়েক, সলাই (থুমন) দা পোকচরকপ নদাইরেম,
(চাওব) কৌবন চীংঙু খোইমুম, লাই পুম্নমকপু
ঈরাৎ থৌনিজগে হায়ন লাইথোং তরেৎকী
খোংলম তরেৎমকপু থুংফাং চেংন লোনজদুন
লাইজ ইকৌ তমজরিয়ে তন্নং ইদুন, তম্ন
ঈরেন পুংদ তুংবিয়ো। হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোনব লোইরগ ঐখোয়না থুংফাং তন্না লোন্দুন পুক্নিং চংন লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু নোংকনি॥

## ঈকৌরোল:-

হাউং তরং ইমক্ত সেংথোইবী, কোংব পুমসাইথোং
কুমসুখোং, ময়াইখোং, চীংগোই, মুংজেং, মুংখোং
মুংনাওবী ঈরম, খোংলম, তরেৎমক্ত অমত ওইন
ঈরেনপুং অসিদ থুংন তুংবিয়ো, হাউং-হায়েং ।।×।।

নাহৈফুগী ঈসিং অহুন "ঈরাংফু" অহুদ তাংরেংলক হৈগনি।
থুংফাং তয়া লোন্দুন নোঙ্লুক থুরুমগনি ॥
উংসন, তরং-নোংসন, ঙাং তরং
সন,-নোংসন হাউং-হায়েং ।। × ।।
লৈফু অহুদ চেং লৈনচিংব চীংঙু মপুয়েন সিদববু পুক্লিংদা চিংসিন্দন কংকনি। ঈরিক কনগঙ্গা ঈসিং কন্দুন ইরাংফুদ কংকনি ॥

## হিমরু য়াইমরু মিংথৈরেন:—

হে তাইবঙ, পান,বগী মপু অন,জি কৌব
মপু নকোক্ল স র-হ, ন ওইব;
র—হ স, ন নথবাক ওইব।
হ-স-র ন নমৈ মৈতান, ওইবা ॥
হ—র—স ন নমৈবু নয়ান চিক্লা কংলৈ কৌবও
হযি কৌন অচং চংত পুম্নমক্কী মপু ওইব
ঙাং-হিং কৌন তাইবঙ, পান,বগী
লাংঙোন, ওইন সানবিব চীংঙু নংবু
তাইগে কুবিয়ু হা-উং-হায়েং। ×॥

অপ্পম সোম্নুন ঈরাংফু অহুদ চেং-লৈ কংকনি। ঈরিক কনগঙ্গ ঈশিং ঈরিক কন্দুন কংকনি ॥

## কোরৌ মালেম লৈতাইব:—

উং মালেম, লৈহন,বী তম্ফা হৈকোই চক্সু
লৈপী তোমসেন, লৈনপ,ফা লৈহিংনপ,
য়োইবু থোইমোম লাইরৈমা ঈরাং থৌনিজব
থৌরম, থৌনি অসে, কাইহনবীদনব
থোইমোম, নখোং খাদা চেং লৈনচিংব কংচরি
হাউং হায়েং ।। × ।।

মিংথৈ অসি সোন্দুন ঈরাংফুদ চেং লৈনচিংব হাপ্তুনা কংকনি।
ঈরিক কনগম্ম ঈসিং কন্দুন কংকনি।

## নোংফুরেন, তাইব :—

হে খোইয়ুম,লাইয়িংথৌ, কোইরৌ নোংলোন,গী
অরাং পাখং য়োইরেন,ব খংব নোংনিংথৌ
অতাম্ব অতিংঙা থোইখোইব, সরাং নোংফুরেন,।
ঈরাং থৌনিসিবু কাইহন,বীগনো তিল, লৈরগনো
লাই লৈরগনো হাইন সিংঙেন, লৈরাং
লৈহুন, তমক্ক,রি, হাউং-হায়েং কুবিয়ু ॥ × ॥

চেং লৈ থর পায়খংতুন মথক্কী মিংথৈ অসি সোনগনি, সোনব লোইরগ, নোংপোক চীংথৈদ, তাংগ্রা লা অমদ, হাপ্তুনা কংকনি। চীংঙু লাই হরাওরবদি-থোইয়ুম লাই পুম্নমক তিল্লে। হৈকং লৈকং, তমহুন নাওথেম নাওশ্নগনি। লাই সরোইনচিংব কাসা হৈকং লৈকং তম্ব কৌই ॥

## তাইবং মপু থৌনিজব :—

হে লাইয়িংথৌ!
নহান, নোংমগী অন,জি সিদবদগী
লাংওন, লাক,প হয়ি লাইমক্ক সিদব
হয়ি চক,ঙৈদ লৈমুং কোন,জিরেল, কৌব
হয়া চক,ঙৈদ খুমুং লোন,জা অরিব কৌব
খুমুং চক,ঙৈদ লোলাং পাখংব কৌব
কোম্ন চক,ঙৈদ নোংদা লাইরেন, পাখংব কৌব
কোসনা মপুরেন, কোরৌ মালেম, লৈহৌব
লাইয়িংথৌ নদাইরেম্ন ঈরাং থৌনিজব

মপগী ভাংলো খাদ চেং    লৈ কৎচরি
হাউং—হায়েং কুবিও ।। × ।।

অসুম্ন মিংথৈ অসি সোল্লগ চেং-লৈ ঈরাংফুদ কৎকনি। ইরিক কনগম্ন লাইঞ্জ ঈসিং কন্দুন কৎকনি ।।

## মালেম, মীংথৈ :—

উং মালেম, লৈহিংবী, সেক্লিং য়াফম, ফানা
উন.বী পুক্লিং তপ্লবী, তাইবং হিথাংফম, ওইরিবী
সনা ইরেপ.ফু মসক, ওইরিবী, উং 'লহিংমু লৈনপ.ফা
ইমাবু থৌনিঞ্জরি হাউং-হায়েং কুবিয়ু। । × .

ঈরাংফু অতু থুং অনিন সোকনি। লৈ-মনা অমা ঈরাংফুদ হাপ্‌ন কৎকনি।

উং সঞ্জিক, চেংও, যুহা; খোইয়ুম, অঙুম্বক,
কোরৌ থক্তা কোরৌ মালেম, কাইদনব
ফুংগা সোংচুম, সান ভাক.পিরিব
খোইয়ুম, অঙুম্বক-পু সেম জরিয়ে
হাউং-হায়েং কুবিয়ু ।। × ।।

ঈরাংফুগী মঙকসমদ কোইরিব কোরৌ খ্বাংজেৎ ওইরিব তৈনৌ মনাদ থুং অনিন সোকনি, অতুগ লৈ অঙু খর লৌরগা ঈরাংফুদ কংকনি। ইরিক কনগম্ন লাইজ ঈসিং কন্দুম ঈরাংফুদ কৎকনি।

উং হুং!
সিদব মালেম, কাইদনব' মালেম.গী থাফম, ওইরিব
কংবী কংজাও কংকুপ.লেন, সিদব নংবু সেমজরি।
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

ঈরাংবু মথাদা ফৌ থারিব অহুদ খুংন অমুক সোকনি, চেং-লৈ ঈরাংফুদ কংকনি, ইরিক কনগম লাইজ ঈশিং কন্দুন কংকনি ।।

মালেম তাইব :--

উং মালেম, লৈহিংবী
কফা হৈংকাই চম
সোকিং যাফম, ফান
উংবী পুকিং তপ,লবা
তাইবং হিথাংফম, ওইব
মন ইবেপফু ফম ল, ওইবিবী
লৈহিংমু লৈনপ,ফা নংবু
ঈরাং খৌনিজরি ।।

অসুম সেংগ চেংলৈ ঈরাংদ অহুদ বংবনি খুংফাং তরা লোন্দুন পুরকগনি ।।২।।

কোহৌ তাইব :—

উং কোহৌ লোংদন,গী তরাং পাখং য়েংইরেম
থংগ লোংনিংখৌ কোন,খোরেন, অফম
অনিংবা খোইখোইব লাইয়িংথৌ
খোইযুম লাইবপ, লুচিংব
ঈরাং ফম্বাক, লাংদ
য়াংগোই খোংসান,বিরক,ও
চউংশায়েং কুবিয়ু ।। ১ ।।

ইব হফুন চেং-লৈনাংব চৌঙ মপুরেন সিদবরু পুরিংদ চিংসিন্দুন কংকনি, খুংফাং তরা লোন্দুন লোমকনি ।২।

মালং তাইব :

উং মালং দু সিং অগোইব
খমংগোল, অয়াংব, তাইবং, থরাই মপুরেন,

হে-লিক্লাই ইবুংঙো
কংলা নোংলৈ য়াংগী
সন্‌চীং ফম্বাল, ওইরীব
সিদব মপুন চিংব
খোইযুম, লাইয়াম, খিবিক্‌পু
লৈরাং লৈহুন, তম
লাইজ ইরিক, সেংথোইবন
চীংঙ্গু মিংথৈ সোন্দুন
ঈরাং পুনেম্‌জরক্কে
তাইজগে কুবিয়ু হ উং-হা'য়ং ।×।।

রাহৈসিং অসি হায়রগ ঈরাৎফুদ চেং'লৈ কৎকনি । ইরিক কনগনা লাইজ ঈসিং কন্দ্রন ঈর'ৎফুদ কংকুনি ।।

লাইয়িংথৌ অসিবন লৈপাক্ত
অহানব থোক্‌ডৈগী মিংথৈদি
লৈরংলেন্‌ লৈতক্‌প কৌই ।।
লাইয়িংথৌবু তাইটিক্কে হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংর কৎকনি

## মায়কৈ তাইব:

মাইকৈ চিথ্‌ক ৪ দা লৈপাক্‌ ঙাক্‌পদি

১। পিস্নাতাওন-নোংচুপ, ঙাক্‌ই ।।
২। করিন-খারম, ঙাক্‌ই ।।
৩। কবান-নোংপোক, ঙাকই ।
৪। নোংদম্‌থুবন-অরাং ঙাক্‌ই ।।

খে ইয়ুম, মাইকৈ ঙাক্‌প মরিবু
তাইজিক্কে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।

রা হৈ অসি হায়রগ ঈরাৎফুগী অকোইব মাইকৈ মরিদ চেং'লৈ কৎকনি । লাইজ ইরিক কৎকনি ।।

খোইযুম, শাইনিংগী অতিয়া সিদবন
উযুংগী মথক্ত ফম, লিতৈংগী মিংথৈদি
সংকুরেন, সংকুসং, কৌয়ে ।
মিংথৈদি লিক্লাই সিদব কৌয়ে ॥×॥

মথক্তী মিংথৈসিংসি সোক্লগ ঈরাংথুগী ময়াইদ চেং-লৈ কংকনি ॥

লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবগ
অসিবগ তান্নতুন খোইযুম,
যুহানে, থাবানে, চেংঙানে
যুচেংনে মরি পোক্নি ।

১। যুহান চিংগৈ ঙাকলে ॥
২ যুচংন মৈরম, ঙাকলে ॥
৩। থবান মোইরাংলাইজি ঙাক্লে ॥
৪। চেংঙান মুংসিংলম, ঙাকলে ।
মাইকৈ চিথেক- মরি ঙাকলিব ।
খোইযুম, লাই মরিবু ইরাং পুনেমজরি
মাইকৈ ৮ ঙাক্লুন লৈপাক, সেম্ব লোইরে
কুবিয়ু হাউং-হাযেং ।×॥

মথক্তী মিংথৈ অসি হায়রগ মাইকৈ ৪ হাইবদি-চীংথৈ, মৈরম, মোইরাংলাইচি, কৌক্র চুকথোংদ চেং-লৈ কংকনি । লাইজ ঊসিং কংকনি ।

কারনগী ময়াইদ লাইয়িংথৌ অসিবন
ঙানতুরেং কৌনা উযুং ওইন যুংলে ।
অতিয়া সিদবন উযংগী মথক্ত
কাপ্ত, ওইন লেংলে মিংথৈদি
লৈতুরেং নোংতুরেং কৌয়ে তাইজিকে
কুবিয়ু-কুবিরে, হাউং-হায়েং ॥×॥

মথক্কী মিংথৈরেন অসি সোল্লগ ইরাংফুদ চেং-লৈ কৎকনি ।
লাইজ ঈসিং কৎকনি ।।

## পরিং লাংসং মিংথৈ

পরিং লাংসং হুল্লে ।
১। নোংয়াই মরি ওন,বনে ।
২। চাওর মপান, থিবনে ।
৩। চাওর মপান, থাবনে ।
৪। চাওর মপান, মানে ।
পরিং অমরক, থারে ।
খোইয়ুম, মরিমক,পু ।
তাইজিংকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাংফুগী চুকচি মরিগী চুকখেংদ হাইবদি-থাংজিং, বাংয়েন, মাজিং, কৌব্রুদ চেং লৈ কৎকনি । ইরিক কনগন লাইজ ঈসিং কন্দ্রন চুকখোং ৪ দা কৎকনি ।।

## পরিং ঙাকপ

নোংপোকত-নোংসা তাওন ঙাকই ।
নোংচুপ্ত-লৈখোম, তাওন ঙাক,ই ।
অরাংদ-নোংথোং তাওন ঙাক,ই ।
মথাদ-লৈসা তাওন ঙাকই ।
পরিং ঙাক,লিব খোইয়ুম,মরিমক,পু
তাইজিংকে কুবিয়ু হাউ হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মাইকৈ মরিদ চেং-লৈ কৎকনি ।।
খুংফাং তরা লোন্দ্রন নোল্লুকনি ।

' খোইযুম লাই মরিন শাক,তুন
মাইকৈ নিপান, শংদাই তরাতরুক,
লাকতুন কেন,চৈ কারন, লাক্লে ।
কাপ্তু, হুইরেন, থ,রে নে দরে ।
ফা কুং কাকুপ, মফুং ফারে ।
পাফল,সু মপুং ফারে ।
লৈরোন, • নোংলোন, ৯ সেম,লে
তাইজিক্কে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লাগ ঈরাংকুন চেং-লৈ কংকনি । মতাং অসিদ পাফল, পরিং হুন,ব লোইরে ।

## পাফল,গী মিংথৈ

তিন,সং তিন,পুক, থাইন য়েংত্রেব কোয়ে '
পাফল, লিল,লা নিংথৌ ও ইজিক্কে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং । × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ পাফল,গী লৈনা ৮ দা চেং-লৈ কংকনি ' থুংফাং তরা লোন্দ,ন নোল্লুক্ন ।।

অতিয়া সিদবন খেঙ্,বু কোয়ে
পাফল,ন ওইরোম,দ খেঙ্,ন য়েংলোম,দ
লৈপাক, পুব খেঙ্,গী মিংথৈদি
কুরুং তিক্ত খেঙ্, লাংবৈ কোয়ে
তাইজিক্কে কুবিয়ু হাউং হায়েং । × ।

মথক্কী অসুম সোল্লগ পাফল, থক্তা চেং-লৈ কংকনি ' পুক্লিং চংন নোল্ল,কনি । য়াইফ খৌনিজগনি ।।

## নোংখো মরোন,

১। তহিংঙাং তরুব ২। পহিং ঙাং তরুব ।
৩। তুহিংচি তরংব ৪। তুকুপ,লিক্ তরিব ।
৫। তুখিং তরিব ৬। ঙাং ত্রুরুক,
৭। তুখিং লিক, ৮। কুং কুংচি ।
৯। তুখিং তরং পুকঅং হাঙন কোয়ে ।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং । X ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ পাকল ফম্বাল থক্ত চেং-লৈ কংকনি ।

## অতিয়াগী মিংথৈ

চৌংঙ্ কুরুম, অতিয়া সিদবদ
লৈপাক্কী মথক্ত খোং কারন্ন
সনা ফম্বাল, তোংন ফম,দংলিঙৈ
উং লৈমিঙাং, লৈসং লৈপিব কোয়ে ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ পাকল ফম্বাল থক্ত চেং-লৈ কংকনি ।

## মালেম, লৈরোল, মিংথৈ

উং মালেন, লৈসনা লৈহন,বি
লৈরোন, তরেংতা নোংসাবি,
মালেম, চনিং লৈথৈদ
নতোম, খোক্ত লমহৌরক পি,
লৈরোন, নোংলোন অনিমক্ত
সিন, থুংন লৈম্নিবী
তাইবঙ,গী তুঙ,নফম্ব্ ওইরিবী
পলেম, নহি নয়াইনবু
তাইবঙ, থরায় হিংহল,লিবি
মপু খুয়া খাগী

সনা তাংবল, গুইরিবী
ঙুংসি ঙুংওন, খিবিকী
মসক,পুদি পুরিবি পলেম,
ঈরাং কম্বাল, লাংদবু
লেংসিন,বিহুন কম,দেংবীয়ু
উং ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈহিংমু লৈনপ,কা সিদবি
খুরুম, লৈপাইজরি কুযিয়ু
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ মসি সোম্রগ চেং-লৈনচিংব ঈরাংকুদ কংকনি পুক্লিং চেংন নোম্নকনি ।।

## কোরৌ নোংদোন, মিংথৈ

উং কোরৌ নোংথোরেল,
ঙুংনাং কাওখং কোন,
অতিংঙা মালং কাকুপ,
মপুং গুইম্নীবও
খোঙ্গেন, য়াইবি লৈহুন, তম,লিব
মুমিৎ থান চিংলিব
কৈনৌ থবাই মিচাক, খিবিকী
তোংচেং কুংন পাল,লিব
থকী লাইয়াম, খিবিক্ল
লৈতেং মপুং ফারিব
ঈরাং কম্বাল, লাংদবু
মিংয়েং সান,থৈবিয়ু হায়জরি
নদাইরেম্ম তাইচিক্কে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ মসি সোল্লগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কংথুনা থৌনিজগনি ।

## নুংসিংকী মিংথৈ :

উং মালং মুংসিং সিদব
পাংগন, মপা লৈতব তাইবং
সিন.ব থুংলিব তাইবং মপু ।
নতিক্ক মকম, মকম, খুদিংদ
তোংলেন, তপ্প সিংথুন
য়াইবি লৈনম, য়েল্লিব
য়াইবী লৈকোন, সেম.জরি
ইরাৎ ফম্বাল, লাংদবু
নিংথিনবু লাংবিয়ু হায়জল্লি ।
মিংথৈদি উং য়িং জং
সংতরেং লৈয়োম্ব স-সিদববু
তাইচিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈসচিংব কংথুন পুক্লিং চেংনা থৌনিজগনি ॥

## ঈসিংগী মিংথৈ

উং ঈকুংথোক, লৈয়াব মিরিংহিং লৈরোম্ব
তরং লাইজ অরুব অপুক, মসিং খিবিক্কী
সেংথোই মসক, ওইরিব উ-রা লাপিনচিংব
থরাই পান.ব খিবিক্কী মহি ময়াই ওইরিব
ঈরাৎ থৌরম, খুদিংদ চীংগু, লাইগী
ঈতিন,কম্বু, ওইরিব ঈরাৎ লাইতিন,কোন্দ

তরং লাইজ ইরেন, ওইরিব সিদব
তাইচিকে কুবিষু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি ।

## নুংশিৎ মিংথৈ

উং চিরি উং চিথোম,
উং চিরাক, উং চিরিং
উং চিতক, উং চিসো।
উং উলরি উং চিথা।
উং চিথুম, মিংলেন, মাপন,বু
কোলোই থান কৌজরি
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি ।।

## মৈগী মিংথৈ

উং মৈমুৎসং উং তরংঙাং
উং ঙান,তুহিং উং ঙানতুঙাং
উং সংজরেং উং কেম,মুবী
উং মৈহিংসং উং মিৎতরং
উং সংমুবি মিংলেন, মাপন,বু
সৈথান কৌজরি হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংবা কৎতুন থৌনিজগনি ।।

## নাওয়োম, মিংথৈ

উং অং য়েং, উং ঈফু
কেং কল্লাচি উং মকিক,

ওক, কুক, উং ঊং হুং সংতরেং
লিয়োম্ব উং লৈচিন, পুন,চিন
পুংলেন, লিক্লাপুন, ঈয়োম্ব লৈহিংসং
ঈফুংথোক, ইয়াব মিরিং হুং লোয়াম্ব
মিংলেন, মাপন, কোলোই থানা কৌজরি ।।×।।

মিংখৈসিং অসি সোন্দুন ঈরাংফুদ চেং-লৈনচিংব কংকনি। থুংফাং তম্না লোন্দুন পুক্লিং চেংন নোম্নকনি ।

## মাইকৈ লাই থাংজিং মিংখৈ

হে লাইয়িংথৌ লৈহিং কোংচিরেল, কৌব লাই
মালেমগী সম্থোংদ কোলোই থাংজিং কৌন
চুক্কী মসক, ওইন মালেম, ঙাকপ লাই
খৌরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাকপিয়ু
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোম্নগ থাংজিংগী চুংখোংদ চেং লৈনচিংব কংকনি ।

## মৈরম, চুক্কী মিংখৈ

হে লাইয়িংথৌ কোন,সোরেন, কৌব লাই
মালেমগী মৈরমদ, কোলোই খানা চাওব রাংরেন
লাংওন্দুন মালেম, ঙাকলিব হে খোইয়ুম,
খৌরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাকপিয়ু
চৌংঙু ঙাংলৌ খাদ লৈরাং লৈকংচরি ।
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোম্নগ মৈরমগী চুকখোংদ চেং লৈনচিংব কংকনি ।

## মার্জিং চুক্কী মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ লাংবুম, পুন্মাব
মালেম.গী চাংথৈ কোলোই মার্জিং কৌন
মালেম, কাইদনবা ঙাক্লিব হে-লাইনিংথৌ
থোরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাক.পিয়ু
চীংঙ্ ঙাংলো খাদ লৈরাং লৈহুন কংচরি
হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মার্জিংগী চুক.থোংদ চেং লৈনচিংব কংতুন থৌনিজগনি ।।

## মিক্রম, চুক্কী মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ অচিব
লিক্রম, কোলোই কৌক্ত
কৌন লাংওন,লক,প লাই
চুক্কী মসক, ওইন
মালেম, কাইদনব ঙাক্লিব
ঈরাং থোরম, অসিগী
অকাই অতোই ঙাক.পীয়ু
চীংঙ্ নখোংখাদ
লৈরাং লৈহুন, কংচরি
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ লিক্রম চুথোংদ চেং লৈনচিংব কংকনি ঈরিক কনগন্ন লাইজ ঈসিং কন্দুন কংকনি ।।

## মাইকৈ ১০ তাইবগী মীংথৈ

হে লাইরিংথো খোইয়ুম, কৌক্রু অসুপ্প
চীংগু, নোংচুপ, অরিব সথোং লাইরিংথো
থাংগো যুম্বম হাংদবা কয়া লাইগুইব
চিংঙাংলক্কি পুরেরোম্ব হে খোইয়ুম,
নোংপোক, মাঙং হুম্বগুইব;
চীংগু কাইনৌ চীংসোম্ব
থংমাই মার, নিংথৌ, খোইয়ুম, উংজাব চিংমাব ।।
উংলৌরেন লৌথিব লাই, কোরৌ নোংথৌ সোরারেন
থক্ক ডাকপ সয়াংলাই, খাদ ডাকপ খোংডারেন,
ঈরাং খৌনি অসিগী অকাই অতোই ডাকপিযু
চাংগু খুয়া খাদ লৈকংচরি হাউং-হায়েং কুবিয় ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎন্দ চেং-লৈনচংব কৎবনি ।। অসিগী মথাদ সোনগদৌরিব মিংথৈরেল, সিং অসিদি ঈরাৎফু অতুগী মমাংদ থারিব তাংগ্রা লাকোইলা অক্ষদ কৎকনি লৈবদদি কৎপ যাদ্রে তৌহৈদ্রে-হায়বদি লাই মঙা ফমদাগ্রে । লাই ৫ গী মথক্ক অপাপ্প লাই অমা অমুক লাৎফদ্রে ।।

## মিরেন লাংসং মিংথৈ

লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবন নম্ব তাইবং
মী সারো হাইরবদ, অসিব লাইয়িংথৌন
করম, তৌনা সাগদবনো" হাইন হংলবদ, অতিযান
কে পারি অসিব, ঐগী ইমি পাদম, লাক্কুন
তাইবং মিহক, সাগদবনি, হাইব পাঙংাক, ফংলবদ
অতিয়াগী মিরেন, ভম্ব সারে, হাইগনে ।
লাইনিংথৌ অপানবগ লাইনিংথৌ অসিবগ

অনিমক্ত নমু তাইব, মীবু সারিতৈদ
নমু পোংগী সাকোল, সারেপ, ফানব হায়ত্রুন
অ'তয়া মহাক্তগী মখোই মরিন, চিংথোক্লুন
সাকোল, ফারে হাইবগী মমিং মরিচিং কৌয়ে ।
লাইনিংথৌ অতিয়ান সেম্‌হন্‌লিহ নমু পেং
অতুবু পোংনাওতোন, হায়ন কৌরে। কোলোই
মিংথোল্লে। পোংসিবু নিংসা হাপ্লসে হায়ত্রুন
চীংঙ্ অতিয়ান মহাক্তগী করিগ, করাগ
ত্তরুংবগ। উকোংক্লেন্‌গ। নোংদম্‌ব থোইয়ুম,
মখোই লাইৎপুথোক্তুন থরাই হাপ্‌লে,
নিংসা হোল্লে। খোইয়ুম্‌দা মক্ষা থরাইগী
মপু অতিয়া সিদবগ থবাই ৫ মিগা থান
৬মক, ওইবিরো থরাইগী মপু চীংঙ্ অতিয়া
সিদব মিংলেন্‌দি সংকুসং সংকুরেন, কৌয়ে ।
তাইচিক্কে কুবিযু হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংখৈরেলসিং অসি সোল্লগ উরাৎফুগী মমাংদ থারিন ৫ংঙা
লা অতুদ চেং-লৈনচিংব কৎকদবনি ।।×।।

ঈরাৎফু লাৎপ লোইরে।

# নাওরা নাওপুরক্পা থৌরম্

পরেল ওইবিনা নাওরা অঙাংঙা নাওপুরকপ অসি লোইদাম থারেপ মপুং ৩ সুরকপদ নাওরা অতুগী য়াইফনব নাইরোন অকোকলোন সোনবিগনি । সোনবগী মতমদি, লোইদাম থারেপ মপুং ৫ ফারকপদ অমুক । থারেপ ৭ ত্তা অমুক । থা ৯ মপু ফারকপদদি কোকথোক চামথাকপগী থৌনিরোন তৌবিগনি ।

## পোৎচংদি—

মপুম্বা পোৎলম ৫ হাইবদি-সংগোম, ঘী, চুহি, খোইহি, লফোই, হৈকক ১ পানা ১ মেক্রুক থাংমৈ ; লৈ অঙৌবা কুন্দো পরেং ১ ঈশিং চফ অথনব ১ নুপী অদুগ চপ মান্নন থাংব য়েন্দো মকক অমা।

## থৌনিবদি—

থা ৯ স্বরকপদ মাংগোল ময়াইদ থৌনিবিগনি। থৌনিব মতমদা মসাদ লৈ-পরেং অদু সিবিয়ু। অদুগ লৈপরেং অদু লৌথোক্লগ মমাংদ থিল্লিব ঈসিং চফু অদুদ মমি য়েংলগ চফু মণ্ডক্ত হুকচিল্লু।

নাহৈদি—হে ইতা লোইনবী ইমিরেন, ঐগী লাংকম,
অতেক, অকাই পুন্নমক, নংঙোন্দ সিন্নরবনি।
ঐদি থিক্‌সেং, থাংসেংজরে হাইগনি ॥ ম ॥

অদুগ মাগী নিপান থোংজিন্দ য়েন্দৌ অদু পাইরগ মথোং কাকতে কতুন লেপকনি। নুপী অদুন ইমুংলোমদ, কেকু, হাইন নিপা অদুগী করাং লিৎতুনা ইমুং চংখিনি। নিপা অদুন-ফোং-ফোং, হায়ন খুমগনি। নুপি অদু অমুক ম ই নোংপোক ওন্দুন সুমাং ময়াঈদ লেগহল্লগ ওসাইগী ঈসিং চফু অদু মকোক্কগী হৈথৌ অদুগ চফু অদু লৈপাক্ত থাদুন য়ৈথাইয়ু। চফু কাইব্রবদি সেল্লো, সেংন ঈক সান্দউ অসিবু কোকথোক চামথোকপ থৌনি কৌই॥ নাহৈরোন অকোকলোন উসিন্না চিংব তৌদুন কোকথোক চামথোকপিরবদি অকাই অতোই থোকপ হৌনদে।

তায়বঙমী পোকপদি লোইদাম থাজ তরানিথোইদ পোকই থাজ ২ ইপল্লে, ইপল পঙ্গৌ কৌই। ইপারল্লে ইপা কৌই।

ই'পন্নে পগম ইমা কৌই। ইপান'ইমাদ সিন্নরে, ইমান লোইদাম থাজ ১০ উন, কোইনুংদ নাওরা অঙাং ভাবু নাওপুরে মুম্মিং ৩০ নাশাবগী থা ১০ সুব "পিসুং" থোংচং মাপন, মাপন্না চংলক,পদ পুংসিং ২৩০৪০ সুরক,প পুংগী অহৌব পুংজাদ পোক,ইব খিবিকসু অহৌব পুংজা ভাইবং মীন উনবী পিপুৰ,মুঙ্গদগী ভাইবাপান, ফাওরকপ মতমদ চক,প লম্নাং মাইবী (বাংকোন,) অমাইবীন অঙাং অতুগী নাওফম,লোমদগী, অঙাংলোমদ অহুমল,ক, সিংন নাম্না নান,সিন,বিগনি, থৌরাই মমি কৌসিনবিগনি।

## মিংথৈদি নিপা ওইরগন

হে থরাই ৫ মক,মিগ থারগ ৬ মক,
চিপুংব কোন,-কোন,-কোন,।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অহুম্লক্ সোন্দুন খোইরিদ নান,সিনবিরগ খোইরি অতু লং অহিংব লংজা ৭ না পুলগনি। অতুগা অঙাংগী খোইরি অতু "রাকথৌ ন কক্কনি।

## নুপি ওইরগন ওইরোমদ -

হে থরাই ৫ মক্ মিগ থারগ ৬ মক্
চিবুংবি কোন,—কোন, কোন,।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অহুম্লক, খোইরিদ নান,সিনবিরগ খোইরি অতু লং অহিংব লংজা ৭না পুলগনি অতুগ কক্কনি।

অঙাংন কপত্রবদি নাওফমদগী থরাই মিরেন, কৌসনগনি মথক্কী মিংথৈরেন, অসি ৭ চক্ নত্রগ ৯ লক্ হন্ন হন্ন সোন্দুন কৌসন,গনি নাওফম্দগী। অতুদসু কপ,ত্রব নাওফম্ অতু ঈসিং অসাবদ হাপ্লো। মথাগী মিংথৈ অসি সোল্লো।

হিংনিং চান হিংঙক্‌ও হে থবাই ৫ মক্‌
মিগ থারগ ৬ মক্‌ কোন্‌—কোন্‌—কোন্‌।।

নাওফম্‌দগী অঙাংলোমদা ও সিং সিং লান্‌শিনবিরকনি। অহুদমু কপত্ত্রবদি, হুইত্রি কাপ্‌লগা অমুক কৌগনি।।

## নাওফম্‌ ফুম্বগী মরম্‌—

নাওফম ফুম্ব মতমদ মুপান য়ুমগী য়েত্ত। মুপিন য়ুমগী ওইদ হুম্‌দাং অনিগী কারক্ত, খুবোম্মক, লুনা তৌরগ চফু ১দা পৈসা ১ হাপ্‌কনি। নাওফম হাপকনি পিতাই খোংদাইবিদা য়াইফ থোজান্‌ নিরগ সিন্নহুম নাওফম্‌ অহু খোইজু লেখাম নৈ ওকলগ ফুমগনি।

## অঙাং ঈরুজবা—

খোইরি কক্লব অঙাং অহু ঈরু লাইসোন সোন্‌বিহুন লুজ-বিগনি লুজরিব ঈসিং অসি অচম্ব নত্তে ইপা মচুম, ইপু মচুম অসেংব ঈসিংনি। য়াংকোন্‌ মাইবী ইমান অঙাং অহু ঈরুজ-বিগনি।

ইপা মচুম তারো। ইপু মচুম্‌ তারো
মুমিংন কাত্রিভৈদ কাহৌরো,
থবীন চাওত্রিদৈ চাওহৌরো
তিং-তিং চাওরো শাংঙো।।

মথক্কী মাহৈ অসি হায়রগ ঈরুজবিহুন অঙাং মসা মউ খিং-খিং চোংহুন সান্নবিগনি।

তাইবং মালেমদ পোক্লব অঙাং অহু, ঈরু সান্দেংবিরগ, নাহৈ নাসেংবিরগ নাকোং থোংজাওরেন অনিদ চিংঙ্‌ মিংখৈরেন অহকপবু পস্থৌন লাইমিং পিবিগনি।।

### য়াইবিরেন, মিংথৈ -

"হুংঙা—তরংঙা—র—হুংঙা—হুংঙা ॥"

মথক্তা সিন্দব মপুগী য়াইবি কোনগী মিংলেন, থরাই ৫ মিগ থারগ ৬ মকপু, অঙাং নাওৰাদ পম্বৌন, নাপ থোংলেন ২ দা চীংঙু মিংথৈ পিবিগনি ।

# নাওৰা নাওপুরক্‌প থৌরম্

পলেম ওইবিন নাওৰা অঙাংঙা নাওপুরকপ অসি লোইদাম থারেপ মপুং ৩ হুরকপদ নাওৰা অহুগী য়াইফনব নাহৈারবন অকোকলোন সোনবিগনি সোনবগী মতমদি, লোইদাম থারেপ মপুং ৫ ফারকপদ অমুক । থারেপ ৭ তা অমুক । থা ৯ মপুং ফাবকপদদি কাকথোক চামথোকপগী থৌনিরোন তৌবিগনি ।

### পোচংদি

অথুম্ব পলেম ৫ হাইবদি-সংগোম, ঘী, চুগি, থেইহি, লফেহি, হৈকক ১ পানা ১ মেক্রুক থাংমৈ । লৈ অংগোব কুন্দো পারং ১ ঈসিং চফু অথনব ১ মুপী অহুগ চপ মান্নবা ব য়েনদৌ মকক অমা ।

### থৌনিফম্‌দি -

থা ৯ হুরকপদ মাংগোল ময়াইদ থৌনিবিগনি, থৌনিব মতমদ মসাদ লৈ-পারেং অহু সিবিযু । অহুগ লৈপারেং অহু লোথোক্লগ মমাংদ খিল্লিব ঈসিং চফু অহুদ মমি য়েংলগ চফু মঙক্ক হুকচিনু ॥

রাহৈদি হে ইতা লোইনবী ইমিরেন, ঐগী লাংফম,
শতেক, অকাক্ত পুন্নমক, নংঙোম্দা সিরূরবান
ঐদি থিক,সেং, থাংসেংজরে হাইগনি ।।X।।

অদুগ মাগী নিপান থোংজিন্দ ম্নেন্দো অদু পাইরগ মখোং ফাক্লেকতুন লেপকনি হুপি অদুন ইমুংলোমদ,-কেকু; হাইন নিপা অদুগী করাং চিংতুন ইমুং চংখিনি নিপা অদুন-ফোং-ফোং, হাইন থুমগনি। হুপি অদু অমুক মমাই নোংপোক ওঙ্গুন হুমাং মথাইদ লেপতুনগ ইসাইগী ইশিং যে ছদু মকোক্তী হৈথৈ অদুগী চপ্ত লৈপাক্ত থাদুন মৈখাইয় চফু কায়রবদি সেল্লো, সেংল ঈরু সান্দেংউ অসিবু কোকথোক চামথোকপ থৌনি কৌই। নাহৈরোন অকোকলান ইসিন্না চিংব তৌদুন কোকথোক চামথোক-পিরবদি অকাই অতোই থোকপ হৌনদে।

তাইবং মালেমদ পোক্রুরব অঙাং অদু, ঈরু সান্দেংবিগনি, ঈরু লাইসোম্ন নাহৈবিগনি। নাকোং থোংজাওরেন অমদ চিংদু মিংথৈরেন অহকপবু শন্থৌ লাইমিং পিবিগনি।

য় ইবিরেন মিংথৈ –

"হ ঙা ত্রবংঙ -ব-হুংঙা-হুংঙা"।।

মথক্কী সিদব মপুংগী য় ইবা কোনগী মিংলেন, থব ই ও মিগা থারগ ৬ মকপু, অঙাং নাম্বাদ পান্থৌন নাপ পোংলেন হদা চৌংদু মিংথৈ পিববান।

তাইবঙপান্দ পোক্লব অঙাং অদু পোকপ মুমিংতগীন মুমিং ৬নি মুব মুমংত অমাইলিন "হৈসোই" ইপান থাগনি অদুগ নাওরা কোলোই মমিং থোনগনি।

## ঈপাল থাবা –

মৈতৈগী ঈপাল থাবা হাইব অসি ঈপাগী থাবা হায়বদি পন্থৌ থাজ ২ পুবগ, ইমাদ হায়বদি অঙাংঙা ঈরিক মরু থাই।

মমা ওইবীনথাক ১০ নাওরা নাওপুবগ তাইবং ফাওরকই। অদুগ তাইবন্ত মীওইপোক ঐ'খায় অসি ইমা ৩ গী মচানি হায়বদি-তাইবং মীওইব হায়ব অসি ইপাদগী লাক্কুন ইমাগী নাওবিফম্‌দ মরা রাইছুন, নাওরা ঈ.পাম্বী ওইন হৌরকপনি। অদুদগী অমুক ইমাদগী লাংওন ফাওরক্লুন অনি শুবী ইমা মালেম লৈমগী মতমপাক্ত তাইবন্ত খে ভদাবে। অদুগ "চিন্দগী" হমনি খোমইনবিনি-অহুমশুবা ইমানি। মচা হায়বা মস মমা-মপাগী হয়েংমুক্কী মপোক্নি। অদুন মমা মপাগী হয়েংমুক্কী মপোক ঈ-পাম্বী থ রম্মো,হায়ব খংহনব থৌরম্ব, ঈপাল থাবা হাই। অদুগ তরুক্কি ঈ-পাল থাব অসিগী মরমদি- ইমাগী ইয়েল মপাল সাব। ৫ নি ফিসেংব, ৬নি কোক লুজছুন হকচাং সেংব পথাপ তদুবু নিংসিংবনি। হায়বদি ইমাগী তরুক্কি কোক লুজব মুমিৎতগী হৌন চারি-অঙাংঙা ঈ-পান থাব যাখিব অসিগী ইচেনবু খংহনখি। মালেম লৈমা ইমাগী তম্পাকতা নাওরা অমুক চারি ঈপান থাবগী থৌরম্ব, ৬নি মুব মুমিত্ত পাংথোকই অদুবু ৬নি ঈ-পাল থাব হায়না কৌই।।

ঈপাল থাবদ মাইবিন য়াংকোক্ত, মচা মনা মসিংগী সিংজু হাপতুন নাওরা অঙাংদ চাকইন তম্মী, হাইবদি-কাযরব থাবরব মালেম লৈমগী মসক্ক, যাংকোক্ত হাপলিব মনা-মাসংগী সিংজু অদুন মালেম লৈমগী খোম্লাংগী মসক্কি, হায়বদি-ন ওনান মচুর ওইবিগী খোংকাপ ঈ-চাদুন তাইবং পাম্বী ১ ওইরকই হায়বগী ইচা কৌরিবনি। অম্মুন্ন ৬নি ঈপাল মুমিত্তগী মালেমগী ঈ দা রায়দুন, মালেমগী মতমপাক্ত নাওরা ঈপাল থাই খংনব মনা মসিংন তরা চাকইন,তম্মীবনি।

অদুগ মাইবিন অঙাংগী মমাদ য়াংকোক্ত, অঙাংগ লৈতুম অমাগ হাপ্লগ নচা পামব্রা! লৈতুম পামব্রা হায়ন হংই। অঙাং

মনান ইচা প্যাখী হায়ন খুমী। মসিন তাইবং পানবদ মুংসিব হাইব অসি. ঈচাদগী হেন্না মুংসিব ১ নৈতে হাইবগী পাওতাক্সি ।।

# ঈপাল, হৈসোই থাবা থৌনিরোল

## অয়ুক্কী থৌরম,

### মিংথৈ

চীংঙু, খোইযুম, লাইয়িংথৌ লৈয়োল্লাং তনৌব,
য়োইবু খোইমোম, লাইরেম্ম তনৌ নোংতারেংবী.
চীংঙু নপু ননাই অনিগী হৈসোয় ঈপাল, থাবদি
লাইবুংথৌ মাপল, লাইন্নুরা ৭ খোইযুম নখোইগী
হৌমল, যেংওই কোন,ফাব ভাইরোং সিংমিং নফাব
ভামান্নুবিন পিথংখি পিথংসিং, থম,দিংন্নুবিন
পিথংখি পিথংসিং. ছুইয়েন, লম,সিংববু
হৈসোই ঈপাল, থারবনে (পারি নত্রগ ইমোম্) নংগীদমক
সিংজু য়েলাং মসিং স্থনা, হৈকোই-হৈসোই-ইপাল্লাং
নাওরা মিকোন, থাগোল,ন হৈসোই চাউম, তন্নী ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হায়তুন "মাইবিন"খুংফাং ১০ লোন্দুন সৈথা-গনি, হৈরাং পোংলম, হাপ্ল য়াংকোক মমাংদ ফমদুন খোইজু লৈখাম, কন্বী নৌরৈখু, পোংলম, পুন্নমক তাইরেন পুংফাই পাই-দুন লাইজ ঈসিং খিকতোক সেংদোকনি, য়াংকোক্ত লাইপুংথৌ ৯ লাইন্নুরা ৭ কী চাক,থা তমগনি ।

## হৈসোই চউম, মিংথৈ

হে সাইমিংথৌ ওইগী লুপাদি লিংইনে,
য়েংকি সনাদি হুমিংনে, লোইদাম থাবুম, ১০
হুমিং সিংবুম ৩০০ নি ইফা ইমেললে
কোসোই মমিং থোনবু অঙাং কোয়ে,
নাওরা নংন তাইবং পান্দা ফাওরকলেদো
মালং পানবু য়ৌরক্লব অসিদ হে নাওবা
কোরৌ হুমিং ভনিবু থাম্বী মৈনিং কুমলবগ
অসাইভৈগী সংলৌ পাংথোক, য়েললাংন
তরা চাক, ঈপাল, থা, চউম, তমগ ।।

### সংলো এলাং পাইদুন -

মম, মম-মম, ৫রক, ইনগনি ।

কুক,-কুক, কুক,-৫রক, ঈসিং ইনগনি ।

১ । অহানবা-চথোম্ম তাইবং মপু থংন চাক্লে ।
২ । অনিস্থব-চথোম মালেম, ইমা থংন চাক্লে ।
৩ । অহুম,স্থব- চথোম্ম থরাই মঙা ফানা চাক্লে ।
৪ মরিস্থব-চথোম্ম পম্লেম, পম্পৌ থংন চাক্লে ।
৫ । মঙাস্থব-চথোম্ম তাইবং পুন্সি লৌসিং মৈরা চাক্লে ।

অঙাং মাইবিন তম,পাক্ত পম্নগা অস্থম্ম সোল্লগ চউম,হুন ঈপাল থাগনি । মালেমগী থোমলাং চাকইন তমবনি অস্থবু চউম্ব কোই ।।

চউম্ব লোইরগ য়াংকোক্ত অঙাংগ লৈতুম অমগ হাপলগ মাইবিন, অঙাং মমাদ লৈতুম পাম্বরা, নচা পাম্বরা হায়দুন হঙগনি ।অঙাং মমান, ইচা পাম্বী হায়ন থুমগনি ।

অঙাং অদু মমাদা পিবিরমগনি। মনা মশিং পোৎলম অদুন, মাইবিন কোপ্তোংদ পুখোক্তুনা পিতাই খোংতাইবিদ সিন্নদুন থাদোক্লমগনি ॥ × ॥

## রাহৈদি

হে পিতাই খোংতাইপি ঙসি নপুন
মালেম ইমাগী খোম্লাংন তরা চউম, তম্বদি
পাঙ্গন, চৈসৌনবিয়ু, "পুক্লিং লৌসিং"
থৌরৈ ত্তেংবাংবিযু ॥ + ॥

মথক্কী বাহৈ অসি হায়রবগী মতুংদ অত্তাইরোন লাইরোম্ন থৌনি মতোন লোমদুন তাইনবিবমগনি ॥

### ঈপাল, থাবগী পোৎলম,—

যাংকোক, ১ হৈরম, ৭ হৈক্লরম ৭ কবোক্ নাচন, ৭ হৈবিমনা লৈতুম ১ লাচেং ৭/৯ চেং খুয়া ১ যন, সাং-মনা চিংন খর, ঙা-থুম মোরোক, তাইরেন, পুং-ফ ই, খোইজ,

---

ফি-স-—হকচাং সেংদাকপ স্বুমিৎতগীন ১০ নি মথৈ নিন, মাংনে। মক ত্তন। অদুদগী তেনব নুমিৎ ১৫ নিদি নিন্দংনি। অদুদ হরাও নুংঙাইবদি অতিংঙানি ।+।

লৈথাম, ১ ফৌদাং ১ সিংনাও ৩ থুমপাক, ৩ ঙাখা ৭ কী ঙা পরেং ১ অকৎসেন, (সেন্দাই) শ-মা ঙামু অহিংব ৩ ফৌদাং ১ অসিনচিংব পোৎলম, সিং অসি যাঙগনি ॥

মাংগোল ময়াইদ ফৌদাং থমগনি, ঙামু খোংগান, থমগনি। খোইজু, লৈথাম থাগনি। থৌনি লোইরগ ফৌদাং অদু মাইবিন লৌগনি ॥

ঈপাল থাবগী থৌরম থৌনি অসি লাইনিংথৌ তান্নি লৌসিং-বগী মচা সক্তপ্ত পেক্তবগী ৬ নিংইংসাই থাবা হৌরে। লাইনিংথৌগী থৌবাগী মতুং ইন্দুন ঙসি ফাওব মৈতৈসিংন অকাওব লৈতন পাথাং-পুথাং কেক্তং-পাংথোক্লদ থৌরিমসিংবু চংনক্কি॥ মক্ল হুনবগী "খেন্দোং" নোংদম মহৈন অথোইবক্কি।

—

# ঈপাল থাবা
## লাইনিংথৌ লাইরেম্বগী
### থৌনিরোন,

মিংথৈ—

হে লাইনিংথৌ নোংপোক, অরিব
তাইবঙ, মালং পান্দ সাফোং হানব
নাতোম,থোক্ল লমহৌরক,প সিদব মপু
ঙসি লোইদাম থাজ (লম,তা) গী
নিন,মাং (৭) নি। নিন্দুং (১৮) নি পানব
সলাই (নিংথৌকাব) হুমিংকী য়াইফ পুংফমদ
সলাই (খুমন্দ) পোক,চব নাবাগী
তরুক্নি য়াইফ থৌরম, অসিদ ননাইন
ঙম,জব কুচ্চনিংব কৎচগে হায়জনিংব হায়জগে
ফজাল, লাংদ ঙাম্মোইবীয়ু ॥×॥

মথক্কী য়াহৈসিং অসি হায়রুন ঈরাৎফু মমাঙদ থারিব লফোই লাদ, চেং-লৈ কংকনি, কম্বাল লেন্দম্ কংকনি, ঈরাংফুতি কৎপ য়াদে ।।

## লৈমরেন, মিংথৈ -

হে খোইমোম, লাইলৈমা
মরান লৈমরেন, ওইবী
নতুন নোংথাং ওইবী
চীংগী মচা নাম,হৈবী
তম,গী মচা নামৌবী
উমা সমা চীংজেলাইবী
খিক,লোই পাবন, থক,ত
লাঙ্গোই খুরুপ, মান,বলহৌ
তাংজ খোঙ্গল, নাইদবী
নোং চুদন সাইজোৎপি
নোংসা সাদন ফৌগংবী
ফৌরা মচেং খোয় পাল,করিবী
নম্বুগী ঈপান, বদ য়াইফ
থৌজান, লল,কুবিয় ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্লগ লাইরেম্বীগী কম্বালদ লৈনচীংব কংকনি ।

অঙাং পুথোক্লরুগ অমাইবন তাইরেন লোংন পাইদুন ঈরু লাইশোন নাহৈরোললনচিংব সোন্দুন অঙাং মসা সেংদোকপিগনি । চীংডু মপুদ কৎপ নম,সা অঙাংগী লাইপক্ত নবীগনি ।

## লংহিং মিরেন, মিংথৈ

হে নাওরা লৈমরেন, সিদবীগী পুন্সি লংহিং
য়াইবি লংলা ৯ না তিনবা পুন্সি চারি অসি
( পারি নক্রগা ইমোম, ) মংগী খুদাংদ
সিদরেন, মাকরেন, লংহিংয়াই মুংজিন, ৯ মুববু
পুন্সি চারি খুজি সিবিরবনে ।।

লংহিং মিরেন খুজি পুনবিবদি নিপান য়েৎত, মুপিন ওইদ পুনগনি । মিরেন খুজি ঃ- তাইরেন মনা অমা লংলা ৯ না পুনগনি ।

## তেন্‌গী লাইমিং

হুং-উং-য়েং-মৈ-ঈলিং-হুংসিং-লৈপাক-অতিয়া
মঙাগী মসক, ওইরিবা হে তেম্বি য়াইওইব
ঙসি নবাগী ৬ নি ঈপাল, হৈসোইগী
ঈরাং থৌনি অশিদ মাইকৈ ৪ মুংদাই ৮
কোরৌ মালেম তুনা মাইকৈ ১০ মক্তা
তিন্দাইবিরম্মু, লাইতাইনবিরম্মু, হাইন
লৈরাং লৈকংচরি ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগ, ঈরাংঙু মমাংদ লিক্ক তেন, থম্নগ থোংজি ২ দা লিরিগী লিয়াইদ চেং লৈনচিংব কৎকনি ।

## তেনজিন্‌গী মিংথৈ

১ । চীংথৈদ-ফুনান তৈনহৈব তেন্ন — হুং-ঙরং-ঙরং-তিক, ।
২ । সম্বোংদ-মেন্দে হাওতক্‌প তেন্ন-হুং-ঙরং-ঙরং-তিক, ।
৩ । মৈরমদ-চাইরেন, য়েন্‌ফোইলাক্‌প তেন্ন-হুং-ঙরং-ঙরং তিক্‌ ।
৪ । কৌব্রুদ খোরি তেন্‌হৈব তৈন্ন — হুং-ঙরং-ঙরং-তিক, ।

মথক্কী মিংথৈ অশি সোম্নগ তেন,জিন,গী মতোন্দ লৈনচিংব কংকনি। অহুগ তেন, পুতুন, মাম্মন চিংথৈদম্মী কাপ্প হৌগনি। ২ সুব থাংজিং, ৩ সুব য়াংত্রেন, ৪ সুব কৌক্র মাইকৈ ৪ দা কাপ,থোক্লম্নগ, ৫ সুব তেনজৈ অতুদি লৈরোন, নোংলোন্দ পুন্সি নিরগ হনজিম্নকতুন ঈরাংফূ মমাংদ থম্নগ চাংঙ, নোংদম্ব, নোংদম্বীদ কংকনি।

তেন, কাপলুব হল্লকপ মাম্মদ পলেম পশৌন অঙম্ব শেন্দাই কংচগনি। অঙাং অতুগী মাম্মন তরেং সেনজান অঙাংদ লনকু-বিগনি। মমা মপা অমদি মরুপ-মপাং থুনিংমক্ক অঙাংগী য়াইফনব, থৌজাম্নচিংব সেন্দাই অকংসেন কংপিগনি।

## থৌজাল য়াহৈ

পুন্সি মুংসাংব মহৈ মশিং হৈব
কপ,য়াং তয়াংব, থিক,সেংব-থাসেংব
সেন,চং পাইচংব মুংঙাই য়াইফনা
পান,জো হায়ন য়াইফ থৌজানবিরে ।।×।

মতাং অসিদ সেন্দাই (অকংসেন) থৌজান (দান) পিবলোইরগ অঙাং অহু পুসিনহনগ্রো। ইরিক কংগম্ন ঈসিং লৌহুন হকসেংগনি। অমাইবন থৌনি মতোন লোমগনি।

## থৌনিরোন, মিংথৈ

চাখা খোংজোম,মুবী-পিতাই খোংতাইবী
কসা অসেম, অসা হৈবীবু
তাইবঙ, পান,ব মপুন সিন,থাবদি

পোংখুগী মি-ময়েংবু শিংল নায়
সেম্বীরম্ম, হায়ন সিম্বারক,ংয়
খোং অহুম,গী মরিন, ইম্না থৌথবিরক,য়ে
থৌরি লৈকাম্বীন মখোং মথুং সেম্বীরে
পোং-খু মি ময়েংবু কোংলোতোন, লৌথিবন
পাকল, শিল, নিংথৌন কোন,বিরে ॥

ঈরাংকুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং-লৈনচিংব কংকনি য়াইফ থৌজান নিজগনি ॥

চীংঙ, পুরৈহন,ব ঈপুথৌ য়েক,ত্রৈ খুবন
লাইপাক, খেলাইথোংদ অশ্নি লাইয়ুম,-থা
নাওবাগী পুন্সি মুংসাংব, য়াইফ থৌজান,ব
লল,কুবিয়ু হায়ন ঈরাং পুনেম,জরি কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ॥+॥

ঈরাংকুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং-লৈনচিংব কংকনি ।
ওসি কোরৌ মুমিং য়াইফ পুংকম, অসিদ
অঙাং নাওবা অসিগী খোইয়ুম, লাইয়াম, খিবিকী
কোলোই মিংথা মুদব, বাহে খোম্থোক, অসোইব
হৈরম্ লৈরম্ অরাংপ অরান, অহুই খিবিক্পু তাথিবিগনু
নদাইরেম খোইয়ুম, ঙাংলো খাদা খুংকাং লোল,তুন
থুবাক, লৈতাইতুন পুনেম,জরি । থৌজান, পিনবিয়ু ।
হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ॥×॥

ঈরাংকুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং- লৈনচিংব কংকনি । অতাইরোন লাইবোন শোন্দুন তাইবিরম,গনি । চীংঙ, নোংদম্ব নোংদম্বী ( লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী ) অসিগী থৌনিব মতাং অসিদ লোইরে ।

## থৌনিরোন,গী পোৎলম—

লাইকি ফিদোন ১ অঙাংগী ফিজোন, ঈরাৎফু ১ চুক,চিন্না ৪ লিরুং ১ তেনজৈ ৫ লং অহিংব ১ হৈরোম (পুন-পাক্সা) ১ অৱাথবি ১ চেং কপ্পী ১ হৈ মনম নাইব ১ লৈসং। চং থোকপ লফোই ১ কা মপুম ২ মনা ২ ফৌ খুয়া ১ হৈরুক ৩ ক চংগ্র। ৩ মেক্রুক থাংমৈ থোইদিং, তিংথো লৈ অসিনচিংব।।—।।

ঈপাল, থাবগী থৌনিরোন, লোইরে।।

# য়ুম্নাং য়ুম সেংবগী থৌরম

## য়ুম্নাংব হাইবদি—

থৱাইগী থম্মোয় লাইয়ুম, "ঈলিক ইতুম" নাওরোম মাংববু য়ুম মাংব হায়ন কৌই। অমুক পোক্লরুব সেম্নকপবু য়ুমসেংব হাইনা কৌই। ঈরিক-ঈতুম অহুন থা-চা ২ ঈপল্লে ঈপল পন্থো কৌই। ঈপারকলে হায়বগী ইপা কৌই।'পল্লেম ইমাগী সিয়োম, সুংদ "ঈলুপ-ইতাইরে" থাচা ১০ লাংওন শুরূদন তাইবং ফাওরকপদ পলেম উনর্কৌই সিয়োম সুংগী, "নাওয়োম" য়ুম্ন মাংখি হায়বগী য়ুম মাঙব হায়ন থঙনৈ।

অহুগ মৈতৈন সাগৈ অমগী মসুংদ মী অমা পোকপদ মী অমা সিবদ য়ুম মাংব হায়ম চৎমন্নিব অসি তাইবংগী সক্তমবু পোকপ অমসুং সিখিববু, "নিংসিং হংবগী" সাগৈ চাসিংন পোকখিব অমসুং সিখিব সুমিৎতগী লৌরগ ১০ নি সুবা সুমিৎতা য়ুমসেংব, "সুমিৎ" থুরুম্ব ঈরাৎ থৌনি থে রম অমি চৎনখি।

হায়বদি—মাংলমচংত মৈতৈন চংনরম্ব, মী অমা পোকপদ সাগৈচাসিংনে হরাওজক, মী ১ সিখিবদ সাগৈ চাসিংন অরাব মুং-ঙাইতব ফোংদোকপা থৌরম অসি তৌদন য়াদে হায়ন সারি রাসক-খি। মৈতৈগী চংনা লমদাং খুদিংমক তাইবং সেম.লক্পগী বারিন থুম্ফম, ওই ॥

মৈতৈ পাচা সগাই চা-সিংন মী সিরগ ঙা হেন্নীব অসি পথৌ সিদবগী য়াইবিকোনগী ঈলিক ঈতুম মক্তম অহক সা হকচাং কাই-খিব সিখিব অসি, মথৌ মওম হায়বদি লাসন থৌরম ঈরাং লোইত্রি ফাওব সা।—ঙা চাবা সগাই চাসিংন সাহেন্নসি ঙা-হেন্নসি হাইন সগাই ৭ না "কংলা উত্রা" মাংদ সরি রাসরুখি। মরম অহুননি সগাই ৭ কি মচা মী সিরগ মৈতৈ থুননাইগী ঙা হেনব হায়ন চংনরিব অসি, সিব মুমিত্তগী ঙা হেন্নগ, লাম্ন থৌরম থৌনি লোইব মুমিত্ত ঙা-তংব, ঙা—চাব হাইন চংনখি। শিখিব মী অহুগী সাগৈ অহুন মুংঙাইতব অরাব ফোংদোকপগী সরি রাশক থৌরম ঙাকনি।

য়ুমসেং নাহৈবগী থৌনিরোন,—থৌরম অসি নিংথৌ তারি লৌসংবগী মচা সাকাম্ন পোকপদ ৬ নি নাওরা হৈসোই ঈপাল থাবগী ঈরাং থৌনি হৌরে। মুমিং সিংবুম ১০ নি মরগ পাচা সিন্নাইব—উরোক উসা সাথাইরেম্ন, তাংজ সমথোংসেং, খুজিন মোইফাং লেম্ন হকলেংলে। মুংপান অসে অমাইবন ঈরাং থৌরম তৌরগ তাইরেন লোংন পাইন লাইজ খিকলেন চাইরগ য়ুমতাই নাসেংলে।

মৈতৈ ঈনাং চংনবিদ মী পোকপ, সিব মুমিত্তগীন মুমিং ১০ নি মুব মুমিত্ত য়ুমসেংবগী থৌরমবু চংনখি। মুমিং অসিদ

সাগৈগী কাইনব মথৈ য়ুমসেং নাহৈগনি লরি প্লাসক ব্লারেপ কোকনি। সকোক লমলেন অঙাং মমা মচাদি হকসেং লাইসোম্র মসা। সেংবিগনি য়ুম সাগৈ নাতৈ য়াওন সেংগনি অমাইবন তাইরেন লোংবু লৌন লাইজ খিকফেন চাইথোকনি। অহুবু য়ুমসেংব হায়ন খঙনৈ।।

## য়ুমসেংবগী পোৎলম,—

চেং—লৈ, থোইদিং, তিংথৌ, লফোই, হৈরুক, তাংগ্রা ১ পানা তাংগ্রা ১ সঙ্গোম অনৌব, অফম্ব, খি, থোইহি, চুহি, থাংমৈ, মেক্রুক লৈপাক মতুম অমা সনা লুপা, সুং, নাহৈফুদ লুপলগ ঈসিং মচুম অসিন খিকতোক চাইথোকপিহুন হকসেং মতোন লোমগনি। হান্ন ঈরু থোকহনগনি অহুগ সেংদোক-দবনি।। X।।

# য়ুমসেঙ নাহৈবগী থৌনিরোল,

## মিংথৈ

## হকসেং মীংথৈ—

১। তাইরেন, পুংফাইন, নাপুন নাসেংন,
নাপীন, সিংবিন, লৌদ্রে তাংত্রে,
উথাং, ব্রাথোক, সিদা য়াইন সেংগে
হাউং—হায়েং।। X।।

অমাইবন তাইরেন, পুংফাই পায়হুন নাহৈফুগী ঈসিংন খিকতোক হাইদোকপিগনি মমাগা, মচাগা।।

২। কোরৌ মচি ঈ, রাংবল, মনাও ঈ,
কসা লালোই ঈ, থাক্প পুরৈলোম্ব পুরাং নাকাবা
খোংমরোকী ওন্দেব খোংমরোকী ওম হন্বাইব
অরাং কৌক্র অমুপ্প য়ারক্তপী সিম্ব ঈ,

খোঙাং নানিরোংব, ফেংগাই লৈতুম, লুংতুম, ঈ,
অরাম্বম, ঈদি বাইচেং ঈ, অসাংবম, ঈদি
বাইকেম, ঈ, নোংথৌ সোরোরেন, অরিব
মরিক্প মরিক্পী সম্পোক্প সম্পোক্পী
শুমিং লুতুম, থাব লাম্ভম, হৈবী
ইবেন, পিতাই খোংদাইবি কসা অসেম, অসা হৈবী
ইবেন্ম সেম্বীয়ু সাবিয়ু, ফাত্ত হাওদি পুন্নমক,
হাঙৈ থা পাংন হোইথবিয়ু, হে পিতাইবী
অফ নুংঙাই কপ্য়াং তাংয়াং থিক্সেং থাসেং
থিবিক্পু হাঙৈ অরাং পাংন হোইগৎপিরম্মু,
পান্নরগে সেংনরগে। তিন্ ফত্তব, লাই ফত্তব
লৈরগমু হাউং — হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মমা মচা তাইরেন পুংফাইন ঈসিং লুপতুন খিক্তোক চাইথোকপিগনি, অতুবু হক্সেংব য়ুমসেং নাহৈব থৌনিরোল কৌই।।

## য়ুম্ সেংনব মীংথৈ —

তাইরেন্ন পুংফাইন নাপুন নাসেংন
নাপিন সিংবিন নাথাই নাতাং
লৌত্রে তাংত্রে, চোত্রে, উথোক, রাখোক,
নাপী নাসেং সিদ নাদ য়াইন
হাউং — হায়েং ।। X ।।

মাংসোক, মদাইমাদ ফম,মেন, মদাইমাদ
যাতংদ কোন্দংদ তাক্ত, য়ুম,তাইম
সেংখোং নাহিন,মা পহৈ হৌড়ম,মাগী
থুনাপ্ন নাউৈব নফমসেং নঙুংলাং
নখোংকান, নরাল,ঈ চাসোংফম, নাওহোংফম,
মাংগোল্লাং নমুংলাং নম্ভমাং নথেন,পুংগী
কাওম স্নমা রোংবৃ থাৈ লমুলৈমাদ
তাইরবনি সেংওবনি হাউং—হায়েং ।। × ।।

মিংথৈ অসি অস্তুক্ষ সোল্লগ ইমুং মমুং চওত্নন হাইদোক সেংদাকনি। অরেম্ব ঈসিং অতু কোরৌ কারসে হাইহ্নন য়ুম, লাইখন্দ ঈসিং চাইখৎপিগনি।

মথক্কী থৌৱমসিং অসি তৌব লোইরগ অডাং ঙুমিং থুরম-হনগনি মফমদি মাংগোল ইচিনফমদনি।

## ঙুমিংকী মিংথৈ—

হে ঙুমিং সনা অপান,ব সিদব নহাক্কী নডান ৭ না
ঙুমিং চৈসিং ৭ ওইবগী মিংলেন মিংথৈদি
তাওহুইরেং অহন,ব লাইরেন, তাওদন,ব
য়োইময়াই, য়োইখোম,থোক,, খোম,থোক, নানৌব,
য়োইপরেং, পরেং লৈসংব, কৌরৌ ঙুমিং ৭ কী এমুংদ
পোক,প নদাইরেম, (অডাংগী মমিং পন,গনি ) না
ঙুমিং সিংবুম, ১০ নি স্নরবগী য়ুম,দাই নাসেংলবগী
নডান, নশাবু লাংব ফংজরে
নদাইরেম, অসিবু থিক,সেংব থাসেংব
শুন্সি মুংসাং মুংডাই য়াইফ পিনবিরম্মু
কুবিয়ু হাউং—হায়েং ।। × ।।

অঙান খিং খিং থোংগাবক,প মুমিং মাংগোল ময়াই য়ৌরকপ মতমদ মাংগোল ইচিনফমদ অঙাং খুংফাং লোন্দুন মুমিং খুরুম-হনগনি। মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্দুন। অথুম্ব মরম ৫ অত্ত পুন্না মুমিত্ত কংলগ চুম্নি তাকমদ লা লাতোন অমদ হৈগংদুনে কংকনি॥+॥

# অঙাং চউম্ব থৌরম্

## থৌনিরোল,

## অঙাং চউম্ব হায়বদি–

অঙাং চাকপিজব তম্বীববু অঙাং চউপ কৌই। অত্তদি মুমিং থা। অফব থরাঙ অচংব থপাল, অফব পুংফম য়েংবিরগ লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদ থৌনিজগনি। অথেনপোং কংকনি। অঙাংগী ফিজোন হোংগনি। পুথম, তেংগোং ঈশিংকোন তম্বীগনি। তরা লুরেন হৌরগ লাইনিংথৌদা কংচরগ অঙাং চাউম, তম্বীগনি

অঙাং চাউম্ব হায়ব অসি মুপীন থা ৫ দা নত্রগ ৭ তা হৌই। মুপান থা ৬ তা নত্রগ থা ৮ দা তৌগনি। অঙাংন চাওরক্লব মতমদ চানিংথকনি হুন চাবদি করিম্ব অকাইব লৈতে হায়বদি ঈপান্দ তরা চউম, তমহুন চিনজনত্রবনি।

## চাউম,লোন্ মিংথৈ–

হে নাওরা তরা সংলৌ ফুংবন
তরা চাউম তম,গে চারো।

চথোম, লুরোক, মঙা সেম,
তরা চিন,জন,ব মতম,দ হাই
পলেম, মমান ( পারি ) নাওবা
১ বা চথোম্ম তাইবং মপু খংন চাক্লে।
২ সুবা চথোম্ম মালেম, ইমা খংন চাক্লে।
৩ সুব চথোম্ম থবাই মঙা ফান চাক্লে।
৪ সুব চথোম্ম পলেম, পঙ্গৌ খংন চাক্লে।
৫ সুবা চথোম্ম তাইবং লৌসিং মৈরা চাক্লে ।। X।।

মশক্কী মিংথৈ সোল্লগ, লাইজ ঈসিংদ খুং লুপতুন খুংচুম্ম চিনবান যারেন খোংজি তেংগনি, নানথোকপিগনি। অদুগ মখাগী লাইবা অসি হায়দুনা তরা সংলো এলাং পাযদুনা নাওবাদা ইনবীগনি পলেমন ফৈরাথক্ত পমলগ।।

লাইরা মিংথৈ—

মম,—মম,—মম,—মম,—মম; চাক, ইন,গনি ।
কুক—কুক—কুক—কুক কুক, ঈসিং ইন,গনি ।।

অসুম্ম চাক চথোম ৫ ইনগনি, ঈসিং চথোম ৫ ইনগনি। অসিগী মতুংদ চানিংবমথৈ পিজব য়াই। অসিবু অঙাং চউস্ব হাইন অসি হাযদুনা অরা সংলো এলাং পায়দুনা নাওবাদা ইনবীগনি খংনৈ।। X।।

# নাহুং নারেং তম্বা

## মৈ—লাংপ—থৌনিরোল,

থৌরম অসি নিংথৌ তারি লৌসিংবগী মচা সাকাম্ম পোকপ কুমসিং চহি ৭ সুরকপ মতমদ নাহুং নারেং থৌ তৌদুন—ঈরাং

ঙম্বালসেম খাম্বী মৈহৈরোন ঈরাংখি। কুমসিং চহি ৯ হুরকপাদ লমসা খিন্দুন লাইমিং মিংশিংরেম্ব লিক্লাং লাংবুম খোইগাং লংহিং ৯ হুববু থৌজানবিখি।

## নাহুৎ নারেং মতংশদি—

চহি ওদা অমা। মঙাদ অমা তৌগনি। মহৈ মসিং তম্বা হৌব অসিস্ত চহি ৩ নম্রগ ৮ দা অঙ্ক-ফত্ত পুংফম য়েংহুন তৌগনি। য়েংগদব অমা—অঙাং অহুগী মমা মসা লুম্নবদি য়াদে।

# মৈফম য়েংবা

মৈ-লাংপগী মৈফম য়েংনব খুংহোং অসি মখাগী পাওজাক অম্সুম্ন তৌগনি—অতিংঙাদগী হুংসিং ১৮ লৈচিন্দগী ২৯ ঈসিং তরংদগী ৭ থোনিগদৌরিব মুমিং অহুগী থবাল মসিং অঙ্ক মায়েক ওইন পুথোক্লগ হাপ্পু অহুগ পুন্ন তিনসল্লু। তিনসলবগী অতোব মহৈদ ( ফল ) ওনা য়েল্লু, অরেম্ব মহৈন মৈফম তাক্কনি।

## অঙ্কগী থুদম

| | |
|---|---|
| হুংসিং—১৮ | ৩)৭৬(২৫ |
| লৈচিন=২৯ | ৬ |
| ঈসিং — ৭ | ১৬ |
| ৫৪ | ১৫ |
| থবান মসিং — ( ২২ ) য়েক্কেৎন | ১ অরে |
| ৭৬ | |

কোইরিব অমদি থুদমগীদমক্তনি মুমিং অহুগীদ ওনগনি ১ লেমলগন—কোরৌদ মৈ-লৈ।

২ লেমলগন-লৈমুংদা মৈ—লৈ
লেমদ্রবদি – লৈশক্ত মৈ—লৈ।

লৈথক্ত মৈ লৈরবদি মফম অহু রাই তৈথোক্লগ যাই। কোরৌদ মৈ লৈরগন মফম অতু লৈবাক খুদোন অহুম থোনগনি। লৈমুংদ মৈ-লৈরবদি মফম অহু লৈবাক খুদোন ৩ তৌথগনি। মৈ লৈব মফমদ অহুম মৈ হৌতুন থৌনিজগনি।।

## থৌনিরোল, পাওতাক—

ঈবাৎ থৌনি তৌনবগী মফম অতুদ থাম্ন পাফল য়েক্কনি। পাফলগী চিবা ৪দা ঈবাংফু অমমম খিনগনি। ফম্বাল মমাংদ ঈরংফু অচৌব অমা খিনগনি। মাইকৈ চিরা ৪দা চংবী লাপান

চুপান, কেংয়াং রাথাগনি অতুদা যাইবী লংলা কংলম ৭ না নপ্রগ ৯ না, লৈথক লৈথা নোংলোন সেমগনি। হৈনৌ মনা ৭বেং ১ কোইগনি, থাকন ১ খনগনি। অতুম তাইবং পানব মপুগী মেপাং ফম্বাল সেম্লগ থৌনিগনি। মৈগী থাক্কন্দি অতাংব মচুন ওইগনি

পোৎলম

সিং মরম, উ হৈক্রু, সহি, উপন, চাওখোং, হৈবাং, নোংলৈসং, চীং যেন,সিন, পোরোই, কুহিঃ ফৌ, য়াম চং .থাইদিং লৈ, তিংথৌ, তাইবেন-পু ফাই, সঙ্গোম অনৌব, লফোই চং থোক,পা ২, চুহি, কম্বি ২ খোইহি, মেক্রুক,, মৈরা উচান, লাইফি ২, ফক, ৩, হৈকক-পানা ১০/১০ ক মপুম ৭ মনা মপুম, ৭ লং অহিংব, যুবি ১, ঘা, থাও ঈবাংফু ৫, চৈ মনম, নাইব ১ লৈসং, সেন্দাই ১০, হৈরোম (পুনপাত্র) অমা। অথেনপোৎ (সিধা) ১ থাকন, ১ অসিনি। য়েক ৭ সলাই শগী উনা মৈ লাৎপগী সিং ওইগনি।

## অঙাং ঈরুজবগী থৌরম,

চম্বরা অহুম্ন পুম্নাং ওদা ঈসিং সোকউরগ মসম, কোকপা অঙাং অত্থু ঈরুজগনি। খোংনেৎ খুদা ১ দা মমাই নোংপোক ওন্দুন লেপহল্লো, খুদৈ অঙৌব ১ মথক্তা খনবিয়ু লুরেন থক্তা অমাইবন ঈরু লাইসোন্না নাহৈ নাসেংগনি, চম্বরা অহুম্ন লুারেন থক্তা ঈসিং হৈথত্তুন ঈরু সানদেংবিগনি। অঙাং ঈরুজবা লোইরগ তোপনা ফিদা ১ সোম্নপুংগী অরাং থংবদ থাবিগনি, ফিজেৎ লৈতেংগী মফি মরোন থাবিগনি। অত্থুগ চরৈ মফি সেৎপিগনি। অমাইবনা নাহৈ নাসেং মিংথৈন হুাইদোক সেংদোকপিগনি। অঙাং অত্থুবু মৈদা লৈ কৎহনগনি। খুরুমত্তুনা য়াইফ থৌনিগনি। পালেম-পম্পৌ খুকমহনগনি। সোম্নপুং ময়াইদা চংত্তুনা খুরমগনি। অহল লমল, মকপ মপাংসিংনা মৈদ লৈ কৎপিরগ য়াইফ থৌনিগনি।

থৌনিরোনবগী অহানবদা অমাইবন হকম্নুং হকচাং সেংদোক-কনি। হুাইরেন, পুংফাই পাইত্তুন নাহৈ নাসেংগনি। পোৎলম-সিংবু সেংদোক হাইদাকনি। ফিদাম্নু সেংদোকনি। অত্থুগ খুং-নিংথৌন ফিদাদ ৩ শক সোকত্তুন লাইপক কংকনি অত্থুগ ফমগনি।

# মৈ ঈরাৎপগী পাফল্



থৌনিরোল মিংথৈ -

হয়ি— হয়া হে, হে খোইযুম লাইয়িংথৌ
মালেম, তাইবং পান,বগী মবুংঙো নন'ইন
ঙসি লোইদাম, ( লমতা ) থাজগী

মাক্‌মৈ ( ১০ ) নি পান্‌বা
কোরৌ ( মিংথৌকাবা ) মুমিং
লাই ( লুরাং ) দা পোক্‌চবা
নদাইরেম, ( চাওব-চার্গশি ) না
চীংঙু লাইগী থৌশি থৌরম, তৌজরিব
থৌজান লন্‌কুবিরগ্ন হাইনা থৌনিজরি
হাউং-হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈ-গী ময়াইগী তাংবল ফম্বাল থক্তা লৈরাং লৈকংহনগনি। অমাইবনা থৌনিবিগনি ।।

## নুংসিংকী মিংথৈ—

হে থোইয়ুম, লাই, মুংকাং মাহারাবও
নুংসিং নিংথৌ অপান্‌বা কাসা মনোংথৌ
ঈরাং থৌরম তৌজরিবা অসি থৌজান্‌বিয়ু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। X ।।

চীংথৈ পাংবদা তাঙ্গা অমা থারগা, চেং লৈনচিংবা, লাইজ ঈরিক কন্দুনা কংকনি ।

## মৈগী মিংথৈ—

হুং-সং-তরং, হুং-সং-তরং, হুং-সং-তরং
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈ-গী ময়াইগী ফম্বাললেম মমাংদা লৈনচিংবা কংকুনা থৌনিগনি ।

## অতিয়াগী মিংথৈ—

হে চীংঙু সিদবা পোক্‌লেন, পোক্‌পা
অতিয়া মসক, লাক্‌উমদবা, থরাইগী মরু

লাংবুম, লাই সিদবও ।।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। + ।।

মৈগী ময়াই ফম্বালেন্দা লৈনচিংবা কংকনি। ঈরিক কন,গন্না লাইজ ঈসিং কন্দুনা কংকনি।

## লৈমারেন, মিংখৈ—

হে ঈমা লৈমরেন, সনা ফুদোও,মবী
নোংযুরেন, অচিবি অকোংতংতবী
অন্নাই কংদবী ঙাংখা চেংগুবী
ফুরেন, লৈমা লুচাওবী নাক,থা লৈমা পাওদোইবী
উতং কাংকৈ থক্তা য়াহিপ,পি
লাইজ ঈরেন,ফুদা য়াতাবী
লিকোল, অচংবদা খোংনেং খুদানবি
নোংদা অচংবদা খুদানবী হে-লাইরেম্মা
চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক,পু
ঈরাং পুনেম,জব থৌজান, লল,কুবিযু
হাউং-হায়েং ।। X ।।

মথক্তী লৈমরেন মিংখৈ অসি সোন্দবা লোইরগা লৈমরেনগী ফম্বালদা চেং-লৈনচিংবা কংকনি ।।

## মাইকৈ তাইবা মিংখৈ—

কুরুম,লেন, মৈনাইবা, কুরুম,লেন, কিংনাইবা
কুরুম,লেন, সনাইবা অহুম্মক,পু তাইজগে
কুবিযু হাউং-হায়েং ।।

নোংপোক থংবা মৈফমগী থম্বাল লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কংকনি। পুকনিং চেংনা নোল্লকনি ।।

হুম,জেন, হাম্লেন, ইথক, তরং
অহুম,মক্তা নদাইরেম, ঐনা কৎচরি
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ॥ X ॥

অরাং থংবা লৈকা লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কৎকনি মৈযনগী থম্বাল লৈনাদনি ॥

উং-মুংমু খাওয়াই খুংমু খুৎলাই
থৌ অহুম,মক,পু কচ্চরি তাইজিক্কে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ॥ X ॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মথা থংবা মৈফমগী থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ॥

ঈ হিং সং, কং হিংশেন, ইকুপ, তরং
অহুম,মক,পু তাইজগে কুবিয়ু থৌনিজরি
হাউং-হায়েং ॥ + ॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, নোংচুপ থংবা মৈফমগী, থাম্বল লৈনাদ চেং লৈনচিংবা কৎকনি ॥

## ময়াই থম্বাল লকা মিংথৈ—

নোংপোক, ঙাক,পা "কারা" নদাইরেম্
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ॥ X ॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, ময়াই লকা থম্বাল লৈনা চদা নোংপোক থংবদগী চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

মথা—ঙাক,পা 'করি' তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।X॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মথা থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

নোংচুপ—ঙাক,পা 'পিসা তাও" নদাইরেম্ম
তাইজগে কুখিয়ু হাউং-হায়েং ।।※।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা নোংচুপ থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

অরাং—ঙাক,পা "নোংদম, খুব" নদাইরেম্ম
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অরাং থংবা লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

মৈরম,—ঙাক,পা "লুচেং" তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈরম,গী থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

মোইরাং লাইজি ঙাক,পা "থরা"
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।×।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা. মোইরাং লাইজি থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কৎকনি ।।

খুংসিংলম, কৌব্রু ঙাক,পা ".চেংঙ"
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা কৌব্রু থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

চীংথৈ -ঙাক,পা মার থাংমাই চীংঙ, নহাক,পু
নদাইরেম্ম তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা চৌংথৈ থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

থম্বাল লৈথোক মিংথৈ—

নি-কিং-বীং-মরু ঙিং-কোলোই মিংলেন,
নদাইরেম, ঐনা তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা থম্বাল লৈথোংদা চেং লৈনচিংবা কংকনি ।।

থম্বাল থমচেৎ মরু মিংথৈ -

থরাই মিচাক, নোংথৌ সিদবা
উযুং ওইনা ঙাক, লিবা নহাক, পু
কোইনা সোরা ওইরিবা লাইদি
নোংঙারেন, ঙান, ছুরেন, তকুপ, লেং
নন্দমলেন, মৈনাইবা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মমুংগী থম্ব'ল থমচেৎ মরুদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

অঙ্গি লাইমুম, মিংথৈ—

হে লাইরেন, মেহলাং তরৈবা
সিংকাপ, ওইদুনা লৈরোম, মুংলোন,
পুবিরিবা লাইনিংথৌ নদাইরেম, ঐনা
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অঙ্গি লাইমুমদা চেং লৈনচিংবা কংদুনা থৌনিগনি ।।

## সনজিং মিংথৈ -

সনজিং-চীংগী মসক, ওইরিবা অতিং,কোক,
লাইয়িংথৌগী ম্রিংলেন,বু অ-কু হিং
রং কৌব নদাইরেম, ঐনা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।+।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অঙি মকোক সনচিংদা চেং লৈনা চিংবা কংকনি ।

## তাইবঙ, মপূগী মিংথৈ -

অতিংঙাগী মথক্তা মিংলেন্দি
হয়ি হয়া হে মালেম, তাইবঙ, পান,বগী
চীংঙ, মপুরেন, লাইনিংথৌ থোইখোইবা
অং সন্তরং ঈ সিদবা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা তাইবঙ মপুগী ফম্বালদা চেং লৈনচিংবা কংতুনা থৌনিজগনি ।।

## লৈচি মিংথৈ

সং-তরং তনৌবা লাইয়িংথৌ নদাইরেম
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, অঙিগী লৈচি য়েং ওই অনি-মক্তা চেং লৈনচিংবা কংকনি ।।

## খাগী লৈচি মিংথৈ—

সংথুপ, লেং, মুংতা লেংবী, খোইমোম, লাইরেম্বী
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। ×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, লৈচিদা চেং লৈনচিংবা কৎ-তুনা থৌনিজগনি ।।

## ফম্বালমেল্‌গী মিংথৈ—

চৌংঙু অতিয়া সিদবনা মালেম, মসক, থোক্লবা
পরিং কারন, লাক্তনা কারন্‌গী ময়াইদা উয়ুং ওইবা
মিংলেন্‌বু সংকু সং সংকুরেন, ননাইনা তাইজিক্কে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।—।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অতিয়া সিদবগী ফম্বাল লেন্দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## অসিবগী মিংথৈ

হে লাইনিংথৌ মালেম, তাইবং পান্‌বা
কাকুপ, হুইরেন, থানা চুপ, সেল খুংলিবা
নদাইরেম্ম তাইজগে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। × ।।

চিথেক্কী চুক্‌খোং ৪দা হাইবদি-থাংজিং, মারজিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রুগী চুক্‌খোংদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## পরিং লাংসং মিংথৈ—

১ । অৱাং ঙাক্‌পা নোংথোং তাও তাইজিক্কে ।
২ । নোংপোক, ঙাক্‌পা লৈখোম, তাও তাইজিক্কে ।
৩ । মখা - ঙাক্‌পা নোংসা তাও তাইজিক্কে ।
৪ । নোংচুপ,—ঙাক্‌পা লৈসা তাও তাইজিক্কে ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা পরিং লাংস গী নোংপোক, নোংচুপ, মখা, অৱাংদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## চুক্‌চি মিংথৈ—

১ । কৌব্রু লিক্লম,—ঙাক্‌পা উরৈপান,

তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। × ।।

২। মিংশম্ চিংথৈ—ঙাক্পা উরেংবা
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। × ।

৩। মৈরম্—ঙাক্পা উসিংবা তাইজিকে হাউং হায়েং ।।

৪। লাইচিরম্ ঙাক্পা উরৈবা তাইজিকে হাউং হায়েং ।।

চুক্চি ৪দা ঙাক্লিবা লাই, চুক্ থাং ৪দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## ময়াই কারন্ মিংথৈ—

হে লাইয়িংথৌ ক'রন্গী-ময়াইদা ঙাক্লোইরিবা
মিংলেন তন্দুম্লেং কৌবগ হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা কারনগী ময়াইদা ঙাক্লিবা লাইয়িং-থৌদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## লৈরোন্ নোংলোন্ মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ চিংঙু অতিয়া সিদবগ
চৌংঙু ইবুংঙো নহাক্না লৈবথিবিক সেম্-সাহ্না
লৈরোন-নোংলোন, অনিমক্পু সেম্মৌরিবা
মিংলেন,-লৈতুরেন, নোংতুরেন, কৌব হাউং হায়েং ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা তাংবল, ফম্বাল্লেন্দা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি ।

## অরাং থংনবা থম্বাল, লৈনা মিংথৈ –

য়োত্বু সিল্লৈমা মিংলেনবু হুফু নরেংনুবী
মুকমু লৈতোন, তোংবী, তেংবান্বা মপুগী
সাযু ওইরম, ঙান্বী ইমা তাজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অরাং থংবা থম্বাল লৈনাদা লৈনচিংবা কংকনি।

## নোংপোক্কী থম্বাল লৈকা মিংথৈ—

নোংপোক, লৈমা পান্থোইবী
লৈরোল, নোংলোন, অনিমক্কা নোংসাবী
পিসিন্নু থৌরি লৈকাম্বী তাইগে
কুবিয় হাউং-হায়েং। ×।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা নোংপোক্কী থম্বাল লৈকাদা
৫৮· লৈনচিংবা কংকনি।

## মথাগী লৈনা মিংথৈ

হে খোইযুম, লাইরেম্বী থোডাক, লৈমা
চিরা কোংদিংনু ফামু কৌবিও
তাইজিক্কে কুবিয় হাউং-হায়েং ×।।

মথা থংবা থম্বাল লৈনা—লৈকাদা চেং লৈনচিংবা কংতুনা থৌনিজগনি।

## নোংচুপকী লৈনা মিংথৈ—

নোংচুপ, পুংমাই লৈমা ভাডোইনু লাইরেম্বী
তাইজগে কুবিয় হাউং-হায়েং।। × ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা নোংচুপকী লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কংতুনা থৌনিজগনি।

## লাংবুম, মিংথৈ—

হু-সং-পু. স-পুলেন, চি-পিং খক, খক, কৌযে
তাইজগা কুবিয় হাউং-হায়েং ।×.

মি·থৈ অসি সোন্নগা ফম্বালেন্দা চেং লৈনচিংবা কংতুনা থৌনিজগনি।

ঈসিংগী মিংথৈ—

অংচিরি, অংচিখোম, অং চিরাক,
অংচিরি, অংতক, অং চিসো
অং উল্লরি, অং চিখা, অং চিথুম,
তাইজগে কুবিয়ু হাউং–হায়েং ।। × ।।

ফম্বালেন্দা লৈরাং লৈহুন, কংতুনা থৌনিগনি য়াইফ থৌজান, পুক্লিং চংনা নিজগনি।

য়াইবিরেন ৫গী মিংথৈ—

১। পোংথাংলেন,—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।
২। লাইয়িংথৌ অপানবা—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
৩। থাংজিং লাইমক য়াইখুরেন,—তাইজিকে হাউং-হায়েং।
৪। মাংজিং লাইযিংথৌ মিরাইরেন,—তাইজিকে হাউং-হায়েং ।।
৫। বাংপুলেল, বাংগোইরেন,—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং।

খোইয়ুম, লাই য়াইবিরেন, ৫মকপু ঈরাং থৌনিদুনা ফম্বা-লেন্দা লৈরাং লৈহুন কংতুনা থৌনিগনি। মথক্কী থৌনি রাহৈসিং অসি সোনবা লোইরগা মৈ হৌনবগীদমক্তা সেম, সারগনি, মৈ হৌরগনি।

## মৈ হৌবগী পাওতাক

মতাং অসিদা কো সনা পাখংবা মৈ কৌবা লাইবু থৌনিজ-দুনা ইরাং থৌনি তৌগনি। মৈ-হৌফমদা চাইরিবা পুম্নমক লানা

সেংনা খোম,জিন্দুনা থমগনি। অদুগা চাইরেন পুখম (কন্দী) অমদা মৈ হৈরগা মৈফমদা পুসিনগনি। অহানবদা লৈমরেন সিদবু নিংসিংলগা সনা মহিরু সনা হিদাকী পান্দমগুম মচি ওইনা মৈ হৌফমদা চেনহলগনি রাখন্না। লাইরিক লৈমা চিংহৈবী কো সনা পাখংবা, মৈ কোবা লাইয়িংথৌ, নিংসিংলগা, মৈগী থৌনিনা চিংবা পাংথোক্কনি। কন্দীদা মৈ হৌরগা মৈফমদা পুসিল্লা মথাগী মিংথৈ অসি সোন্দুনা থৌনিগনি।।

# মৈগী থৌনিরোন

হে খান্বী মৈরেং অরাবা ক সনা পাখংবা
লাইনিংথৌ থবাই য়াইবিরেন, সিদবও
লাইজ অয়িংবনা নাওয়োম, ওইবা
মালং অসেংবনা লাঙ্গোল, ফবা
খান্বি মৈ স্বইহৈ মৈচাক, ফবীযু
ওসি কোরৌ (নিংথোকাবা) গী য়াইক পুংফম,
(১০) তাবদা সলাই (লুরাং) দা পোক,চবা
নদাইরেম, (চাওবা—চাওবি) ননাইন
ঈন্ সিদব ঈরাৎ থৌনিজব অসি
থৌজ্জাল, লন,কুবিযু কুবি হৈবা কুবিন্
তাউং—হায়েং। ×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈদা চেং লৈনচিংবা লাইজ ঈরিক কৎতুনা থৌনিগনি।।

অসিগী মতুংদা অমাই কাইজব, অমাই লাক্লৌ, সিন,সনা,

খাম্বী মৈত্রেং অরাববু, য়েংকী থুদোম্বীন য়েংওইন ৩লক কোইগনি অমুবস্তু ওইগী থুদোম্বীন পরৈ হন্দোক্তুনা ওই ওইনবা ৩ লক কোইগনি। অতুগা মৈহুম ১ মচিন লুকথন লোৌথোক্লগা সঙ্গোং পাংবদা মমাই ওন্থোক্তুনা মিংথৈদি :—

"উং-.স" হাইনা হুন্দোক্ও।

ঐহাক, মহাক্ নাহাক, থরাই খংবা হায়বদি-অমাইবা ৩না, খ', অবাং, নোংচুপ, ফুঙ্গা সানা মাইয়োক্লরগা, মৈ অহু খুংনা সেক্লা লৌরগা হকচাং অপুম্বা মৈনা কোইগনি। হায়বদি—মৈনা কোইববনি হায়হুনা পুক্লিংদা নিংগনি। মৈ কোইবদি য়েংওইনবা কোইগনি অম্বুম্না মৈদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

অতুগা কম্বীগী মৈ অহু মৈফমদা থাদতুনা সেম-সাদুনা মৈ হৌরগা, মখাগী মিংথৈ অসি সোন্দুনা তৌগনি। অমাঙ কাইজবগা, তম্পাক লৈহৌমাই, লংমাই লৈহৌমাইগা, মাইচৌ ৩মরু মাইয়োক্লরগা পুক্লিং সেলোং নিক্তুনা মৈ কৌবা লাইয়িংথৌগী মিংথৈ মিংলেন ৯স্থুববু সোন্না সোন্না থৌদিগনি। মশিং ১৮লক নত্রগা ১০৮ লক হন্ন হন্ন সোন্দুনা চেং লৈনচিংবা কংতুনা থৌদিগনি॥

## মৈগী সলাই মচু মিংথৈ—

অমুবা, অঙাংবা, অঙৌবা, অসংবা
মেমান্‌বা অৱাওবা, হিগোক, মচু ৭না
তিল্লবা মৈ কৌবা লাই, ফম্বাল, লাংদা
ফম্বাল লাংবিয়, ওসি কোরৌ নোংদা
য়াইফ পুংফম অসিদা হাউং-হায়েং ॥ ×॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং লৈনচিংবা কংতুনা খৌনিজগনি অমাইবনা ।।

## অতিয়াগী মৈগী মিংথৈ—

উং মৈমুসং, উংতরংডাং, উং ভান্থুহিং, উংভান্থুচোং
উং সংতরে, উংকেমনুবি উং মৈহিংসং, উং মিং তরং
উং সংনুবি, মিংলেন, ৯ থানা কৌজরি হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং, খোইদিং লৈনচিংবা অমাইবনা কংতুনা খৌনিবিগনি ।।

## অসিবগী মৈগী মিংথৈ—

উং অং য়েং, উং ঈফুক কক্কচৌ
উং মকিক, ওক, কুক, উং ইং গুং
সং তরেং লিযাপ্পা উং লৈচি পুনচিন,
পুংলেম, লিকাপুন, ইযাম্বা লৈহিংসং
ইফুংখোক, ইযাবা মিরিংহিং লোযাম্বা
মিংলেন, ৯ কোলোই থানা কৌজরি হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা চেং লৈনচিংবা মৈদা কংকনি । অমাইবনা ।

## পাখংবগী মৈগী মিংথৈ -

উং চিরি, উং চিখাম, উং চিবাক, উং চিলিং
উংচিতক, উং চিসো, উং উলরি, উং চিখা
উংচিথুম, মিংলেন, ৯ কোলোই থানা কৌজরি
হাউং হায়েং । + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং, লৈনচিংবা কৎতুনা অমাইবনা থৌনিবিগনি ।।

পোইরৈ, খুন্থোক,মৈ –

১। পোইরৈতোন্না খুনথোক,মৈ ।।

২। পোইনাও তানা খুনফাও মৈ।

৩। থাংজিং উপি উরেন, মৈ।

৪। সত্থ তেক,চাক, মৈ ।।

৫। হেম্বা পাম,চাক, মৈ ।।

৬। তরা চাক,থোং মৈ ।।

৭। সংলৌ য়েন,ফুৎ মৈ ।।

৮। চাবোক, কদাং মৈ ।।

৯। অমন, সিংগুম, মৈ ।।

১০। চক,পা ফুইক, মৈ ।।

১১। চরু তাংসম, মৈ ।।

১২। লমজাও থাম্বী মৈ।

তাইবং খাম্বী মৈরম, ১২ নি থোইদা
ননাই ( চাওবা চাওবী ) গী য়াইফবা
পিবিয় হায়জরি হাউং-হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈরোল, অসি সোল্লগা, মৈদা চেং-লৈনচিংবা কৎতুনা অমাইবনা থৌনিবীগনি ।।

অম্লম্না মৈগী মিংথৈরেল, অসি হন্না হন্না ৳৳ক ৯এগা তরা-নিপাল্লক ( ১৮ ) নত্রগা ১০৮ লক সোন্দুনা চেং-লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিবীগনি। থৌরমসিং অহুগী মতুং ইন্না নাক্তৎ নারেংবা, থাংদিন লেংলোই থোইথাংবা, লাইমিং পিবা, ওইরবস্থ মৈ লাৎপগী থৌনি থৌরম অসি লোইরগা পিবীগনি ।। X ।।

# লাইমিং লৌবগী থৌরম্

লাইমিং ফংগদৌবিবা ( চাওবা-চাওবী ) অদু অমাইবনা অহান্‌বদা নাহৈ নাসেংবিগনি। অদুগা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীদা খুরুমজগনি। চৌংভু য়াইবিরেন, সিদবা সিদবীগী, মিংখৈলেন অহক্‌পা অসি পম্বৌনা, মপারি-মমোমগী, নাকোং থোংলেন, অনিদা তাক্‌পিগনি। লাইমিং লৌবগী পোংলম- "লংহি থাংদিন" মচা ২, ১ গী লিক্লাং পরেং ৩, অসিনি।। X।।

**লাইমিং—**

হয়ি—লাইমরু—ক-স-ন
মপুলেন্‌—হৈরোম্‌—সিদবা।। X।।

"হয়ুম্‌—সিদব"গী মিংলেল্‌, য়াই অসিবু ফংজরবদি খোইংথুম লাইগী লাইমিং ফংজরে। পুক্লিং চেংনা সোল্লো।।

## লিক্লাং মরু লাইসোন্‌—

মরু যাইমরু মনিক্‌, য়াইনিংথৌ
চাক্লিক্‌, মরু নোংথৈ মরা ওইনা
তুবি মঙান্‌, অরাব লিক্‌সি, লিক্লোই
য়াইবী কোংগোইহক্‌,, ময়াই সনচৌং
চিকিংরৌং মরূ হিং।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি লিক্লাং পরেং ৩দা সোল্লগা লুরেল্‌, ছুক্‌ংসমদা সিবিগনি।। X।। X।

## থাংদিন, লংহিঙ পিবা

### লংলা ৯গী লাইমিং—

কৌক্রু থাংমাই মারহন,, নোংথৌ সোরারেন,,
তাওবিরোইনাই, নোংপোক, অচিবা, চীংখৈ য়াইফু
থাংজিং লাইমক, বাংপুলেন, খানা চাওবা ।।X।।

মথক্কী লাইমিং ৯ অসি, থাংদিন, লাংলা ৯গী লাইমংনি।

**মিংথৈরেল,—**

উং-হুং-লৈপী তোম,সেন, নপ,-ফা ।।

### কিসি ৩গী লাইমিং—

১। মাস্তোমলেন, ২। য়াইতোম্নেন, ৩। হৈলোক্লেন, ।
উং—য়েং-হুং-হ-র-স হহিং-রহিং-সহিং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি কিসি ৩দা সোনগ,নি, অমুগ অমুক মখাগী মিংথৈলেন,সিং অসি সোল্লগা, থাংদিল, লংহিং অচু লাইমিং লৌরিবা মুপা অচুদা থাংবিগনি ।।

### লিক্লাং—থাংদিন, অপুন,বা মিংথৈ—

উংফা-উংকুঙ, উংথে অং-হং-সং
হহিঙ,-রহিঙ,-সহিং অচি লাইয়িংথৌ
লৈ-নোং ৯ গী চেংলো সক,থোং ওই, মালেম্
মপুঙ, লাক্না মুগ,তিন, য়াইমরু মুংতাই ৯ মুবা
সমূ লেংলোই থোই থাংজরে ।X।।

থাংদিন, লংহিং লংলা, থোইথাংলিবু মতাং অসিদা য়েং ওইননা থাংবিগনি ।

## মৈদা থৌনিজবা মিংথৈ—

হে লাইয়িংথৌ নহাক্না লৈবখিবিক,
থৌজাল, লন, কুবিহুনা ওসি কোরৌ হুমিত্তা।
ঈবাৎ থৌনিজবসে অফবা মুংঙাইবা।
পূন্সি মুংসাংবা য়াইফ থৌজাল,
পিনবিয়ু নমিং নথা সুদবা রাহৈ,
অরান, অহুই খ্বিবক, তাখিবিগনু
হে লাইমিংথৌ হাউং হায়েং ॥ × ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগা মৈদা চেং-লৈনচিংবা কংহনগনি। নোল্লক্কা য়াইফ থৌজাল নিজগনি। পলেম, পম্মৌনা চিংবা খুরমগনি চরৈ, অকংসেন্না থৌনিজগনি। ময়াই কোইরেন সোন্নপুংনচিংবা খুকমহুনা থৌনিজগনি। মতাং অসিদা অমাইবনা অতাইরোন, লাইরোন, সোন্দুনা লাইতাইনরগা থৌনি মতোন লোমগনি ॥ × ॥

## মৈ-মুংপগী মিংথৈ—

হে ইমা লৈমরেন, সিদবী নংনা কোল্লো ॥
মালেম, লৈথাই থক্তা কোল্লো ॥
থাম্বী মৈহৌবগী মৈচং হল্লে কোল্লে ॥
মালেম, থরক্ মুংদা কোল্লো ॥
লাইজ অয়িংবনা নাওয়োম, ওইরে কোল্লো ॥
মালং অসেংবনা লাংগোন, ফরে কোল্লো ॥

## মৈ মুংপগী মিংথৈ—

লৈতাইবি নংনা তাইসিনবিয়ু
লৈনেংপি নংনা নেংসনবিয়ু

মৈমুংপি নংন্না, মুথংপিয়ু,
সুম্মুং—সুম্মুং—সুম্মুং ॥ × ॥

মথক্কী মৈ মুংপগী মিংথৈ অসি সোন্দুনা, অথুম্বা, অরিংবা, সঙ্গোম, অনোবা, চহি, খোইহি, পুল্লপ, ঈসিং, থবুগা য়ানসিন্নগা, তাইরেন, পুংফাইন লুপ্পুনা মৈদা চাইস্নিন্দুনা মুংথংকনি।

---

# লুহোংবা

পাখংবনা নিংথৌরেন অথোইবা চাপ্পদ লাইরেম্বী ৭ না থেং-ওইনন কোইবগী, লৈবাং খুজোক থন্না হাপচুনা, পাখংবগী লুহোংবা থক্লো লৈ-কংলি। অসুম্না লৈবাক্কী অকন, অথৌ পুম্নমক্ম লৈ কংলি। পাখংবনু নিংথৌরেন অথোইবা ফম্বাল ৭ শাংহনখি। লুহোংবা ফম্বাল তোংবা, ফম্বাল, কোইবা থৌবন অসিদগী ফিদমনখি। (ফম্বাল লোল)

অসুম্না নোংবাল্লে, পোম্বি লুবা লুবগা, কৌক্রু নামোইহুগা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী মংম্নদগী কোইনবা, চা হাহ মোইহাইনব হৌদোক্লক্কনা মুমশকৈশ মমিংতা, লুহোংবগী থৌরম্মু পাংথোকখি। (কৌক্রু নামোইহুগু লাইরিক)

"কোম্থোক্কম তম্ফা", লাইরেম্বীগী সম্লাংদগী সাগুনখিবা, লৈসং খেকরাইব লৈরাংবু চৌংঙু লাইদা কংপদা, খোইমুম লাইনা পাম্নখি পেম্নখি। লাইগী হৈকং লৈকংপদা, লৈসং হায়ব লৈ অসি কংকনি। (খোরিফাবা নাওথেমলোন)

"ৱাংঙ্ তম্ফা" লাইব্রেরীগী মীচৈদগী য়েলাংথি হুং-ওনখি। ফিরুকংসু হুণ্ডওমখি। ৱাংঙ্ তম্ফা-চীংদা লৈ। লুহোংবগী হৈসেন্দ্র হৈক্রু হৈনিং, হৈজাং, লফোই-কুঙৌ-লৈসং অমিনচিংব পোংলমসিংসি তম্ফাগী মতমদগী হাপকৎনদুনা সেমনরকখি। মৈতৈগী লুহোংবা হাইবা থোরম, অসি অরু অনান, কয়া হাপকংতুনা ওসি-ফাওন ফজনা হাপকৎপগী অরোইবা লৈতনা চৎনরি। (থাংগ ৱাংঙ্ চাংকোইরোন)।

## লুহোংবগী চৎন পথাপ—

নিংথৌনা চাহাই মোহাইনদুনা পিনবা। হৈথিল লৈথিনবা নাবোইপোং থাবা, হৈজিংপোং পুবা, পিবা পাওতাক (বাতেন) তৌবা। লুহোংবা হুমিত্তা সোম্নপুং ময়াইদা ঈরাংথু অমা লাংপা। মংথৈ সকপা। ঈরাংথু মমাংদা পিবা ফম্বাল তাংবা। ফম্বাল মখাদা থম্বাল, লৈনা য়েকপা। পুন্সি লৈপুন পুনবা কুজপোং কৎপা। মিতম ঙা থাবা। সেন্দাই কৎপিরা। যাইফ থোজান, পিবিরিবা লৈপুন, থোক্লগা কুজপোংতা হাপ্পা। পিরাগী মমাদা কুজপোং সিন্নবা, ফদুবু কুজপোং থাবা কৌই। লৈমনা পিবা ফম্বাল ৭লক কোইবা। কোইবা খুদিংগী লৈরাং খুজোক লুরেন থক্তা কৎকনি। লৈরাং কুণ্ডো পাবং ২ হুকনি। লেমা, পিবা পুন্না ফম্বাল তোংগনি। পিবানা মঙক্তগী লৈপবেং ১ লোথোক্লগা লৈমদা হুকনি। সোম্নপুং ময়াইদা, লৈমা-পিবা, য়েংকা ওইগা থমত্রাং লেপহনগনি। চরৈ তুংবুন ফিজি ২ পুন্নগনি। মমাই নেংপোক ওন্দুনা, মরি পনদোমননি। লাইনিংথোবু নোল্লকনি। হুপিনা মাং থাদুনা চংঙগা লৈমরৈনগী মসোক কাদা ফম্বাল, ফমগনি। কাংমুবি, ক, লাল, নংনি

লৈমা-পিবা। মমা-মমানা ময়া, মমৌদা কা লান্নগনি। ফুং-বুল চরৈ ফিজি ২ থোক্কনি। পিবানা থোক্কল্লগা সাগৈ অহল, সোম্নপুং ময়াইদা, হৈরান্নহুনা সকৃখং মাইথংনবা, ভাইকোম্নবা খুরম্নগনি। পিবা সেম্নবদা স্নেন্দাই কংকনি। মুপি ময়ুম্না লৈমা থিম্নক্লবা মতমদা, পিরানা অহনসিং খুরুমগনি। মঙানি মুবা মুমিত্না মুপা ময়ুমগী মুপি ও চংতুনা "চৌংমুং-মুংসাং" কাইগনি। তরুক্লি মুবা মুমিত্না মুপি ময়ুম্না মচা, ময়া ভাইসেন চাককৌগনি। অদুবু মঙানি চাক কৌবা কৌই।

## পিবাগী থৌবম,—

পিবানা লুহোংবা লাক্লমদাইদা, য়াইফ থৌজাল পিবা পিবং কাদা ফক্ অমা থাগনি। মমাংদা সন-মুপা লৈ তাংগা ও পাবে থাগনি। হৈরুক তাংগা ১ কা তাংগা ১ ঈরাংফু ১ মেক্রুক থাংমৈ, লৈ, কংতুন ঈরাংফু হান্না লাংথোকপিগনি। অমাইবনা।।

অদুগা পিবানা কা তাংগা ১ দা সেন্দাই অমমম হাপলগা পম্বৌ পলেমদা কংকনি। পম্বৌ পলেম্না নাম্ববিদুনা থৌজান পিবিগনি। ফিদা অদু পিবানা খুংনিংথৌনা শোক্তুনা লাইপক্তা ও-লক কংলগা ফমগনি। ঈখিক কংগন লৌদুনা হকসেংগনি। লৈ লাং-গনি। অদুগী মতুংদা পিবানা লুহোংবা লোইত্রিক্কাওবা কনাগুম্বা অমদা মকোক লৈপাকতানা থুরক্কা য়াদে। হাইফেং নোনবদি যাই।

অদুগা পিবানা লুহোংবা লাকপা মতমদা লম্বৌদা ও লক পোংথাগনি। মুপিগী কোম্বোং য়োরগা মৈরা ও পাইদুনা মৈথাং ও লক্ মৈ ওকপিগনি। মকেম ও না ময়াদা কা তাংগা লাম্দুনা ওকপিগনি মমানা নোক্লকনি। কা অদু সোক্লগা লাইপকতা

কংকনি। সোম্বপুংদা চংঙক্কনি। নোঙ্‌ক্লয়গা ফংথমলাংদা লাইপক্ত ও লক কংলগা ক্ষমগনি।।

মৈত্তৈনা ঈস্বাং থৌনি থুদিংমক্কা খোইজু লম্‌ৎক্‌ (মৈওকপা) থৌরম অসি চৎনরম্মী কম্বি অমদা মৈ থৌরগা খোইজু. লৈখাম মেক্রুক থারগা মৈথু অদু চংঙ্‌কইবা মীওইসিংদা কুম্‌জিনবিরগা অমাইবনা ঈসিং. তাইরেন পুংফাই পাইদুনা নাহৈ নাসেংবিগনি মফমদি কোম্বোং—নক্লগা স্নমাং ময়াইদা অদুগা য়ুম চংঙবই। তিল্‌মু ফত্তবা. লাইমু ফত্তবা তুরৈ হুরৈ চেন্দনবা লাই তাইনবগী থৌরম্নি—অদুবু মৈ,ওক্‌পা কৌই।।

ইবেম্মা পাল্‌খোইবী লুহোংঙগা-থাবা মরাং য়াইদা থিল্‌-খিদা থাবা সিংনা কোম্বোংদা উচান্‌ থাম্বী মৈরা ও চিঙ্‌ওক্লনা থাবগা খোইজু. লৈখাম্‌ মেক্রুক কবোক অফাবা মৈদা কংলগা মৈথাং ওলক ওক্‌খি। অমাইবনা নাহৈ নাসেংবিখি। মনেম্‌-বোক্‌ মনুতেক্‌তানা. চরৈ মইনফিনা কোল্লগা মমৌবু মরাং য়াইদা পূসল্লক্‌ই কংলৈ স্নমাং মথৌপুং। নোঙ্‌কুখি অস্নম্‌ ওসি ফাওবা লুহোংবগী মৈরা ওক্‌পগী মওং অসি চৎনখি।

## মৈরা ওক্‌পগী মিংথৈ—

মৈ-ঈসিং-মুংসিং লৈপাক্‌—অতিয়া—মঙাগী
মতিক্‌ ময়াই ওইবা, থাম্বী মৈ শক্রে। য়াইফরে ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈরা ও পাইদুনা চিন্‌ওক্লরগা. কবোক অফাবা. মেক্রুক. লৈনচিংবা চাইসন্দুনা. মৈথাং ওলক্‌ ওক্কনি।। তিল্‌—লাই ফত্তবা .তাইবা থৌরম্‌—মৈ ওক্‌পা কৌই।।

## লমলাইগী পোৎলম্‌—

ফিরুক ১ কবোক, মতুম ১ লফোই লফাং চং ১

চু'তাংকক, ১ হৈ মনম, নাইবা ১ মনা ১ কা ১

মথক্কী পোৎলম,সিং অসি লুহোংলিবা মুপি অহুগী কোন,—থোংদা লম অহু কোল্লিবা লাইদা কৎথোক্কনি ।।

## মিতম, ঙা থাবগী পোৎলম,—

ফিরুক ১ ঙামু ৭ হৈরুক তাংগ্‌া ১ পামা ১

মেক্রুক থাংমৈ, সেন্দাই ১ অসিনি ।

কুজ পোং কৎলকপা মতমদা মথক্কী পোৎলমসিং অসি পুহুনা মুপা মুপি ২গী মী ৩/৩ চৎতুনা ঈসিংদা ঙা থাদগনি । অনিগী অতেক অকাই, অফ লুংঙাই থুদম য়েংবনি । মসা কন,বা ঙামু ২দং খল,লো ঈসিংদা চপ ম'ন্ননা থাদোকপিগনি । ঙা অনি অহুনা পুন্না মসা খিং খিং লাওনা চৎমিন্নখ্রবদি যাম্না ফরে । ঙা অতৈদি ঈসিংদা থাদোব্রস্ম্‌ ।।

## কুজ পোৎকী পোংলম,—

যুবি ১ হৈ মনম নাইবা ১ ফৈজোম ১ কাতি ১

থুজ্জিম্থাং ১ কোয়েং ১ লৈসং ১ লৈ পুল্লৈ ১

লংহিং, তিংথৌ কেতুকি মনা সমচেং ১

লফোই চং থোকপা অমা চেং খরা সিংসেন অমা

সেন্দাই অমা কা মতোন থোকপা অমা মনা ১ কম্বি ১

ফিন্নাক তাইবা ফি ১ সিং ওক্‌কোন, য়েংকোন ২

থুম ২ মুপি ময়ুমগী থৌরাংনি পুন্না য়োমগনি ।।

মথক্কী পোৎলমসিংসি কুজ পোং কৌই । পুক্কিগী লল,উন, পোৎনি । হায়্রিবা কুজপোং অসি মুপাগী মমানা য়াগনি । কুজ পোং অসি ময়ুম য়োৱগা লৈমা, পিবা নত্তনা অতোপ্পনা সিজ্জিন্নবা য়াদে । কুজা পোংকী লফোয় অহু, লৈমা-পিবা ২গী

য়েংগনি। কক্‌চেংনা-চিংবা তিন্‌ মচা য়াওরম্না কৈ। অসিবা য়াওরম্বদি ফত্তে ।। × ।।

চাওপোৎ—কবোক্‌, পোৎলেম, ২ কা-ঠৈ পোৎলেম, ২ সাজম, নাতুনা পুগনি অদুবু চাওপোৎ পুবা কৌই। অদুগা ইবেম্মা পান্থোইবী লুহোংবদদি—চাক্‌, অথোংবা চফু, এরোং অথোংবা ইরাল, সাজম, নাতুনা পুখি। মীময়াম্‌ চামিন্নবনি। × ।।

হৈজিংপোৎ থাবদা পুগদবা পোৎতি—অপোকপগী ফিরুক, ১, লমলাইগী ফিরুক, ১, হৈজিংখরাই ৩, নত্রগা ৫/৭ পুবা য়াই। সোম্নপুংগী লাইয়িংথৌদা কৎনবা পোৎলম,—কবোক, হৈরুক, ১, কা ১, লৈলাংনদোনা ১, মেক্রুক থাওমৈ পৈসা ১, তাইরেম, পুংফাই অসিনি ।।

হৈজিং খরাইদা হাপ্‌কদবা পোৎতি লংফাই চং অমমম, কবোক, হৈজাং চুংৌ তংকক, ১, হৈক্রু, ১, হৈনিং ১ হাপ্‌কনি। লৈমগী ফিজেৎ লৈতেংগী পোৎলম, অচা-অথক্না চিংবা কয়া লুক্‌মাই অমমম্‌দ সেম্‌তুনা পুগনি। অদুবু হৈজিং খরাই পুবা, হৈজিংপোৎ থাবা কৌই ।।

মুপি ময়ুমদা—মুপা ময়ুম্না হৈজিংপোৎ কৎলরবগী মতুংদা, মুপিগী মোপুবা অমনা মুপা ময়ুম্‌দা, লাক্লুনা, তাংগা মথোন, ৩ কা তংথাই ৫ না সেম্বা তাংগা ১, লৈ অংডোবা পারেং ১ কৎকনি। লুহোংবগী "পিবা" ওইনা লাক্‌পিয়ু হায়না পাও-তাক্লম্‌গনি। অদুবু -পিবা পাওতাক, (বর-বার্তান) তৌবা হায়না কৌই।

সোম্নপুংদ পাফল, য়েক্লিবা অদুগী মথক্তা লুহোংফাম, থাগনি অদুগী মমাংদ হৈরুক, ১ কা ১ মেক্রুক, থাউমৈ ১ অকৎ

সেন, ১ লৈনচিংবা কংকনি। অতুগা পিবা অতু সোম্বপুংদা পুসনগনি নোম্লক্কনি। সংলেন মপু নোম্লক্কনি। লুহোংফান, খুংনিংথৌন সোক্ক্না ৩ লক, লাইপক, কংকনি। অতুগ ফমগনি। পিবাগী মাংদ নুপী মযুমগী পান্থৌনা মাই অরাং ওন্দুনা হকসে গনি। অনম অথৌ কোক্কনি ঈরিক, কংগল, ৩ লক লৌতুনা হকসুং সেংগনি অস্মুম্না পিবাস্মু সেংদোক, হাইদোক্কনি। ঈরিক, কং-গল, ৩লক, লৌহনগনি। পিবাগী মমাংদা লৈপাক্তু ঈসিং থব' খিকপগনি-অতুগী মথক্তা তাংগা ১ থাগনি।

# লুহোংবা ফম্বাল্ লেন্



থৌনিরোল, মিংথৈ—

ৎসি লোইদাম, থাজ ( লম্তা ) থাগী মাক্যৈ ( ২০ ) নি পানবা
কৌরৌ নুমিৎ ( নিংথৌকাবা ) গী য়াইফ পুংফম, (৪) তাবা মতম

অসিদা সলাই ( লুবাং ) দা পোক্‌চবা ননাই ( চাওবা ) গী
ইমোম্‌, লাংলেন্‌, ( তোম্বী ) চম্ভ অসি থাজ কুজগে হাযবগী
ননাইনা ইপা-ইপু, ইপুধো, পুরেল্‌, ও মক্‌
ঈবেন্‌থো পেন্‌লান্‌, ওমক্‌, কোন্‌লোই মিকৌ তম্বী
খুংফাং চেপ্পী লোম্না পূনেম্‌জরি পোজাল্‌, লল্‌কুবিয়
হাউং-হাযেং ।। × ।।

পিবাগী মমাংদা মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগা তাংগ্না অদুদা ল
ঈসিংনচিংবা হাপ্‌তুনা কৎকনি ।।

সলাই ( খুমল্‌ ) ( চাওবা ) দা ইমোম্‌, ( তোম্বী ) চম্ভ
অসি থাজ লল্‌কুজগে ।। লৈরাং লৈকৎচগে ।।
লৈপাক্‌ নোংথৌ অনিমক্না কাকুপ্‌নচৈ বাদি
লৈপাক্‌ মমিং ফা কৌয়ে । নোংথৌ মমিং বুং কৌযে
লাইযিংথৌন। লৈপাক্‌ নোংথৌ অনিমক্কী মরক্তা
শনা কাগোক্‌ কুম্বগী মনুংদা লৈবিথৈগী চিংলন্‌দি
চিংখক্‌ কৌযে । লাইরেম্বীগী মিংলেন্দি- কান্দে লৈবাংম্,
ওাইজিক্কে কুবিযু হাউং-হাযেং ।। × ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্‌বা মতমদা পিবাগী যেৎকী খুটদা ঙইগী
খুৎনা সোক্কনি । যেৎনা ঈবিক্‌ বংগন্না ঈসিং বন্দুনা মখুদা
তাংগ্না অদুদা কৎবনি । লৈ মনা অমম্ভ ওাংগা কৎকনি ।
পিবাগী লুরেন্দা লৈ, ঈসিং কৎকনি।।

লরাই কোইরেন্‌ সেম্‌, নাপ নাকোং সেম্‌,
মিৎকোই চাইজি সেম্‌, লাইপক্‌ খেলাই সেম্‌,
পিম্ভম্‌, পাগোইসেম্‌, নাখোং নাচি সেম্‌,
নাতোন্‌, নাক্‌চি সেম্‌, খজাই চাইবং সেম্‌,
চিন্‌বান্‌ য়ারেন্‌ সেম্‌, খোইজি খোংখা সেম্‌,

থৌরি লুখম,সেম,, লুমাং সম্বম, সেম,
তান,ফম, খোইথা সেম,, খুনিং পাম্বোম, সেম,
খুজেং খুনিংসেম, খুৎনম, খুবাক, সেম,
খুৎপি কারোং সেম,, খুজিন, লৈকানচিংবা সেম,ঙনা
অসেম্বগা অসাবগা লাইয়িংথৌ নঙ,বু তাইজগে
কুবিযু হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা ইসাগী হক্তা লুরাই কোইরেন,
নাথোং নাচি ২ লেংজুম ২ মফম ৫ অসি সোক্কনি। তাংগাদা
লৈ কৎকনি। তাংকক, অমা ।। X ।।

## ইমুংগী থৌনিরোন,

ইমুংদ অমাইবনা চহু লৈমগী য়াইফনবা ঈরাংফ থৌনিবিগনি।
পন্থৌনা নাহৈ নাসেংগনি। চন্থ লৈম অহু ঈরিক, কন,গন, ৩ লক,
খুৎবাক্তা হৈরগা হক,ষুং সেংগনি। অপুগা পন্থৌদ নোল্লরু
থৌনিগনি, পন্থৌনা লুলেন, থক্তগী নান্থবিদুনা য়াইফ থৌজাং,
পিবিগনি। চন্থ লৈম অহু নিংসা সোর য়েংলগা সোর,ন লৈব
মাইকৈদ খোং হান্না থাংদুন খোংসাল্লক্কনি। সোম্নপুং লাইবক,
কৎতুনা নোল্ল,ক্কনি। ফম্বাল, মমাংদ ফম,হন,গনি অমাইবন নাহৈ
নাসেংগনি। লৈমগী খুৎবাক্ত ঈরিক, কংগন, ৩ লক, হৈদুনা
হক,সেংগনি।।

## অতাই কসা অপোক,লেন, মিংথৈ—

হেবুংথৌ হেবেম্মা য়োইবু কসা তাই
য়োইরেন, কসাতাই, য়োইহৈ, চিগা তাইগে
তিল,মু হোইবু লাইমু হোইবু তাইগে

কনা চংপি তাংগা চংপিবু তাইগে
থম্মোই নামোইবি সুক্কু হৈবিবু তাইজগে ।।
সোইকু হৈবি, লল্কু হৈবিবু তাইজগে ।।
থুমকু হৈবী, ফোকু মবিবু তাইজগে ।।
চাক্কুবি তম্পাক পোক্‌পিবু তাইজগে ।
খবি পোক্‌পি নিংথৌ পোক্‌পিবু তাইজগে
লুপ্‌লা হান্না পোক্‌পিবু তাইজগে ।
সক্‌না ও সোইনাওনি খুনহোং লৈহোংনি ।
ঐবু সিজব—চৌংঙু ইবুংচো,
নোংখোরেন, অথোইবা নংবু তাইগে ।
লাইরেম্মা সিদবীবু তাইজগে কুবিযু ।।
হাউ-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা লৈম-পিবা অনিমক্ তুনা তাইরেন, মনা পায়তুনা সেংদোক্ হায়দোক্কনি ।।

## লাইরেম্বীগী মিংথৈ–

লাইরেম্বীগী মিংথৈদি কোন্দে লৈরাংগ কৌই ।
লাইরেম্বীবু তাইজগে কুবিযু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, নুপীগী য়েৎকী লেংজুমদা পম্থৌনা ওইগী খুৎনিংথৌনা সোক্কনি, অদুগা নুপীগী মারেন হক্ক লৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি ।। নুপি মমাংদম্ভ তাংগা ২ থারগ তৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি ।। × ।।

## পিবাগী পুরোন মিংথৈ –

ঙসি লোইদাম, থাজ ( লমতা ) গী
মাকমৈ ( ১০ ) নি পানবা, কোরৌ ( নিংথৌকাবা )

## থৌজান, মিংথৈলেন—

হে চীংঙু খোইযুম, লাইয়িংথৌ
নহাক্কা সিন্‌থোং ওইনা থম্বীরম্বা
ইপা ইপু অপোকপা মথং-মথং চংনরক্‌পা
খোইযুম, লাইগী খুৎসেম্‌বু কাইদনা পাগী পারম্‌থি
নুগী মুরম্‌থিদুনা থাজ লন্‌কুবিরবনে ।।
ঙসি কোরৌ হুমিত্তা ইকুনা ইমোম, লৈম চম্ম
লৈরাং লৈকৎচরে, লৌসিং নাওবা ওইবিনি,
পারি ইবুংঙো, ইমোম নখোই অনিমক্কা
পাইমা খোইচংনা তিল্লাং খোইতানা
য়াইফ খোইন নুংসাংন, মুক্তা সোইদনা
ইপা ইপু অশোকপা খোইযুম, লাইগী থৌগন্‌বু
পুক্লিং চেংনা পাল্লো হাউং-হায়েং ।। ৪ ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, কুজপোংকী মথক্তা চেং লৈ, ঈসিংনচিংবা কংকনি। পৈসা ১ কংপিগনি। অউন, পোংকী পোংলম্‌সিং অহু তাইরেন, মনা পাইহুনা ঈসিংনা হাইদোক, সেংদোক্‌পিগনি। অহুগী মতুংদা নুপী মকপ, নুপা মরূপ, কুজপোত্তা অকংসেন, কংপিগনি কংপগী থৌরম, অসি লোইরগা পিবা সেনবনা কুজপোং মথক্তা লৈপুন, থোক্লগা হাপ্তুনা পুরক্কনি। পিবা মমাদা কুজপোং য়াহন্‌গনি। লৈমনা পিবা ফম্বাল, ৭ লক, কোইগনি। কোইবা খুদিংগী লৈরাং খুজোক, লুরেন্দা কংকনি। খুৎকাং ১০ লোন্দুনা লোল্লক্রম্‌গনি। অরোইবদা লৈরাং পরেং অনী ঙক্তা হুক্রমগনি। লৈম ওইথম, ফম্বাল, লাংগনি। পিবানা মাগী মঙক্তগী লৈ, পরেং অমা লৌথোক্লগা লৈমগী ঙক্তা হুক্‌পিগনি ।।

অত্থগা সোন্নপুং ময়াইদা—লৈমা—পিবা নোংপোক, ওন্দনা খম্‌ত্রাং লেপকনি। চরৈ অনি লৈপুন্‌বিগনি। স'রি ৱাশক্লগনি।

## সরি ৱাশক ৱাহৈ—

ঐখোয় ২গী পুন্সি অসি ঙ'সিদগী

লৈপুন্‌ ওইরসি সরিসো ।। X ।।

অমাইবনা—ঙসি পারি ইমোম, ২ লুহোংবা অসি স্নুক্তা সোইদনা পান্‌নিন্নসি, পুন্সি লৈপুন্‌ন'সি হাইনা সরি ৱা-সক্লরে। যাইফরে ।।

নুপিনা মমাং থা'রগা, নুপানা তুং ইন্দুনা ইমুংদা চংঙকনি। হৈরান্নগনি। নুপিনা-নুপাদা, লালগনি। নুপান অমুক নুপিদা লান্‌গনি। চরৈ কিসিথোক'নি। পিবা থোক্লকনি। নিংথৈ লোইসন্‌গনি।

নুপি ময়ুমগী অহন্‌সিং খুরুম্‌গনি। নুপি ময়ুম্না পিবা সেনবদা অকৎসেন কৎকনি। কোইয়েৎ, লৈপরেং লাইনিংথৌদা কৎকনি। নুপিগীস্ত লৈ পরেং অত্থ লাইনিংথৌদা কৎকনি। নোং ঙাল্লগা লৈমনা থৌনিজত্থনা পুন্সিগী মরন্‌ ওইনা চেক্‌শিন্না থমগনি লৈ পরেং ২ অত্থ ।। X ।।

# অহোং য়োইথোনব

থৌনিরোল

নহাননোং হয়িউঙৈ—মাংলম, চংকৌ চংন পথাপ,-"অহোং য়োইথোনব" হায়বদি মচা নিঙোল থাজবগী-থৌরম, থৌনিরোল,নি। হাইন সিংনব ওইরবস্থু নত্রগ চেন্নব ওইরবস্থ, য়ানবগী মতুং ইন্না অস্থম লৌনস্থ চংনরম্মী মৈতৈ ইপা ইপুসিংন। পিবাফম, মাঙ্গান্দ ফম্বাল, অমা থারগ পিব ফম্বাল, ফম,হন,গনি, অতুগী মমাংদ ঈরাৎক্নু অমা লিংলগ ঈরাং থৌনিগনি। ফম্বাল্লোন, থৌনিরোল, মিংথৈ সোন,গনি। নুপী অদু পুথোক্লক্লগ অমাইবন নাইদে নাসেংগনি। ঈরিক, কাংগন, লৌতুন হক,মুং সেংগনি। লৈপুনবিরগ কুজাপোং বংকনি। লৈমন লৈ পরেং অঙৌব ২ শিবাদ হুক্কনি। পিবাগী ওইদ ওইথম, ফম্বাল, লাংগনি। পিবান লৈ পরেং অমা লৌথোক্লগ লৈমদ হুকপিগনি। নিপা মমান কৃজা পোং য়াগনি, অদু লোইরগ নিপাগী ময়ুমদ থিন,বিরক্কনি। ৬ নি স্থবা নুমিৎত চাক্কৌগনি, নুপী ময়ুম্ম। অদুদ নিপা, নুপী ২ গী, য়েক, সলাই "ইপা ইপুগী" "অপোক, অসা" তম,নগনি। অদুবু মৈতৈগী চংন পথাপ্প —অহোং য়োইথোন,ব (কৈনা কৎপ) হায়ন কৌই ॥

---

# লাই তিন থাব

## লৌখৎপ

নিপাগ নুপীগ চেন্নবগ মযুম, পান্‌বা-লাইগী হকং লৈকং ওন্দ থৌবম্‌বু, মৈতৈন লাইতিন, থাব-লৌখৎপ কৌই লৌখৎপ নুমিৎত নিপা মযুম নুপি মযমদা—ইপা। ইপু অপোকপগী অপোক, অসা থাগনি। লম্‌লাই থাগনি। লাইগী পূবক্রিব কাবাক্‌, হৈ লৈনচিংব সোন্নপুং মযাইদ অমাইবন অনম, আথৌ কোকথাক-পিতুন তেংবানবগী মপু লাইযিংথৌ সিদবদ কংকনি। নিপা নুপিগী পন্থৌ ২ না মচাগী য়াইফ থৌনিগনি। চপ, মান্নন থুকমগনি। পোংলম পুন্নমক, অমাইশন তাইরেন, পুংফাইন খিক্‌তে ক্‌হায-দোক্কনি। লৈম, পিব, অহন, লমল, থুকম্‌গনি। নুপি মযম নিপা মযুম্‌দ অমুক অপোকপগী অপোক অসা লাইগী হৈকং, লৈবং ওমগনি। ঙাই সেন কা লান্নহুন খুকম্নগনি অতুব ঙাই সেন কোনব কৌই। পিবান নুপি মযুমগী অহল্‌সিং থুকমগনি অতুব মৈতৈংগী চৎনবিদ লাই তিন থাব লৌখৎপ হায়ন খংনৈ। ওনি স্নুল নুমিৎতা চাক কৌনবস্থ চংনৈ।

---

# সিংগুম লোল খোরম্

## থৌনিরোল

সিংগুমলোল, খোরম, থৌনিরোল হাযবদি—নাব সিবগী চংন খোরম, থৌনিরোলবুনি। অদুবু সিংগুমলোল, খোরম থৌনিরোল কৌই। অস্থম্ন পাথাংকোক্ পুথাংকোক সিংন চংনরকপ খোরম কয়া অদুবু ভসি ফাওব মৈতৈগী চংন পথাপ, ওইন কাইদন চংলি।

হাযবদি মহানোং হয়িবৈদে, "ইখু" সিংবন সন, য়োংমান, ওইন সাইওল্লগা অমন সিংগুম, হন্থি অদুদি মখাগী অস্থম্ন পাংথোকখি। সিংখন ৭ খন্দুন মৈফম অদু সেম সাখি সিংখন, ৭ কী মসক্কি কোরো মুখিং ৭ নিনা সিংখন, ৭ ওইরনি। কোরো নাংলোন, ৯গী মসক্ক পকখন, (চন্দুন) ওইন খনখি। ফকখন, অদু মখোং ৫ যুংহুন শন্গনি। মখোং ৪ অসি-খাংজিং, মাজিং, বাংব্রেন কোরগী মসক্কি। অদুবু চুকচিরা মখোং ৪ হায়ন শঙনৈ। সিং অদুদি হযিগী মথু মামন্ন সাক ওনবা সিংনি। থাক্ক ১২ না অনি খোক্ক থুপ্রগ, শিনথুপ, কৌই শিনথুপ্ ৬ না উমুং চৈ ৬ ওইখি। লাইজ, খাম্বী, মালং, ৩ না পন্দল্লি ৩ ওইখি।

পন্দল্লি থৌরি ৩ অসিদি তাইবঙ, হরুগাংন সিংথক্ক, কোক অবাং ওন্দুন থাংগৎলগ, লাইজগী পন্দল্লি থাংদিন্না-ভক, মপাদ পুনগনি। খাম্বীগী পন্দল্লি থাংদিন্ন-থাবাক, মপাদ পুনগনি।। মালংগী পন্দল্লি থাংদিন্ন খুকউ মপাদ পুনগনি। লবাই মপাদ কোম ১ তৌগনি। ঈসিং থন্না থম্না হৈগনি। তাইবঙ সেন্নকপদ লাইজন কোক্ক থোংখি, কোকথোম্নন পুদুন ফাওরকই।। অদু

ঈসিং য়াবা কৌই। অমং সিংগুম্বদ লুদা থোংন পুথিনি। হয়িগী থুবাক্ত ওইখিব লুমাই। সিংগুম মৈদি-হয়িন সন, য়োংমানবি সন,তুপ ওইন সালোন,ঙৈদ মৈরুংদগী লৌখিয়ে।।

লিক্লম, কৌক্রদগী হৌন য়েৎওইননা লৈফন মৈ কোইগনি। সিরবদি মপোক অমা লাংওল্লবনি। মৈ কোইবদি ৩ লক কোই-গনি। সিংগাই পাওহোম্ব, পুরৈ মৈ-কোইব, পাচা স লাইচাসিংন থুত্ত মৈহন পাইজুন পুবৈ মৈ কোইখিয়ে। সিঙ্গাই পাওহামখিযে। মৈনা য়ায়না তাংন সম্ম নোংদম্লে। তাইবঙগী হকচাংবু মৈ অসিন য়াইখিযে, মৈ অসিদি মপু মহাক্তগী পুথোক্লকপনি। মৈ-অসিন ঐগী ইসাবু তুম্নগ মপু মহাক্কী মফম্দ অমুক, হন্ন শিলখি।।

অস্তুম্ন তাইবঙদ ঐনা লাললখিব মপু মহাক্ত খংবিরম্‌গনি। মহাক্ত লাল্‌খিবসু খঙবিরমগনি। অয়োন, অবান ঙাক্‌পা হায়জবনি। অতুবু থম্মোয় মৈর। পাইজুন সারি গাসকপ কৌই। খাদা মৈ-চুব হৌগনি। মৈ-থাব লোইরবদ মৈ থাখিবগী সঙ্গ-তাঙ্গোই মচেং ১ লৌবগ, ঈসিংদ থাদগনি। লোয়রেন, খুন-বিলোক, তাইবঙগী চৎলম, থোংনে। চৎলম্‌থেংদ তিল্লবদি অমুক, পোকনি। অসি য়াবু হয়ি সিদবন মপারি পাখংবদ তাকপিরম্মী।। ঙসি ফাওব মৈতৈসিং ন মকাওব লৈতন চৎনরি। পোংলোইব হায়ব অসি মখল, ৫ থোক্ত লৈ। অতুদি—১। মৈগী পোংলোই ২। লৈপাক্কী পোংলোই ৩। ঈসিংগী পোংলোই ৪। নুংসিংকী পোংলোই ৫। অতিংঙা পোংলোই, "তরং হীলেল," হিথাব-খোইযুম, লাইলকচন, ৫ অসিনি।।

## সিংগুম পোংলম

কৈজোম, ১, থাংদিন, ১, লিক, পরেং ৩ ফনেক, ১, কু-কাই ১, থকখন, ১, চুক্‌চিরা ৪, পন্দল্লি ৩ লুমাই ১ মৈয়োক, চম্ ১,

লাংকোন নিংথৌ লোক, য়ৌগনি। থৌরায় পোৎথাফম ইমাগী মসাইকোন,, লাইজ থোয়াং থকনি, ইমান লাইসং থোংলেন, তাং- গনি, থমমুং ফাখোং পাইগনি। হয়ি-হয়া অনিবু উজগনি। মিৎকুপ্তন য়েংগনি। মিৎকি পিরাং কৎকনি। য়াইফ থৌজান, নিগনি,।।

## নোংফারোন মিংথৈ

১। থাজলেংন-থাজৎপদ সিন্নখি।
২। থাজৎপন-ওক,পুরোইদ সিন্নখি।
৩। ওক,পুরোইন-তাওহিংলেল,দ সিন্নখি।
৪। তাওহিংলেল,ন-থবাদ সিন্নখি।
৫। থবীন-সজিক্ক সিন্নখি।
৬। সজিক্ক নুমিৎত সিন্নখি।
৭। নুমিৎন সেংবিরগ-থাদ সিন্নখি।
থান মপুগী লৈকোন্দ পুসন,বিরে
সিমরি উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেৎন
হয়ি মিংচেল, সোন্দুন মপু তান,ফ,গনি
হয়ি চে,-হয়া কোলোই হয়ুম,।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি তাকাপিরগ লালন লমদাং ওইহনগনি। মথোংন মাং থারগ কুঞ্জ লাইক্ক য়েং-ওইনন কোইরগ, মী ৪ পাইরগ অমাই বন থোইদ সেন, অসৈ তেরান সক্ক খোংসানগনি লম,য়াই কাইথিল্লকনি।।

## রাহৈদি

চৌংভ, খোইযুম, লাইয়িংথৌ

মাইফ পুংফম, অসিদা, সলাই ( মঙাং ) দা।
পোক,চরম্ব নদাইরেম, মমিং ( তোম্বা ) গী অসী অমন, অসি
মালং নুংসিং সিদবদ কৎচরি।

**মিংলেন**

উং-য়িং-হুং-সংতরেং
লিয়োম্ব স-সিদব কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ তাংবলদ লৈনচিংব কৎকনি। হকচাং লৈমন, লুরেন, থক্কুস্থু লৈরাং লৈকৎ তমগনি।।

৩। উং ঈংৎখোক, লৈয়াব মিরিং হিং লৈয়োম্ব তরং লাইজ
অরুবদ কৎচরি হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ-তাংবলদ লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি। অদুগ হকচাং লৈমন, লুরেন, থক্কুস্থু লৈরাং লৈকৎকনি।

৪। হে মালেম, ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈরোন, নোংলোন, ৭ মাদা নোংসাবি
লৈবাক্কী সেক্লিংদা য়াম,ফক, ওইনবু লৈবী
মিংলেন,বু লৈহিংমুং লৈনপ,ফা কৌবি
তাইজিকে কুবিয়ু-উং-লৈতিন,সং ।। ৪ ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ-নমাংদ ঈসিং থরা, লৈবাক্ক খিল্লগ সেংদোকউ মফম অদুদ-তাংগ্র ১ থারগ লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি। মালেম লৈমা ইমাদা কৎকনি। অদুগ ইমুং মমুং হুপ্প চংদুন তাংবল অমদি-লুলেন, থক্ক লৈ কৎকনি। চুমাদ লৈরিবৈদনি। পুন্সিগী অরোইব পাওমেন্দুন লৈনচি বা বৎপিগনি। খুং য়ৈব, ঈসৈ সকপ, অহলসিংনচিংব থুরুমগনি ।। X ।।

সুমাংগী হৈকৎ লৈকৎ লোইরব মতুংদ পুথোরম,দাই মতম,দ মথাগী "খোংসান বাহৈ" অদু হায়দুন কু অদু থাঙৎকনি।

## ১। অতিয়াগী মৈগী মীংথৈ

উং মৈমুংসং, উং তরং ঙাং, উং ঙান,তুঙিং
উং ঙান,তুঙাং, উং সংতরেং, উং কোম,নুবী,
উং মৈ ঙিংসং, উং মৈত্রেং, উং সংনুবী
মিংলেন, মাপন, শোন্দুন খাম্বী মৈতৌ তম্লে
ঙসি ( সজিবুগী ) মাক,মৈ ( ০০০ ) নিপান,ব
কোবো (নোংমাইজিং ) গী য়াইফ পুংফম, ( ০০০ ) দা
সলাই ( ০০০ ) নদাইবেম, ( ০০০ ) গী সামু হকাং
লৈমন, অসি খাম্বী মৈত্রেং অরান নংন লৌসিন,বিযু
ভাইজিক্কে কুবিযু হাউং হাযেং ।।X।।

মৈগী মমাংদ হৈকুক, তাংগ্রা ১, পানা তাংগ্রা ১; থাবগ মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈদ লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## ২ । ঈসিংগী মিংথৈ

উং অং যেং উং
ঈংফ কেৎ কক্চী
উং মকিক, ওক, কুক,
উং হু যে,
সং তরেৎ লিয়ে।ম্ব
উং লৈচিন, পুম্লেল, সিরুপুন,
ইয়োম্ব লৈহি,সং ইফুংথোক
ইয়াব মীরিঙিং লোইয়াব ।।

মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ লা মচেং ভ.মদা ঈসিং থৰা হাপ্লগ লৈ কৎকনি ।।

## ৩। নুংসিংকী মিংথৈ

উং মালং হুংসিৎ সিদব
তাইবঙ সিনন পুংলিব,

মালং তপ্প সিংতুন,
য়াইবি লৈনম, য়েল্লিব,
যাইবি লৈকোন, সেমজরি,
ঈরাং ফম্বাল লাংবিয়ু,
উং-য়িং-হং-সংতবেং লৈয়োম্ব,
স-সিদবব তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।

মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ লৈ অমা লৌখৎলগা কেপ্রৌ সুংসিংতা কৎকনি ।।

## ৪। মালেম লৈরোন মিংথৈ

উং মালেম, লৈসনা লৈহনবি
লৈরোন, তরেৎতা নোংসাবি
মালেম, চনিং লৈখৈদ
নতোম, থোক্ল লম,হৌরক,পি
লৈরোন, নোংলোন, অনিমক্ত
সিন, থুংন লৈরিবী
তাইবঙ তুংনফম, ওইরিবী
পলেম, নহি নয়াইনব
তাইবঙ থবাই হিংহল্লিবী
মপু থুয়া খাগী
সনা তাংবল, ওইরিবী
ঈরাং ফম্বাল, লাংদ
লেংসিন্দুন ফম,দেংবিয়ু
উং ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈহিংমু লৈনপ,ফা সিদবী
থুরুম, লৈপাইজরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ ঈসিং খৱা লৈপাক্তু হৈথরগ মফম অতুদ লৈ কংকনি ।।

৫ । থাম্বী মৈরম ১২ গী মিংথৈ

১ পোইরৈতোম্না খুন্থোক্‌মৈ ।
২ । পোইনাওতানা খুন্‌ফাওমৈ ।
৩ । থাংজিং উপি উরেন্‌মৈ ।
৪ । সতু তেক্‌চাক্‌মৈ ।
৫ । হেম্না পাম্‌চাক্‌মৈ ।।
৬ । তন্না চাক্‌থোং মৈ ।।
৭ । সংলৌ যেন্‌ফুৎ মৈ ।।
৮ । চাসোক্‌ কদাং মৈ ।।
৯ । অমঙ্গ্‌ সিংগুম্‌ মৈ ।।
১০ । চক্‌প ফুইক্‌ মৈ ।।
১১ । চক তাংসম্‌ মৈ ।।
১২ । লম্‌জাও থাম্বী মৈ ।।

তাইবঙ লৈমল্‌ অসি থাম্বী মৈরম্‌ ১২ দা কংচরি হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈদা লৈনচিংব কংকনি । মপোক লাংওন য়াইফব পিনবিয়ু হায়ন মৈদ খুরুমগনি । তাইবঙ্‌ খুন্‌-ফাও মৈ থাম্বী মৈরম্‌ ১২ থোই হায়বদি অসিনি ।।

মৈ কোইবা অসি—মাং থংব অতুন মৈকোই চফু ঈসিং থন্না হাপ্না ১, ওঈগী লেংবান্দ খিন্‌গনি য়েৎকী খুৎনা মৈহুম্‌ ১, থাং ১ পাইদুনা কৌব্রু চুঙ্গী হৌনা কোইগনি । সাগৈ পুম্ব মৈহুম্‌ অমমম্‌ খুৎতা পাইদুনা য়েৎওইনন কোইগনি । অমা ঙব্রগা অহন্নক্‌ ।। কোইব লোইরগ কৌব্রু চুক্‌থোংদ—মাং থংবগী মৈকোই চফু ওক্কনি । অতুপ পুং য়ৈব ঈসৈ সক্‌প অহল লমন্‌

থুকমগনি। অদুগ মৈ কোয়ব অদুবু মৈ হান্না চুহনগনি। তুমাই থোগন, তৌরম্‌গনি ।।

মৈ থাবা লোইরক্রবদি মথক্তা থল্লিবা থক্‌থন্‌ অদু থাবা মতমদা হারু অমা লৈগনি। থরাই মমিরেন্না থক্‌খন্দা তোংবনু হাকদা শিন্নদুনা কাইদোংহল্লগা লৈসন্দুনা থম্বনি। হয়েং থরাই লৈহুন্‌ নুমিত্তা মিংথৈনা পুখৎলগা কংলৈ খুরাই অখুবা মালেম্‌ লৈথোংজিন্দা থম্‌গনি।

## মৈ মুৎপগী মিংথৈ

৫৮ ইমা লৈমরেন্‌ শিদবী, মালেম্‌ নুংদা কোল্লো
মৈ তৌবদি মৈ মুৎলে মালেম্‌থক্তা কোল্লো
লাইক্ষু আযিংবনা নাওযোম্‌ ওইরে কোল্লো
মালং অসংবনা লাংগাল্‌ ফাব কোল্লো
হয়ি হযা কোল্লোই হায়ুম্‌ ।। ২ ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোত্রগ মৈ অদু ঈশিং হৈজিন্দুনা মুখৎলগা মালেম লৈরাংগনি। মকতুন্‌গনি হৈরক্‌ অমা ক লাংগা কংকনি। থাংলন্‌ খুৎতা পাইদুনা মংথোং থিংগনি। মালেম্‌দ ভুল্লিব মক অসিন তৌরবদি মালেমগী তমপাক্‌ অদু সোংগে।

## মংথোং থিংবগী রাহৈ

ঙসি ( কালেন্‌ ) থাজগী মাক্‌মৈ (৫) নিংপানব
কোরৌ ( লৈপাক্‌পোক্‌প ) গী য়াইফ পুংফম্‌ (৬) তা
( চাওব চাওবী ) গী থরাহন নোঙ্কাথিবগী
সমু মহাক্‌চাংবু মৈ, ঈসিং, নুংসিৎ, লৈপাক্‌ অতিয়
থরাঈ মঙাগী পোৎলোই মতোন্‌ লোম্‌লে ।।
লৈমাব-খুমাব, লম্‌সেগা, তুসেম্ব', খোইযুম্‌ ন গী কোলোইদি
ইতুহন্‌ব, পসিতোম্ব, তাংখুন্‌তোম্বা, য়েন্‌বি কাপ্‌প ।।
নামোই তোম্ব, গিন্‌বী লাইরেন্‌ জাম্ব, অথৌ ভাভোম্ব,
হনু কোকচাও, হনু লৈখম, কোন্‌ব মরম্‌ থৈনে কোল্লো ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হাইরগ হান্ন সিখিব লৈকাই নল্লগ থুন অতুগী মী অতুন কোন্ন সিরক্তুইব মী অতুদ সিন্নগনি। অতুবু লৈতাইনব; নোংদাইনব, লৈংাই নোংদাইনব কৌই।।

**রাহৈদি**

সে-সে (চাওব-চাওবী) নক্তু
নহান, মখৈ পুরক্পা ঙসিদগী নংগী
(নতাঙ নল্লগা) অসিদ, সিন্নরো।।

অসিবগ অচংবগ ঙসি মখৈ ন্নুমিৎ চৈসিং ৭ না
লৈউ পল্লোল, ৭ খল্লবনি। কোমাইহাং, কোমাইথিং,
থিং-খিং-থিংলবনে।।×।।

অসি হায়তুন চৈ-খৈ ৭ চিংগনি। সিব ন্নুমিৎতগী হৌন হনুগনে নবগা চিংগনি। অসিবু মংথোং শিংব কৌই।।

## কোরৌ পাওতাক রাহৈ

নদাইবেম, (চাওব চাওবী) না
ঙসি চৌংচু ঙাংলো খুহা খাবু তান, ফংগ্রে।
মীতাম্ন য়াইফরে হায়গনি।।×।।

রাহৈ অসি হায়তুন অতুম্ন অসিবগী সিংগুম্বগী থৌরম অসি লোইশিনগনি।।×।

---

# লৈহুন থৌরম

## থৌনিরোল

সোম্নপুগী ভরাংদ তাংখল, ১ থানি অতুগী মমাংদ হৈরুক, পানা ৬/৬ থাগনি। মেক্রুক, থাংমৈ, সেন্দাই কংকনি। মিংথৈরেন, সকনি পুয়া লাগনি। ফম্বালদ হৈহুন, তমগনি। মৈরা কংকনি। পৈ কংকনি। অতুবু ৫ নি লৈহুন কৌই।

থৱাই মিকৌবা-লৈহুন, চৎকে হায়ৱগন মফম অতুদ পুং ঈসৈ সক্‌পদ লৈহু লাংলগ সৈ হৌতুনা সক্কনি। সিংগুম, ক্ষম, মনাক্ত ঈসিংন সেংদোক্লগ মফম অতু তাংগ্র ৫ থারগ মংফম দগী লৈপাক, লৈরিক, মতুম, খুৎপিমুক চাওব ৫ তাংগ্রদ থমগনি। হৈরুক তাংগ্র ১ ক্বা তাংগ্র ১ থাংমৈ, মেক্রুক, লৈ, হৈসোই য়াওন থৌৱাই ৫ দা কৎকনি।

খুদৈ অঙৌব অমদ থৱাই ৫ গী মসক্‌ ওইব লৈপাক, লৈরিক, মতুম, ৫ অতুগ, লৈ পবেং অঙৌব ১ গা, পৈসা ১ গা লৈয়োম, ওইন যোম্লগ ওকসম্‌দ পুল্লগ পুং, ঈসৈগী তুং ইন্দুন কারক্কনি।।

## লৈহুন থৱাই মি কৌব
## থৌনিরোল

**মিংথৈ**

উওক, নংবু হ্‌পচ নংবু তাইজগে
ওইথাং য়েৎথাংবু তাইজগে
লিরি লিফোং লৈম য়োইরেন্‌বি,
নিংথৌ চারান্‌ববু তাইজগে
ৱাথ্রৈ সিন্‌হৈবাবু তাইজগে
মুমিৎ লুতম, হৈবা থাব লুতম, হৈব
ৱাথল্‌হৈববু তাইজগে হাউং হায়েং।। + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লুকোই ৫ গী মথক্ত চেং, লৈনচিংবা কৎকনি।।

২। উয়েন, চেংগুম, উচিন য়েন্‌সাব
য়েংখুরৈ তেক, তেক্‌পান, সংলৌ,
ৱাংগন, অকন্‌ব য়েন্স্রাম, নাপাক্‌গ
পোক্লিবিবু ননাইন তাইজগে কুবিয়ু
তৱা তোংমু লিসি থরো য়াইফৌ য়াইসেন,

ঙ্গাক, চাহৌ লাংমান্বী মুরাসি
ফৌরৈ ইরোয়া কৈদেক্পন চিংব পোল্লিবী
হন্সা নন্স তোক্প কাম্ব
সযু লৈরাং মুওক, তাইবং, নমু পোংসেম্ব
অপোক, অসাংপ নংবু তাইজগে
হাউং হায়েং ।।+।।

• মথক্তী মিংখৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লুকোই ৫ গী মথক্ত চেং লৈনচিংবা কংকনি।

৩। লবাই কোইরেন, সেম, নাপা নাখোং সেম,
মিংকাই চাইচি সেম, লাইপক খেল্লাই সেম,
নাখোং নাতোন, নাক্চি, খজাই চাইরুং সেম,
চন্বান ম্নারেল, খোংজি, খৌরি লুখম, সেম,
লুমাং সম্বুম, তান্ফম, খুনিং পাম্বোম, সেম,
খুচেং পুনম, খুবাক, খুপি কারোং সেম,
খুচিন, লৈকা সেম্লিব লাইম্লিংথৌ তাইজগে
হাউং হায়েং ।।

মথক্তী মিংখৈ অসি সোল্লগ চেং লৈনচিংব, তাংগ্র ৫ থবাইরেন, ৫ দা কংকনি।

৪। থিক্বাং থবাং পুক্সিন, হুইথাপ,
খোইজি চিনগোই নুংকোৎ চাকোৎ
লেংয়ান, য়াংলেন, লৈকা সেম,
খ্বাং খ্বাংচেং কোংলৌ সুম্তিন,
কৈশাক, খুক্শু কাংগোই সেম,
খুবাই কপ্লাক, খুবোম, থাংদাং
খোংচেং খ্ মিৎ খোংনম, খুনিং
অসেম, অসা, লাইয়িংথৌবু তাইজগে
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লুক্কোই ৫ দা চেং লৈনচি.লা কৎকনি ।।

৫। উং হুং লম.লেন, মদাইমাদ কোল.গে
কংলৈয়োন, পুংমলোন্দ কোল.গে
থব্রাই হাম্বোইব মিরেন, হাম.চৎপবু কোল.গে
থব্রাই মঙা মিগ থান' তরুক.মক.পু কোল.গে
মি মি-মি, রে-রে-রে, কুক. কুক.-কুক.।।
তোই-তোই তোই, কারসে মপুদ তিল্লসি
হে য়াইবিরেন, সিদব হয়ি-হুয়া হয়ুম.।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ 'লৈয়োম, লৈপুন ওইনা, য়োমগনি।। থোগন.জব মি ১ গী ঙক.সম.দ পুন্দুন" পুথৎলক.উ। স্নুনা' ময়াইদা লা ১ থ'রগ থম.গনি।

৬। হে য়াইবিরেন, সিদব নযুগী মকাইফম,
পাফল, লিলা নিংথৌগী মকাইফম
লম.লেন, কুরুম.চিং সোন্নপুং অসিদ
মিংখৈ তাদন থোদোন[illegible] লোম্ন ঙাইখিয়ো।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ লৈ কৎকনি। মৈরা কৎকনি লৈহন. তমগনি। অস্নুম্ন থব্রাই মিরেন, কোনখৎলকপগী থৌরম লোইসিনগনি,

অস্নুম্ন থৌনি লোইরব মতমদ, লৈয়োম, থোক্লগ লৈবাক মতুম ৫ অহুগ, লৈ পরেং অহুগ, কুরুম চীং সোন্নপুংদ সিন্নহন মথক্কা নাওস্নন, মিংখৈন নাওথেমহন থমগনি। মপু মাগী মসাদা তিন.খিনি।।

য়োহলাইঙৈ মৈতৈ ইপা ইপুশিংন মী সিরগ মথো মঙম, পাংথোকপ হাযবদি-লাল.ন থৌরম, থৌনিরোলবুনি। অদুদি সিখিব মুমিত্তগী, ৫ নি স্নুব মুমিৎত লৈহন,-"থব্রাই মক ঈক্তন" তমগনি। অদুগ ১০ নি স্নুব মুমিৎত য়ুম সেংলগ মুমিদাং লাই-

নিংথৌদ থৌনিজ্জুন হায়জগনি। হয়েংগী ঈরাৎ থৌনি থৌরম, অসি লাইনিংথৌন সোম্ন পুংগী মরাইগী ফম্বাল লাংদ ভাম্ভোইবিয়ু, অসোৱই অঙাম ভাক,পিয়ু হায়ন খুরুমজজ্জুন থৌনিজগনি। অজ্জুব লাইপাও তাকপ,( বার্তোন ) তৌব কৌই। অজ্জুগ ১১নি সুব মুমিৎত লাল্‌ন থৌরম সোরাৎ সোন্‌ব থৌরম অসি পাংথোক্নি।

## থৌনিরোল মঙুংদি

অহানবদ সোম্নপুং ময়াইদা ঈরাংথক্ ১ হাম্না লাৎথোক্নি। অজ্জুগী মতুংদ তাংবল,ভুংফম্বাল্লোমদ অমুক হোংদুন খুৎশা সেংদোক্নি। ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৫ থাবগ মিংথৈ সোল্লগ হৈ, লৈ কৎকনি। অজ্জু অমূক সেংদোক্লগ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ থারগ মিংথৈ মিংলেন, সোল্লগ হৈ লৈনচিংব কৎকনি। অনাইরোন, মিংথৈ সোন্দুন তাইগনি। লৈ কৎকনি। লুক্লেন, কৎকনি।

---

# লাল্‌না থৌরম

## থৌনিরোল,

## লাংপুম, মিংথৈলেন,

হে খোঙয়ুম, শিদবা লাইমিংথৌও —।
( লুরাং ) সলাই, কোলোই ( চাওবা-চাওবী ) গী
মথৌ য়াংগেন,বগীদমক, নদাইরেম ( লুরাং ) দা
পোক,চবা ( তোম্বা ) না লোইদাম, ( থবান ) গী
মাকমৈ ( ১২ ) নি পান,বা ( শগোল,শেল ) মুমিৎ অসিদা
মথক্কী য়াংগেন,জব অশিবু থৌজান, লন,কুবিয়ু হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ লৈ মনা অমা পাইদুন ফম্বালদ, কৎতুন খুৎকাং তরা শোন্দুন থৌনিগনি।।

২। চৌংড্ অতিয়ান পোং-থুগী লরাই লেম্‌ফুদ
থুজিন্ন থাইদুন চংথিয়ে হাউং-হায়েং।।

মিংথৈ অসি সোল্লগ লরাই লেমফুদ সমু থুংন লৈ মনা অমা পাইদুনা কংকনি ।।

৩। অতিয়া মহাক্তি থুংনিংথৌগী তাং অহুম্‌দা থুংঙে
মিংথৈদি খিং-খং রিখিবা কৌই হাউং-হায়েং ।।

থুনিংথৌগী তাং অহুম্‌দ থুংপিন নম্‌গনি অদুগ মাংদ লৈপাক্‌তা উপবনি। অদুগ লৈ মনা অমা পাইদুন ফম্বাল্‌দা কংকনি। ঈরিক কংগন, লৌতন থুংস' সেংদোক্কনি ।।

৪। লরাই কোইরেন্‌, সেম্‌, নাপ নাখোং সেম্‌,
মিংকোই চাইজি সেম্‌, লাইপক খেলাই সেম্‌,
পিন্নুম্‌, পাগোই সেম্‌, নাখোং নাক্‌চি সেম্‌,
নাতোন নাক্‌চি সেম্‌, খজাই চাওরু সেম্‌,
চিন্‌বান নাকচি সেম্‌, য়ারেন্‌ খোংজি সেম্‌,
থৌবি লুখুম্‌ সেম্‌, লুমাং সম্বুম সেম্‌,
তান্‌ফম্‌ তান্‌থোং সেম্‌, থুনিং পাম্বোম্‌ সেম্‌,
থুংচেং থুনম্‌ সেম্‌, থুবাক্‌ থুপি কারোং সেম্‌,
থুচিন্‌ লেকা সেম্‌, লাইনিংথৌবু তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈন চিংব বংদুন থৌনিগনি থুংফাং তরা সোন্দুন ।।

৫। থিক্‌বাংথরাং সেম্‌, পুক্‌সিন্‌ হুইথাপ্‌ সেম্‌,
খোইজি খোইথা সেম্‌, চিন্‌গোই চিন্‌বান্‌ সেম্‌,
নুংকোন্‌ কোংলৌ সেম্‌, চগোং লেয়ান সেম্‌,
য়াংলেন্‌ লৈকা সেম্‌, খুং খাংজেং সেম্‌,

কোংলৌ সুমজিন, সেম,, কৈবাক, কৈবোম, সেম,
খুক্‌লু কাংগোই সেম,, খুরাই কপ্‌লাক, সেম,
খুবোম, থাংতোং সেম,, খোংজেং খুমিং সেম,
খোংনম, খোংথা সেম,, খুনিং মোইতোন, সেম,
খুযা লৈখা সেম,, খুজিন,, মোইফাং সেম,
অসেম্বগ অসাবগ লাইমিংথৌ নংবু তাইজিকে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মিংথৈ অসি সোম্লগ ফম্বাক, মথক্‌কা লৈনচিংব কংতুন থৌনিগনি ।

**থবাইরেল মঙাগী মিংথৈ**

শোংথাংলেন, কোববেন্নে, অপাম্বা মি-কোবানে ।।
থাংজিং য়াইখুরেন,, মাজৌং মি-মি রাংলেননে—।।
রাপুরেন, বাংকোইরেন, থবাইরেন, মঙামক্‌পু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্লগ ফম্বালগী মমাংদ থবাই ৫ গী তাংগ্র লাকোই ৫ থারগা চেং লৈ কংতুনা খুংফং তবা লোম্নুনা থৌনিগনি।

২। খোয়খুম, মঙানক লাইমিংথৌগ কায়থকে হায়তুন
খুজিন, খান্দগী-অং-উং-সন্তরেং হায়ন থোরক্কে
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্লগ থবাইলেল, ৫ গী তাংগ্র লাকোই ৫ দা চেং লৈনচিংব কংতুন থৌনিজগনি ।।

৩। কয়াংলে লাইমিংথৌন থবাইরেন, সারে ।।
ইবুংঙোগী মিংথৈন হংলৈ-সংলৈন কৌই ।।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্লগ ফম্বালদ লৈনচিংব কংতুন খুৎফাং তরা লোন্দুনা থৌনিগনি ।। থবাইলেল মঙাগী তাংগ্র লাকোই লাদ কংকনি ।

ফম্বাল মমাংগী তাংগ্র ৫ অতু লৌথোক সেংদোকপিবে, ঈসিং খিকতোকও। মফম অতুদা অমুক তাংগ্র লুক্কোই ৭/৯ থাগনি অহুগ মথাগী মিংথৈলেনসিংসি সোল্লগ চেং-ঁন কংকনি ॥

## নুমিৎ য়াইরংচা ৭ কা মিংলে।

নুমিৎ তাওহুইরেং অহন্বা, লাইরেল, তাল্দলবা,
য়োই ময়াই, য়োইথোমথোক, খোমথোক, নানৌবা,
য়োইপরেং, পরেং লৈসংবা পাফল, লিল্লা নিংথৌগী
চেংলৌ মিংকোই থোংসারেন, যেৎলমগী
মিৎ নহা য়াইরং চানা য়োইবু লৈমরেন, সিনহৈবীগী
পাইম উনগোই নুংদ পাইসিল্লগ হৈরাং মচা য়ান,
তাওজিং মরু পান্দুন নাওনৌরক্পও, নুমিৎ যাইর ০ ৭ পু
মিংকৌ তম্ন লৈরাং লৈকৎচরি তাইজিক্কু কুদিয়ু—।
হাউং-হাযেং ॥

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ পবে - থোক্ল থাগ মথক্ মিংথৈ অসি সোল্লগ চেং, লৈনচিংব লাইজ ঈসিক কংকনি।

তাংগ্র থাবগী মওংদি

| ফম্বাল |

লাইপাংশ ৮

o
o
o
o
o
o
o
o
o

লাইরেম্বী ৭

o
o
o
o
o
o
o

## থাক্স ১২ গী মিংথৈ:—

হা লোইদাম, থাজ অহন্ব থাদবেং থান্নুংসি,
থযাইবেং, থানৌহোন, কুপসন, কুপ্তুরেং
থানোরেং, তন্নয়াই, য়োইপবেং, পবেং লৈথম্ব,
যাইথুওান, লোইদাম, থাজ ১২ মাদি
পাকল, সিল্লা নি থৌগী চেংলৌ মিংকোই ওইরমগী
মিং নহা যাইরংচা যোইবু নৌমরেন, লল্লেমগী
পাইম উনগোইনুদে চোংসিন খিতুন
লাকল্লু ফিয়ান্দন তাওজিং মক প্রথব
কৈবাং মচা যান নাওনৌবপ ও লোইদাম থাজ ১২ বু
ত ইজগে কু বম্ম হাউং হাযেং ।।

ফম্বালগী মনা দ দা লাকোই লা, লাইনুবা ৭ লাইপাথং ৯ গী পোরিব পাবে ২ অভুদ চে, লৈ লাইজগ লোইনন কংকনি ।।

## লোইদাম থাজগী মিংলেন

১। হে লোইদান, থাদবে, লাইজ তবং থভ্রা
পাবিং লাংসং ইন্নবপ নোংদারেং তনৌব
মানক, যাইব চা ওরা নুকোই কংচরি কুবিয়ু
হাউং হাযে—।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা পরেং ২ দা চেং, লৈ ঈসিন চিংব বংকনি ।।

২। লোইদাম, থান্নুংসি তাংজ সমপোক, মুংগী
থপাল, খোইহৌবৈ লৈমাই থক্ত লাইজ ইচু
লেমলৈ অহনবও তরা লুকাই কংচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী লাইমিং অসি সেংল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ পরেং অনিদ চেং, লৈ লাইজ ঈরিক কাংগন্ন কন্দুন কংকনি ।

৩। লোইদাম, থয়াইরেন, ফৈচৈ কারমব
পাফল, আরিবও থেঙ্‌ লাইয়িবি
তরা হৈকোই কৎচরি কুবিযু হাউং হায়েং ।

মথক্কী লাইমিং অসি সে'ল্লগ ফম্বালগী মমাংদ থারিব লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈ ঈশিংনচিংব কৎকনি ।।

৪। লোইদাম, থানৌকোন, তুবা ডাংসন, চাওখোইব
থম্বাল খোইহৌ লৈয়াইথক্তা ডাংচুনব
ডাংডোই শারিক,প তরা হৈকোই কৎচরি
কুবিযু হাউং হায়েং ।।

ফম্বালগী মমাংদ ডাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা, লৈনচিংব কৎলগ ঈরিক লাইজ বংকনি ।।

৫। লোইদাম, কুপ,সনা খবাই কাইচম্ব
সুংদাই কারন, লাব,প চামেন, মচু মান,ব
লাইরেন, চাওথোইবও তরা লুন্দোই কংচরি
কুবিযু হাউং হায়েং ।

ফম্বালগী মমাংদ ডাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈনচিংব কৎকনি।

৬। লোইদাম কুপ্তরেং তুবি খোইচি লুং
থম্বাল, লৈয়াইথক্ক মযা মরি পানব
লাংগোই সামু অডোবও কৎচরি কুবিযু
হাউং হায়েং ।

মথক্কী মিংথৈরেন,সিং অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ ডাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈনচিংব কৎকনি ।।

৭। লোইদাম, থানৌরেং মুন লাংলোখন,বা
লাইরেন, খোইহৌ লৈযাই থক্ত লুপা মচু মানব
নমু পোংসক, লাইর অতোল, ভান,বও কৎচরি
কুবিযু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কৎকনি ॥

৮। লোইদাম, ইমুংযাই মথেক, ফৈনু কুংসিন-ব পাফল লৈপুনও খোইচৌদৈন থম্বাল, লৈযাইথক্ক চৌংডু খোইনুম, লাইনিংথৌন ভাম্বোইরীবও বংটারি কুবিয়ু হাউং ॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কংবনি ॥

৯। লোইদাম, যোইতরেং মালেম চিংলিং লৈথৈদগী লম-ভৌরকপ সনা যোংকোন-ল্লংগী পাফল চিলা তরা লুক্কোই কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈ কৎকনি ।

১০। লোইদাম, থরেং লৈথম্ব পাফল, চিলা নিংথৌগী খোই হৌরৈ থম্বাল, লৈকা চিসিং পান-বগী লৈয়াই মথক্ক কংলা ফিড়প, অতমগী মপু চৌংডু, মপুরেন, সিদব হে পোক্রেন, পোকনও তরা লুক্কোই কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং—॥

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র ৭/৯ অতুদ লৈনচিংব কৎকনি ।

## থরান মিচাক, ২৭ কী মিংলেন

১। সজিক, ২। থবা, ৩। থাদোন, ৪। থায়াই ৫। সচুং-তেলহৈব, ৬। কথা সাফাব, ৭। চৌংচরোইপি, ৮। চুংসেন-মুপি ৯। নোংথোন্নপি, ১০। নোংথোলাকা, ১১। নোংথৌ-তুরেল, ১২। নোংথৌ সামু, ১৩। সামি অপিসা, ১৪। উপোং-ঙা রাই, ১৫। সনলু য়াংকোক, ১৬। লুবাংসংকোল, ১৭। মোইরাংসংকোল, ১৮। পানপাসনকোল, ১৯। উই-

তোংকোন, ২০। যাবা খুবোম ২১। হাওরৈম ইযোংথাং ২২। মনি মমৌ সিন্‌ফারুবি, ২৩। ওক্‌পুবোই, ২৪। তাও- হুইবং, ২৫। কোরৌন্নবি, ২৬। খোংজোন, নুবি ২৭। তোংজেং নুবি।।

অসিবু তাইজিক্কে কনিদা হাউং হায়েং।।

ফম্বালগী মনাক্তা তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ তন্দুনা চেং থৈনচিংবা কংকনি। থুং-সা। সেংলাক্লগা তাইরবা লোংনা পাইদুনা অতাইরবা মিংথৈ সোন্দুনা তাইনবগা থৌনি মতোন লাওগনি।।

পোবাংকী পোংলম,

ঈবাংফু ২ অথেল্‌পোং ১ চহি ফিজ্জাল, লিক (লুক্‌ন) সমজেং, মিংসেন, ফম্বাল্‌লেন্‌গী থৈফুক, অচৌবা ও ন্দাংদা ৫ ৬ থৈ, লৈ, চেং, থোইদিং, তিংথৌ, লেক্রুক থামে। সোঃ পুংগী ইকম, মখোং ৯ গী কা তাংগা ৯ থৈকক ৯।

ফম্বালগী পোংলম,

লাইফি ফৈজোম, ১ কোযেং ১ ইন্নফি ২ লাইফি ১।
থক্‌থন, অতৌব ১ চুকচিবা ৪ নাফু ৪ য়ান্‌ খর।
চু পাম্বী ৪ অসিনচিংবনি।।

---

# লুক্লেন কংপগী
## থৌনিরোল

### মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ পোক্লেন, পোক্‌প সাংলেন, সাংপ
হয়ি লাইমরু চীংঙ্‌ য়াইবিরেন, সিদব
অ সন্তরং অতিংকোক, লাইয়িংথৌ

মিংথৈবেন্দি হযি স কৌব অমম্ব সিদবও ।।
লাইযিংথৌ মিংথৈরেন্দি—উং-সং-য়েং কৌবও ।।
নদাইরম্ম তবা লুক কোই কৎচরি ।।

মথক্কী মি থৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈন চিংব কৎতুন পাও তাক্কনি অতুবু লুক্লেন কৎপ হাযন খনৈ ।।

লুক্লেন কৎপ হাযব অসি থোংলি থাক্লিব চাক য়েনসাং খোংলোইন মপুদ পুল্লগ কৎকনি। মপুগী লুকমবু তাইবঙ ঐখোযন ফংগনি। অহানবদ—"কসা নোংথৌ" গী সক্তক খবা লা মচেৎ ১ দা চাক যেনসাং মসিং স্না হাপতুন চীথৈ পাংব মাইকৈদ কৎথোকপিগনি ।

চাকলুক থাতুন লুক্লেন কৎপ তাবগন - লাইনিংথৌগী লুক ১, লাইরেম্বীগী লুক ১, লুক অনি অসি ওনসম্নতুন চাক লুক থাবগ কংকনি। অতুদ অপুনব ওইন অমা খক্তা কৎকে হাযববস্ত যাই ।।
লুক ও কংকে হায়বগন মওং অম্মম্ন থারগ কৎকনি ।।

অ-সম্ভবং ।।
O লাইরেম্বী ।।

উং সং-যেং ।।
O সিদব মপু ।।

হযি-স
O লাইনিংথৌ ।।

---

# মৈরা কৎপগী

## থৌনিরোল

ইরিক ঈসেং লৌতুন ঐগী হক হান্ন সেংগনি। অতুগ মৈ হৌগনি। ঈরিক লাইজ কৎতুন, "মেলাং" খোইজি খাদ ফমশিবি ইমালেম্স্ সিদবীবু নিংসিংতুন লৈরাং কৎকনি।। ফম্বাললেন

তাইবং মপু সিদবদ, ঈবিক লাইজ মৈরাং ৩ লক লৈ, কংকনি। মথং মথং ফম্বাল লাংদ লৈ কংকনি। লৈ-কংপ লোইরগ মৈরা মুথংকনি। মুথংপ মৈরা অদু ফম্বালগী খারোমদ মমাই অরাং ওন্থুন থমগনি নাহৈ ফুগী ঈসিং, তাইরেন মনা লুপতুন মিংথৈরিব অমদি মিংথৈ ত বিরিব পুম্নমক্ত ঈরিক লাইজ থিকথবিগনি ।।

মিংথৈলেন

উং মালেম, লৈসনা লৈহিংবি
সেক্লিং য়াফম, ফারিবি
উন্দুবি পুক্লিং তপ্লবি
তাইবং হিথাংফম, ওইবিবি
উং লৈহিংসু লৈনপ্ফা
লৈরাং লৈকং তমজরি
খাম্বী মৈক্রেং অরাববু
মৈরা থৌগনজগে, পিনবিয়ু ।।

মথক্কী মিংথৈরেন অসি সোক্লগ, মৈরাগী যম্বালদ হেন্দ লৈ বংকনি। নোক্লুরু য়াইফ থৌনিজগনি ।।

মৈরা কংপ মতমদ পাইহুন হায়রগ কংকে হায়রবদি য়েং-ওইনন তরেং লক হায়ব যাই। নুভগ ৯ লক হায়ব য়াই অদুদগী তেন্ন হায়হুন কংপ যাদে। মিংথৈ তাবিরিব লাইনিংহন্সিং মিংকুপ থরদং লেপতুন খুংফাং লোন্দুনা লাইয়িংথৌবু নোক্লুকনি। ফম্বালদ লৈরাং লৈহুন তমগনি ॥

## মৈরা কংপগী পোৎলম

কম্বী ১ হৈরুক, ১ কা ১ মেক্রুক্। মৈরা ১+৩+৫+৭+৯ ১৮-নত্রগ ১০৮ কংপ য়াই। লৈ খরা, সেন্দাই ১ লৈ পরেং ১ ফম্বালগী লকোই লা তাংগ্র ১ তাইরেন, পুংফাই, ঈসিং, ফম্বালগী খুদৈ অঙৌব ১ অসিনচিংব চংগনি ।।

মিংথৈ মিংলেন সকপ লোইরন্দাইদ-অরাং পুয়েন্না পংথৈবং, ঈসৈ সকপ, পালা, মিংথৈ তাবিরিব পূন্নমকপু অরোইবগী মৈবা লৈবাং ওকপিগনি। ঈসৈ সবপ, পুংথৈব, পালা লেং-নম কুপপিগনি। অমাইব—"কুন্নম হুগুব, লেং-নম কুপবনি। মিংথৈ তাবিবিব, তাবিরিবি পূন্নমক ঙকংসেন কংপ লোইবগ সোন্নপুংগী মযাইদ ফম্নাল থক্ত ফমদংবিবিব "লাইয়িংথৌ সিংবব্" মৈরা থৌগনজগনি।। পৈযা পাৰ হনগনি।।

## ঈরাকফূ ফূৰপগী ৱাহৈ

হে চিংঙু খোইসুম, লাইহিংথৌ নদারেমগী
ঈবাং থৌনি লোইঙ্গরে হল্, ৱাইখরো হল্, ৱাইখ্রে
হযি হাযা হন্নম—।।

মথক্তী মিংথৈ অসি সাংলগ ঈবাংগ মমাংদ খুদাক ৩ লক হুবগ ঈবাংনগী লৈ ১ সফাই ১ লৌখংলগ চীংথৈ পাংবদ থাদগনি। ঈবাংদু নাক্তাক্কনি। পাফলগী অৱাংদ থমগনি। চুকচিবা ৪ খাক্তাকপিবগ চীংথৈ পাংন থাদগনি। অম্নম মেন উরেপ সু যুকপ মংমদ লোংখ্রৌ চন কুগ চীংথৈ পাংন থাদগনি, চীথৈ যাইদু নিংথোদ সিন্নগান।। অযোন খবান ঙাকপিযু হাযজগনি।।

---

# কুওনগী ফিরোই

## থৌনিরোল

কুমওন ফিরোই থৌনিরোল হায়বদি—মৈতৈগী চংনবিদ মী অমা সিখিব থবান, মসিং মুমিং—অহুদগী নোংম নোংমগী পাখংলকতুন "মকুম মথা ওনখংলকপ হাইবদি-সিখিব থা" অহুগী খবান, মুমিং—অহুন তাব থবান, মুমিং অহুদ লাংহৈ কুমসিং কুমওন অমা সুবে। মুমিং অহুদ কুমওন ফিরোই থৌনিরোল পাংথোকই। অহুবু কুমওন ফিরোই থৌনিরোল কৌই।।

মীওইব ঐ.থায় অসি থা ১২ না চহি অমা স্নবগা তাইবংদ, লাওন ফাওরকই। সিখিবস্মু মপোক তানখিবনি। সিব নুমিৎ-তগীনা থা ১২ চহি ১ সুবা নুমিত্ত ফিরোই থৌ-বু তৌবিবনি।। অতুগী মরমদি-পান্থৌন থাজ ২ ঈপল্লে। পপেম্ম থাজ ১০ ঈপুরে। থাজ ১২ ( চহি ১ ) স্নবে। লাকযেন ফিযাম্লকপদগী থাবুম ফারহুন তাইবঙ লমজাও ফাউবকপ, লাকযেন ফিয়ান লোইরে হায়বগী ফিরোই কৌই।।

মীওইবগী হকচাংদি-সিব নুমিত্ত পোংথাব ওই। অতুগ থবাইদি পোংথাব লৈতে। সিখিব মী অতুগী থবাইন অনৌব তায়মঙ হকচাং অমদ কাইদোংখিবহুন থা ১২ সুবদ পোকখ্রে। মরম অতুন নৌন তাইবঙ মপোক তাল্লক্লিব মী অতুগীদমক, যাউষ্কব তাইবঙ মপোক ওইহনবিয়ু হায়ন তাইবঙপানব মপুগী মফমদ থৌনিহুন-তরা চাকলেন কংতুন ফিরোই থৌবু তৌরিবনি।

## থৌরম থৌনিবোল পাওতোক

সোম্নবুং ময়াইদ ফম্বাললেল অমা সেমগনি। থকখন অমা খনগনি। অতুগী মমাংদ ঈরাংফু অমা লাংকনি। অতুগ ফম্বাল অমস্তু থাগনি। হৈরুক পানা ৬/৬ কংকনি। মেক্রুক-থাওমৈ কংকনি। ফম্বালদ 'লাংপুম, মিংথৈলেন'' সোন্দুন হৈরাং-লৈরাং কংকনি। পলেম উনগোই নুংগী থাজ ১০ পম্থৌগী থাজ ২ লোইদাম মকুম, সাগনি। লোইদাম অহানব, লোইদামে য়াই-খুতোন অনিবু মৈন রাই তাংন সম্ন সাগৎলগ, থৌরাইবু মপোক লাংওন অমা তম্বীরে হায়ন নিংহুন তেবানব মপুদ য়াইফ থৌজান পিবিযু হাইন হৈরাং-লৈরাং কংতুন থৌনিগনি। মৈরা কংকনি। লৈ কংকনি। তরা লুক্লেন কংকনি। অসিবু ফিরোই থৌনি কৌই।। অরোইবগী থৌনিরোন্দ মথাদ ইরিব মিংথৈরেনসিং অসি সোল্লগ লোইশিনগনি।।

# থৌনিরোল মিংথৈ

১। হে লোইদাম, থানিংথৌ থাজহন,
তাইবংগী অফ-ফবা পুন্সিরিব
সাচিংলাবরেন, তাই কোংব
লৈথোং ফাংন লৈসেম, নোংসেঙ্গীবা
ডসি কেরৌ নুমিং ( ইরাই ) অসিদ
থৌরম, থৌদোন, লোম, কোংয়াং ফিরান, কং
পামল উকাং তোংলে তাইবঙ, থৌদোন, লোমলে,
যাইবি মীপোক, পানবদ সাগৈ পীরুকনুংদ
নোংদম, পিয়ু হে যাইবিরেন, সিদব নঙব
ইবাং থৌনিজরি হাউং হায়েং ।।

মথক্তী মি থৈরেনসিং অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ থারিব তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা লৈনচিংব কংকনি।

২। হে লোইদাম, যাইথুংতান, লৈথম্ব, তাইবঙগী অতেক, অনৌ
পুন্সি নুংসাং অনৌব কুমব নোংসি নোংদমব
হে খোইযুম, তাইবঙ, থবাই সিংগুমখিব অসিগী
পারোই পুরোই থৌদোল, লোমলে, মীপোক, য়াইফব
অনৌব লাংওন, য়েঙ্গিং লৈহুন, তম্বীয়ু ননাই এনা
হৈরাং লৈরাং কংচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্তী মিংথৈ ডসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ থারিব তাংগ্র লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কংকনি। থাজ অনি অসি খুম্ব লোইরবদি থৌদোন লোমলে ।। অরোইবদ অতাইরোন সোন্দুন তাইগনি। ফম্বাল মমাংদা মৈরা কংকনি। লৈ কংকনি। লুরেন কংকনি। মতাং অসৈদ ফিরোই ফিয়ান লোইরে ।।

# চোং-সেকপিন-ফিরান-থকখন-কৎশগী

## থৌনিরোল

কৎলিব অদুগী মখোংদ—হৈকক ১, পানা ১, সেন্দাই ১, লফোই লকাং চং থোকপ ১, হৈ মনম নাইব ১ লৈসং, সনা, লুপা কোনজাই হুন্দুন মখোংদ, মেক্রুক, থাওমৈ, লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি ।।

### থৌনিরোল মিংথৈ

হয়ি-হয়া-হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
চৌংথু ভাংলৌখাদ ননাই অসিন
কপযাং তয়াংগে ( কবোলাক-মযাংলাকে )
ঈপাথোই-ঈপুথোইগী, অহোং অচংগে
ওসি লোইদাম, থাজ ( লাংবল, ) গী
মাকমৈ ( ৮ ) নি পানব কোয়ৌ ( সগোলসেল ) সুমিংকী
য়াইফ পুংফম, অসিদ সঙ্গাই ( মণ্ডাং ) দা
পোকচব ননাই ( চাওব-চাওবী ) না
চৌংথু সিদবদ য়াইফ থৌরমগী (কৎলিব পোৎকী মমিং পননগনি)
কৎচরি ! তাওজিং-হৈরাং মস্থংনে, তরেৎ সেঙ্গা
সিঙেন, লৈরাং তোংদম, লাক পূন,
লৈরাং খয়োম, সান চৌংথুসনা থুয়াখাদ
কৎচরি হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈরেন অসি সোল্লগ চোং-সেকপিন অদুগী মখোংদ লৈনচিংব কৎকনি ।।

২। হে পাফল, নাংমুব মার, উরিব
সম্থোং সেললুংব অখোম, সিংউৎয়েন,
সম্থোং আইময়েন, নারবস্থু সিদয়েন,
সিরবস্থু পুমদাব চাখাব য়েন,
মোরি সম্থোই চৌংদ পানব য়েন, বু

সিংঙেন, লৈবাং লৈপুন, চায়'ম সান
চীংঙ, সনা খুযা খাদ সিংঙেন, লৈচিল্লম্‌গে
কুবিয় হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ চোং-সেকপিন মখোংদ লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি ।।

কুমওন্‌থো ফিবোইগী ওইন কৎচবা ওইরবদি মথাগী বাহি অসুম্ন অমক চাযদন চোং-সেকপিন মখোংদ লৈ কৎকনি। সনা লুপা কোনজাই থাগনি।

## হ্রাহৈদি

হাকুম, কুম্‌জাগী ( পোইন্ন ) থাজগী
মাক্‌ম ( ৮ ) নি পান্‌ব কোরবা ( ইরাই ) মুমিৎতা
নোঙাখিব মজাক্কী, কুম্‌সি চক্তিগী ( পোইন্ন ) গী
মাক্‌মৈ ( ৮ ) নি পান্‌বা ( ইরাই ) মুমিং অসিদ
কুম্‌ওন, থৌনিজব অসিদ চীংঙ নোংথৌ সোরারেন,
অবাং পাখং যোইরেন্‌ব, কোন্নৌ থংবা নোংনিংথৌ
চীংঙ মিংযেং পানচম্ন কসা মানাংথৌ সিদবগী
ঙাংলৌ খুযা খাদ লৈবাং খযোম, তোংদম, পুন,
পান্‌কৎচব চীংঙ যাইবিরেন, সিদনন
লৈবাং লৈনম, শৌশিন্‌বিয় হাযন, ননাই ঐন
চরৈ ঙক্ক যেং- মালেম, লৈদ তান
কোংযাং চৈক্ত থাবগুম, চীংঙ ঙাংলৌ খাদ
পুনে্‌জরি হে লাইনিংথৌ কুবিয়
হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ চোংথেংদ লৈনচিংব কৎতুন থৌনিজগনি ।। অতাইরোন্‌ সোন্দুন থৌনি মতোন, লোম্‌গনি

নিংসাগী থেংচং যেংন উরেপ তমগনি মেন উরেপ তম্বদ চৎনরিব চৎন পথাপ অতু চপ মান্নে অসিম্ন ।

# লাইনিং খুদা মাপলগী

## লাইতিনকোন

নহাল নোং অতিয়া সিদবন তাঁকপিরম্ব লাইনিং পরৈ মতুং ইন্ন লাইনিং পরৈ চেৎথ্রব লাইনিংহলসিংগী থোৱাই য়াইহিরেন ৫ মক্ত উমংলেন মাপন্দ'হিরি'' কোন্ন লাইনিং পরৈ চেৎন মপুগী ঙাংলো খাদ তিল্লুক্রখিব, ৱাবু, হয়া লাওন মখাদ-উমংলেন ( ৯ ) মথং মথং ইজরক্কে ।।

## চৌংখৈ য়াইমরু উমংলেন্দা

হয়ি চক্ত-অতিয়া সিদবন নিংথৌ কাংবদ তাকপিরম্ব
লাইনিং পরৈ খোইয়ুম, লাইরোন, অহক,পবু, থম্বাল, লেম ফুরেন্
পাম্বী কিংনাইবগী লাইনিং মরম, চংপু চৌংঙু সিদবগী সনা
মথোংখাদ উনবী পুক্লিং চংন নিংথৌ কাংবদি চৌংখৈ
''য়াইমরু'' উমংলেন্দা—
'হয়ি হৈরোম্ক সনা মিংলেন, য়াই''
হৈরু লিকোই মিংলেন, অসিবু
ওন্ন ওম্ন চংনা লাইনিং পরৈ হৌঙম্য়ে ।।

## ২। মিমরি উমংলেন্দ

নোংমাই চৌংসাদ কাংবগী মপারি তারি লৌসিংবদি
হয়ি চক, লোম্ব ফাওব —''নোংপোক, মিম্রি'' উমংলেন্দ
লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। ৮ ।।

## ৩। থম্মরি উমংলেন্দ

ৱাংব্রেনগী মহৌ চৌংদ— তারিগী মপারি সকাপ্রদি,
মৈরম, লাইজি ''থম্মরি'' উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ
চেংখিয়ে ।। ৪ ।

## ৪। লিমরি উমংলেন্দ

সাকাপ্পগী মপারি, ৱাংকাপ্পদি, খা থংব-"লিমরি উমংলেন্দ হয়া-লাংব চক, মতোন্ লোম্ম লাইনিং পরৈ চেংখি ।। X ।।

## ৫। অমরি উমংলেন্দ

ৱাংকাপ্পগী মপারি নিংথৌ কক্সু তোলোংবদি সম্বোং লাইজি পাংব "অমরি" উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। X ।।

## ৬। নির্মরি উমংলেন্দ

কক্সুব মপারি তোংগোম্বদি— নোংচুপ, থংব নিম্মরি উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখি ।। X ।।

## ৭। সিমরি উমংলেন্দ

পিতিংকোই মপারি লাম্বী চাদি—লিরম, লাইজি পাংবগী "সিমরি" উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।

৮। তোংগোম্ব মপারি পিতিংকোইদি – লৈপাক নীয়াম, পুম্নমক্ক লোইননা উমং নিপান, মক্ত লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।।X।।

## ৯। অৱাং হিমরু উমংলেন্দ

লাম্বীচাগী মপারি সোপাইবদি—অৱাং হিমরু য়াইমরু, উমংলেন্দ খুমুংচক, লোইগদোব ফাওব লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। X ।।

অম্মম উমংলেন, ৯ অলিদ লাইনিং লাইসোন তৌরমই ।।

# ঈরুম্ সংলেন্ থৌরম্

ঈবম্ সংলেন্ থৌরম হায়বদি — চীং তম অনিগী তৌন চৎন থৌবম লাইনিং মিংথৈরেনবু তাকপি তম্বীরম্নিব অসি লাইগী মতমদ ক্ষিবগ চৎনগদব থৌরমসিং অদু খংহৌনবগীদমক্ত মরোংখোংদ "সল যোংমান" সনতুপ, ওইন মপুন সাই-ওল্লগ তাওথবকপদ কোক্সিরেঁন পাখংবন লোকচবগ থৌগন্দুন সনবু খাম্বা মথারগ মাথা যংগেনব তাক্কন্দ্ কংল উঞা মংদ "ঈবম সংলেন" (সংকুপ্তান) থৌরম তৌখিবদবু থোংডাক হুকপ্পন্ নিংথৌ নাওখম্ব হাক্কক্ত। ইন্তুন চৎন পখাপ অসি থম্লম্মী ।।

অম্মুম হায়বম্মী "ক্রয়ো হক্ক" কৌব লাইগী চাক্ত মহাক্নী হক্চাং কযাংগী "হীপুং য়াইপুং-হীমক যাইমক" পুথোকতুন তাইবঙ কুমৈ সান্নহনখি। লৈমা ৭ না সৈসকখি, লৈসেম জগোই সাখি লৈতোই জগোই সাখি, নোংতাই জগোই সাখি, লৈনেৎ জগোই সাখি। লাইপাখং ৯ না সৈথুমখি ।।

অসিগী মতুংদ—লাংতে পুং পুথোকখি, খোইয়ুম লৈবোই নিংথৌ - সনা মহিন লাংতে হুং যৈখি। অসিগী মতুংদ অমুক রাংলেন নাহা পুং-দিংবন বাংন সাব পুং পুথোকখি, পোম্বী লুরা-ওবন যৈখি — ।

অম্মুম মপুগী কুমওংদা পোম্বী লুরাওবন পুংকোক ওই। রাংগ মাইখোইনবন তুং ইল্লি। সেম্রেং পাখংবন অসৈব। লাই-নিংথৌ হনবন সৈওকপাদ ।। খম্লাংবন খোল, পাংবনি। মুরা নিংথৌন লিমৈবনি। অম্মুম থৌগনখি ।।

মৈতৈ পুং অসিদি ব্রাংলেন নাহ পুংতিংবন—ব্রাং-উ উকক, অমন মৈফগন মৈফেবোম, খুক্ লু কাংকোই মথং লৌতুন পুংগী সক্তম মেয়গ সন যোংমানবিগী মউন মরু অমসুং মনাও তিংতুন পুং মৈথোয় ।।+।।

## ঈকুম সংলেন, মখোং মাপন্ গী লাইমিং

১। মিংলগ্—থাংজিংগী মখাং মনাক্ত—ঈকম, মপু ফমে লাইযিংথৌনি। মথং পুন্সিবন থৌগল্লি, মঙাংগী মমিংদি—ঙাং চিবিক, বৌই।। × ।।

২। মেন্ উবেপ, মথাই ফম্লাললেল্ দি-তাইবঙ মপু সিদবনি ।। চী সাং খোইবেন্ খোইতিগুম্ব চেম্বরিবনি। মঙাং সলাইনি।

৩। চৈথ পাংব মখোং—ক-লাইয়িংথৌনি, খাব সলাইনি ।। মাজিংন থৌগল্লি। মুংসিং অথুম্ব পুরি ।।

৪। নোংপোক, পাংব মখোং—ঙং-লাইয়িংথৌনি। চেংলৈ সলাইনি। মুংসিং ওইনম্ব পুরি নোংপোক, পান্ থোইবন থৌগল্লি।। ×।।

৫। মৈরম্ গী মখোং—ন-লাইযিংথৌনি। খুমল, সলাইনি। ব্রাং-ব্রেন্ন থৌগল্লি—থম্ মুং অমাইবনি।। × ।।

৬। মশাগী মখোং—ম-লাইযিংথৌনি। উসা সলাইনি। মুংসিং অচিক্প হুম্লি।। × ।।

৭। নোংচুপ্ কী মখোং—য-লাইয়িংথৌনি। উরোক্ সলাইনি। মুংসিং অথিন্ব হুমলি থম্ মুং নোংঙাবেন্ন থৌগল্লি অমাইব ফমফম্লি ।। × ।।

৮। লিক্লম, মখোং-পাফল, লাইয়িংথৌন পুরি। অঙোম সলাইনি। মুংসিং অতপ্প হুম্লি ন-লাইয়িংথৌন থৌগল্লি।।×।।

৯। অরাংগী মখোং-হ—লাইয়িংথৌন পুরি লুবাং সলাইনি। মুংসিং মনম, মুংসিব হুম্লি খোইয়ুম পুরৈহন্বন থৌগল্লি। থায়োন্ গী পুক্লিং মঙা হুম্লি ।।

## অরাং পুরেন, থৌরম,

অরাংপুরেন, হায়বদি-থৌরম, অতুগী অচংব পোৎলম, অরাংপ লৈতন পুথোক,প, সিনবি লাংবিবগী থৌরম, তোবিরিব অতুবু অরাং পুরেন,—কৌই ।।

ইহান, হেক, হান,বদ মাংলম,চৎত, অরাং পুরেন, ফম্ব হৌখিব অসি মুরাং ঈয়ু পুন্সিবন ফম,খি । লুরাংগী মিংলেন্দি–চিরিরিক, কৌই ।। কৌরু নি ।। থোংঙাক,প-থোংঙাবেন্দি-রাংব্রেন্নি । খুমল সলাইনি । মমিংন—উম,চিরিক, হায়ন কৌই ।। লৈ-য়েন,বদি-লাইরেম্ম তোন,বিনি মমিংদি লৈসরা কৌই ।। ক,-য়েন,বদি-লম,লৈমনে । মমিংদি হাওদংখুবী কৌই ।। অচা অথক,য়েন,বদি চীংখৈ য়াইফু নিংথৌন অচা অথক, য়েল্লি ।। × ।।

## রালহৈবি-রালহৈব থোং থাকপ লাইরেম্বী ৭ কী মিংলেন্নি

নোংম-নোংমগী চাক থোং-থাকপিরিব অসি লাইরেম মকোক্ল অরাংদ পুরি, অরাংদগী হৌবনি । অরাংদ চিংঙ্গুনে । অঙ্গম্ম নুমিৎ ৭ নি সোইন, খন্ন সেম সাতুন থোংলক,প লাইরেম্বীসিং মথং মথং কাইদন মথাদ ইরি অসি খংন নোংমগী পূরিব লাইরেম্বীবু থৌনিজরগ চাক থোংলবদি সোইব হৌনদে অসি খংন চাক থোংউ সেল্লো ।।

থোনিগী পোৎলম-হৈরুক, ১, পানা ১, মেক্রুক, থাওমৈ সেন, দাই ১, তাইরেন পুংফাই, লৈ চেং, থোই-দিং অমুব খরা । নাহৈতুন থৌনিগনি, কাসাদ চেং খরা-লৈ খরা কৎলু ।।

# রাজ্যৈহবী – চাক্‌থোংব
# লাইব্রেরী

১। নোংনাইক্লিং লুমিৎত—
চিংনু লাইব্রেরী থাংগু থোংদগী ঈসিং সোকল্লগ চাক্‌ থোংই। থোংনবগী পোৎসিং অদুদি আতৈয়া সিদবদগী লৌই। হিংবমন পৌগল্লি। ×।

২। নিংথৌখং'ব লুমিৎত
লুমিং অসিদ "থমহুন" কোক্‌ থোংদগী ঈসিং সোকউরগ চাক্‌ থোংই। থোংনবগী মচাক্‌সিংদি অসিনদগী লৌগনি। মদুদ য়াইরৈনন থোগন চংই।

৩ লৈপাক্‌পে কপ লুমিৎত
"থমহুন" চিংগোই রোক্তগী ঈসিং সোকউরগ পাথংবদগী পোনব পোৎসিং লৌরগ চানব চাক্‌ থোংই।

৪। য়ুগসকৈস লুমিৎত
"অহমহুন" নিমবেনদগী থোংনব পোং লৌরগ খাব ঈদগী ঈসিং সে বতুন চাক থোংই। অদুদ য়াইপোকপীন থোগন চৌই ।। ×।।

৫। সগোলসেন লুমিৎত
লুমিং অসিদ "অরৈম্নুন" চাক্‌ থোংই। অরৈম্নু লাইরেম্বীন লুরাং ঈদগা ঈসিং সোকউহন থোংই। থোংনব পোৎলম্‌দি লাইখুরেম্বীনা পুথোকখি। মহাক্কী থৌগন চংবনহিংকুবীনি ।। ×।।

৬ ইরাই লুমিৎত
রাইখুরেম্বীদগী ঈসিং সোকউরগ, নোংথাংলৈমদগী থোংনব পোৎ লৌরগ "অরৈম্নুন" চাক থোংই। মহাক্কী থৌগন চংবন য়াইকুবিন চংই।। ×।।

৭। থাংজ নুমিৎত

"তোম্বাংম্বন" চক্‌প ঈদগী ঈসিং সোক্‌উরগ, চাব থোংখি। চান থক্‌নব পোৎ মখৈম ইমোইনুদগী লৌথুনা থোংখি। চাক্‌ থোংব অসিদ যাইসনান থৌগল্‌ চংখি।।×।।

## থৌনিরোল মিংথৈখলেল্‌

হে-ইমা (০০০) -লাইরেম্মা ভুসি নংাই নৈহাক
তবা লুরেন, হৌজগদৌবিব, "থোংগদৌরিব" অসি
ইমানা অকাই অতোই যেংসিনবিয়ু তাকপিযু।
ননাইগী থৌরম, অসি যাইফ লল্‌কুবিরম্মু।
খুৎফাং ১০ লোন্দুন থৌনিজগনি।।×।।

থ্রেকেৎন কোইসল্লিব অসিগী খুদমদি হুমিৎ অতুদ পুব লাই-রেম্মাগী মনিং হায়দুন থৌনিগনি।

---

## মিংথৈ তাবিরিব লাইনিংহলসিংগী

ফম্‌ফম্‌

সংলেন (মান্দোপ) মযোনগী অকোইব চিথেক মরিমক্ত ফম্লিব মিংথৈ তাবিব (ভাবোক) অহনসিং অসি মসক মওং খংদন ফম্ব য়াদে, লাই ওইবসিংগী ফম্ফম্নি। ঐ মসক খংন লাইগী মহুৎ মরেং সিন্দুন ফমগনি। ফম্ফম, অতু লাইপক কৎতুন ফমগনি মায়কৈ মরিদ ফম্লিব লাইসিংগী লাইমিং মথং মথা ইজরকে।

## ১। মোইরাং লাইজিদ ফম্ব

থাংজিংনা মকোক্ ওইতুন ফমই ২। থাংজিংগী মথংদ কোংলৌতোন অপান্‌ব, ৩। নাওহন্‌ব ৪। তাওথিংমাং ৫। ইকোপ নিংথৌ ॥ ৬। লাইনিংথৌ অচাংব ৭। য়াংগোই নিংথৌ ৮। তুবু চীং নিংথৌ ৯। লাইগজেং ১০। রাল্‌মুব হায়রিবসিং অসিনি ॥

## ২ থা মৈরমদা ফম্বা

১। থারৈদ-রাংরেন মকোক ফমই ২। মহাকী মথংদ থাক্‌প ৩। লুৱাং ৪। পুরৈরোম্ব ৫। লাই সোরারেন ৬। নোংপোক মৈয়াং নাহ সলাই থেম্ব ৭। য়োইমোংব ৮ খোংব নিংথৌ ৯। বুপজেং ১০। রাইকাক্‌সরিব ॥ হায়রিবসিং অসিন ফম্‌খি ॥ X ॥

## ৩। নোংপোক চীংথৈদ ফম্ব

১। মাজিংন মকোক্‌ থংতুন ফমখি ২। চাথাব ৩। লাংবুন্‌ নিংথৌ ৪। সম্‌বুম্‌ নিংথৌ ৫। থরারেন, ৬। উকোং নিংথৌ ৭। পোইরৈতোন খুন্‌থিব ৮। পুরাংগোহ মথোইসিং অসিন ফম্‌খি ॥ X ॥

## ৪। অরাং কৌব্রুদা ফম্ব

১। থাংমাইদ-কৌব্রুন মকোক, ওইতুন ফম্মী

২। মথংদ কোয়ৌহন.ব ৩। লোযারাক.প

৪। বাখারাক.প ৫। অরোন.মুং ৬। ঈসিং চাইব

৭। মোংবাহন.ব ৮। ওক.সুরাক.প অসিনচিংব

ফমখি ।। × ।।

মপূগী খোঙ্লাও হায়বদি-সংলেন. ( মান্দোপ ) মপুন নত্রগ অসৈবন সকপ সোনব হৌড্রিবৈগী মমাংদ হৌনবগীদমক্ত মপুগী সৈংহৌ বুম.-তম.সৈগী মিংথৈ অমা পিত্নন হৌদোকনি ।।

## রাইংদি

ঙসি য়াইফ ন্নমিং অসিদ চৌংদ্ধ ইবুংঙো

খোইযুম. লাইরা অহক.প লৈন্নুং নোংথোং

নোংলাও সৈদু-মিনা রাই তাংন সম্ন রাংলেন.

পুংখং তৈ, তরেৎ সেন.ফাং য়ৈন হয়ি-হয়া

মিংথৈরেন. সক.প সোন.ব হৌরসে-য়াইফরে ।

রাইং অসি সংলেন মপু নত্রগ অসৈবন হায়ব লোইরকপ মতমদ ইশৈ সরুদব মীওইসিংন রাংলেন. ফুংখৎতৈ তরেৎ সেন্ফাং য়ৈন সক.প সোন.ব হৌগনি। × ।

# সোন্নপুংদ—ফমলিব

## মাইব

কুরুম হন্তব পিনাইব কৌই ।। মফমদি মেনউরেপ পাব লাংজৈ হায়বদি অরাং থংব লকাদ ফম.গনি অতুবু মাইব ফম.ফম.

কৌই। অদুগ মাইব ফন্‌ফম অসি ৱাংব্রেন্দসু ফম্বী অদুন খম্‌নুং মাইব কৌই ।।

অসুম্ন থোৌরম অদুবু পাংথোকখিব অমাইবদ-ঐখোয়গী ভমজব লৈব ফিজোল হোং, তরেৎ সেনজা কৎকনি। অদুগ অমাইবন ৱা পাংথ ৫ পুসন্‌না পুং য়েবদ ২, অসৈবদ ১, সৈজকপদ ১, থোন্‌পাংনদ ১ মখোই ৫ দা থবাই মঙাবু ৱা পাংথ অমমম্‌গ লোযনন সিংজন্নবী য়াইবা অদু অমাইবন অসৈবদ সিন্নগনি। অসৈবন ঈরুম, মপু অঙিংলদ লুক সিন্নগনি। ইকুম মপু অতিঙোন চীংজু, মপুরেল, সিদবদ থিনগৎকনি ।।

ৱাহৈদি

হে লাইনিংথো মহাক, কৌন লাই
নিংলেন্দি ইহাক, কিন্‌চিন্‌ কৌই ।
লাইরন্‌লেন্দ তিন্‌হন্‌বিয় লাইয়িংথৌ ।।
হয় হয়া হযুম্‌ কোল্লো ।।×।।

অসুম্ন পোৌদোন্‌ লোম্‌গনি-মৈবা কৎতুনা থোনিরোল্‌ লোইসিনগনি।

---

# মেন্‌ উরেপ্‌

## হুন্‌ব

মেন্‌ উরেপ্‌ হুন্‌ব হায়ব অসি নহান্‌নোং হয়িডৈদ তাইবঙ, পান্‌ব মপুন মালেম্‌ অসি সেম্মগে হায়ন পাইম মুংদ নিংখিয়ে। মপুন লাংসং থারে, লাংসংদগী পরিং হুল্লে, পরিংদগী - কৈচৈ

কাবন্‌, লোৌরে। ফৈচৈ কারল্‌দগী মেন্‌, উহৌ উরেপ্‌, লেপ্‌কে হায়হুন, সেম্ন উয়ুং ওইন ময়াইদ য়ুংঙে।। উয়ুংগী মথক্ত খোং ক'রন্‌, চন্ন ফম্ন, অদুগী মথক্ত কাপ্‌তু ওইন লোংলে। কাপ্‌তুদগী মালেম্‌গী লৈচি ময়াদ চুক্‌সেন্‌ ফুরে।। কাপ্‌তু হুইরেন্‌ থারে। লৈবাক মরা তারে। ফা-কুং-কাগুপ্‌, লৈবাকস্থ মপুং ফারে। মালেম্‌ অসি কাইদনবগীদমক্ত মালেম্‌গী লৈচি মরিদ চুক্‌সেন্‌ ফাখি।

মিংলম্‌ মোইরাং লাইজিদ—থাংজিংবু চুকি মপু ওইহনখি চীংখৈদ মার্জিংন চুক্‌ ওইন ডাক্‌হন্‌খি। মৈরম্‌দ বাং ব্রেন্ন চুক্‌ ওইন ডাক্‌হনখি লিক্রম্‌ কৌব্রুদ খোংকৈ চল্‌হুনা চুক্‌সেন্‌ ওইন ডাক্‌খি। মতৌ অস্থম তৌন মপু মহাক্ন মালেম্‌ লৈসেম্‌ লৈসাইদে তাইবঙ্‌ কুমৈ সান্নব মানবগী পম্মোয়ন্দদ লাইয়ুম সেমখি সংলেন্‌ হায়ব অসি তাইবঙ্‌ মপু মহাক্না কয়াং ফিথ্‌প ৯ দগী লৌহুন সেম্‌খি। সংলেন্‌ অমা সারবদি মপু মহাক্না সক্রম অমনি হায়ন লেপ্‌কদবনি। অদুগুম্ব সক্রম অদুবু ঐখোয়ন "মেন্‌ উরেপ্‌" হুনব হায়না খংনরিব অসিনি। মেন্‌ উরেপ হুনব অসি থা অদুগী উয়িম্‌ যেংহুন ইন্‌খৎক'ন। ঐখোয়ন সারিব সঙ্‌ অদুগী মপুন লাইনিংথৌনি।

## উয়িন্‌লোন্‌

নোংখৌ লাইগী মাইওন্দি—য়ুম অমগী মেন উরেপ্‌ হুনব মতমদ মাইওন্‌ নিংখিন য়েংহুন হুনগনি। মেন্‌ উরেপ্‌ হুনব হায়ব অসি য়াম্ন লুব থৌরম্‌ অমনি। উরেপ্‌ হুনবদ লৈরে অক্ষব ক্ষত্তব থৌরম খুদিংমক্‌।

## উয়িল্লোল,

১। হিয়াংথৈ, পোইন্ত, ব্রাকচিং থা ও অসিদি—মকোক্ন অব্রাং পাংগনি। মতোন্ন—মখা পাংগনি। মবুক নোংপোক, ওন্‌গনি। ম০ন্ন নোংচুপ, ওন্‌গনি। উয়িন্দি মৈরম,—রাংত্রেন, ইন্‌গনি ॥ × ॥

২। ফাইরেন্‌, লম তা, সজিবু থা ও অসিদি-মকোক নোংপোক, ওন্‌গনি। মতোন্ন-নোংচুপ ওনগনি। মবুক মখা অমম্বং ম০ন্ন অব্রাং ওনগনি। মেন, উরেপ,কি উয়িন্দ—মোইরাং লাইজি ওন্দুন ইন্‌গনি ॥ × ॥

৩। কালেন্‌, শুঙা, ইঙেন, থা ও অসিদি-মকোক মখা ওনগনি মতোন্ন অব্রাং ওনগনি। মবুক নোংচুপ। মনম্ন নোংপোক, ওনগনি। মেন উরেপ,কি উয়িল,দি-মমাই কৌক্ লিক্লম, পান ইন্‌গনি ॥ × ॥

৪। ৎরাস, লাংবন, মেরা থা ও অসিদি—মকোক নোংচুপ ওনগনি। মতোন্ন নোংপোক, ওনগনি। মবুক অব্রাং। মনম্ন মখা ওনগনি। থা অসিদ হুনব মেন, উরেপ,কি উয়িল,দি-মমাই চৌথৈ পাংন ইন্‌গনি ॥ × ॥

## মেন উরেপ, হুনবগী থৌরম

মেন, উরেপ,—সেম সাব লোইরব মতুংদ, উখূন, তৌরিব মফম অহুদ, মাইওন্‌গী মতুং ৎম্ন কাংথৈ ও থৈদুন থম্লগ মতুংগী মথক্ত য়ুংগদৌরিব "মেন উরেপ" উ অদু থমগনি। অদুগ ফি অঙৌব অমা ওইগী ফিজিন্ন ফিখা থংন, য়েৎকৌ ফিজিন্ন মথক, থংন য়েৎকনি। অদুগী মথক্ত লং অহিংব ও লক, য়েৎতুন পুন-গনি। অদুগী মথক্ত অমুক, হৈনৌ মনা ও পয়াদ লেংলগ পুনগনি। উখুল, মনাক্ত, হৈরুক ১, পান ১, মৈরা, মেক্রুক, চেং, থোইদিং-অমুব, তিংথৌ মতোন, লৈ-খর, লফোই ১, অথূম্ব মরম ৫, হায়বদি সংগোম, অনৌব, অফম্ব, ঘী, থোইহি, চুহি য়াওন কৎকনি।

অহান্নবদ—মেন, উরেপ, অতু তাইরেন, মনা পাইত্তুন অনম, অখৌ ক্কোক থোক,-সেংদোন, পিগনি। কৎলব পোৎলম,সিং অতুম্ম সেংদোকপীগনি অতুগ "মেন, উরেপ" মকোক্ত উখুলগী মঙ্গংদ তানব চেং• থোইদিং লৈনচিংব কংকনি। লাফাই অতু খে ব্লগ মেন, উরেপ,কি উকোক্ত থম্লগ মথক্ত চেং• থোইদিংনচিংব হাপ্লগ অথুম্ব মরম ৫ অতু হুমিং লাইসেন, সেন্দুন কংলগ হৈথগনি। মেন, উরেপ, ইনখৎলম,দাই মলদ নিংসা-স্বরগী খোংচৎ যেডুন ইনংকনি। লাইসগী ওইরগন যেৎকি নিংসা স্বরদ। লাইখুম লৈগনি। মী লৈনবগী যুম ওইবগন—ওইনা লৈরিভেদ ইনখৎনি• খাখুম লৈগনি।

লাইমুন,—হায়বদি নোংপোক চী খৈদ যুংলিব চুক, অদুদগী• খা মৈরমদ যুংলিন চুক, অতুন নোংপোক,লোমদ, খরা হেনগৎন যুংলবদি-লাইযুম লৈব হায়ন কৌই খাযম লৈব—অমাং চাং-খৈদ পুবিব পরিং লাসগী চুক, অতুন খা মৈরমদ যুংলন চুক, অতুগী খরা হেনগৎন নোংপোক,লোমদ খরা চৎথৎন যুংগনি। অতুবু খাযুম, লৈব হায়ন কৌই॥

অতুগ মেন, উরেপ, উ অতু উমিং উমাই হায়নুম যেংগনি। অসিদ অফ ফংত লৈ। উগী উমিং থাংজিদ ওনব মহি মযাই কল্লি। সংলেন-লাইনং ওবদি থাংজিংদ ওনসিলগনি। মী লৈনব যুম ওইবগন-উমিং অতু কৌব হেনমদ ওনসিনগনি উরেপ, উ অতুগী মবুক্ত ইমুংলোমদ ওনসিনগনি। মনম্ম মপান, থংগনি। অসুম লৌরবদি ইমুং অতু মর তিপ্পি।

মী খুদিংমক্কি মপোক, হুমিং খেন্নবগী মতুং ইন্না যুম সাবগী মেন, উরেপ, উম্নু মান্নদে। মী অতুগী পোকপ হুমিংকা মতুং ইন্ন পক্কব-পক্কদব উ লৈ। হুমিং চৈসিং ৭ কী মঙ্গুংদ পোকপ মীগী পক্কব উদি মখাদ তাক্কি।

নোংমাইজিং পোকপ-ব্রাং—পক্লৈ ।।

নিংথৌকাব ,, —থাংজিং পক্লৈ ।।

লৈপাক্‌পোক্‌প ,, —উয়িন— পক্লৈ ।।

খুম্‌নকৈন্স পোকপ —ব্রাং— পক্লৈ ।।

সগোলসেন পোকপ —উনিংথৌ -পক্লৈ ।।

ইরাই পোকপ —হৈমাং - পক্লৈ ।।

থাংজ পোকপ —হৈবী—পক্লৈ ।।

মাপোক্লি পক্লব উসিং অসিন মেন, উরেপ, হুন্দুন খুম সান্নবদি মুঙাই য়াইফব ওই ।।

# মেন্ উরেপ হুন্ব

## থৌনিরোল

নিংথৈ

ওসি লোইদাম, (লম্‌লা) থাজগী মাক্‌মৈ (৩) নি পান্‌ব কোরৌ (নিংথৌকাব) মুমিৎ য়াইফ পুংফম, অসিদ নদাইবেম, (থুমন্) সলাইদ পোক্‌চব (চাওব/চাওবী) মা (থৌরম, হাইগনি) মেন, উরেপ, তম্‌জরি নদাইরেম, অসিন খুৎফাং তরা লোন্ন চাংচু ভাংলৌ থাদ য়াইফ থৌজান, পিবিয়ু হায়ন লোন্নুকচরি ।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হায়রগ—মেন উরেপ হুন্নিব অতুন মালেম, লৈদ কুন্ন খুৎফাং তবা লোন্দুন থৌনিজগনি ।।

## চৌংঙ্ য়াইবিরেন, মিংথৈ

২। উং-সন, তরং-নোং-সন,-ঙাং-তরং
সন,-নোং-সন,-সন,-নোং-সন,
হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ — মেন উরেপ, উকোক্ক চেং লৈ ঈসিংন-চিংব কংকনি। অদুগা অমুক উকোক, অহুদ লা মচেং অমা থারগ লফোই অখোক,প ১ হাপ,পু অদুগী মথক্ক পৈসা ১ কংলু মথাগী মিংথৈসিং অসি সোল্লগ চেং-লৈ ঈসিংনচিংব কংকনি ।।

৩। উং-হুং-আ-সন,-তরং
হয়িংসো-উং সং য়েং
হ-র-স-স-র-হ
অঙ্গিমা-কুক, বুক, কুক, ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈরেন, অসি সোল্লগ মেন, উরেপ উকোক্ক ঈসিং ৩ লক কংকনি। অদুগ চেং লৈনচিংব অমুকম্ক কংকনি।

## নুমিংকি মিংথৈ

নুমিং নাওহুইরেং অহন,ব লাইরেন, তাওদনব।
য়োইমা য়াই, য়োইখোম,থোক,, খোম,থোক, নানৌব
মোইপারেং, পরেং লৈসংব। পাফল, লিল্লা নিংথৌগী
চেংলৌ মিংকোই থোংসারেন, য়েংলন,গী মিং নহা
য়াইরং চানা য়োইবু লৈমরেন, সিল,হৈবীগী পায়ম
উন,গোইম্নুংদ নাওনৌরক,পও। নুমিং য়াইরংচা
মিকৌ তম্ন-অথুম্ব মরম, ৫ না খোম্লাং লাইজ
সেংথোইব ওইন কংচরি, য়াইফ থোইব
মেন, উরেপ, ওইহন,বিয়ু ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোনব লোইরগ অথুম্ব মরম, ৫ অত্ত মুমিংত কংলগ মেন, উরেপ উকোক অহুদ হৈথগনি ॥

অস্তুম্ন হৈকং লৈকং লোইরব মতুংদ নিংসা ( স্বর ) খোংচং যেংলগ মী ৩ না মেন, উরেপ, পাইহুন, উযিন মাইওন যেংহুন ইনখৎলক্‌প মতমদ — হৌ হৌ-হৌ-হুক, হুক্‌চিরো হায়ন হায়-বগ খুংখৎকনি ইসা ইসাগী ইমি নলহল্লোইদবনি ॥

মেন, উরেপ, যুংবগী খোবম হুন্‌জিন্নব যম্ম অত্তুনি যুংখৎলকপ মতংদ কৈদৌউদম্ব পাইহনগনু ॥ মমাই নোংপোক, ওন্দুন নাক অত্তুদ কনহন্‌গনি। মেন, উরেপ, অত্ত যুংখৎলক্‌প মতংদ মথক্ক যেংখৎপা য়াদে খোবুদি, যুংখৎপ লেইরগ পুংয়ান চান। লেপহল্লগ অমাইব অত্তুন মখোংদ লৈপাক হাপ্‌তুন অত্তুগ মুক পাইহুন ৩ লক্‌ লৈপাক্‌ সুজম্ম। অত্তুগ খোবু অত্তুন মেন, উরেপ, অত্তুদ খুকম্‌গনি। যাইফ খোজান লিগনি। মেন, উরেপ, যুংব লোইরগ, অমাইব অমাদ মেন, উরেপ, পাইবিন মাং অত্ত ভমজব সেন, খরা কৎকনি ॥

মমাং পাক্‌লৈ খন্‌বা-মখাদ তাক্লিব অস্তুম্ন থোগনজরবদি যাইফ খোইয়ে ॥ হাইবদি মেন, উরেপ, অসি মতাং ৭ নদ্রগ ৯ দা কক্কনি। যুংখৎলক্‌প মতমদ মতাং মমিং থংজিংগ মাইয়োক্লগনি। মলেম, লৈনাইদগী মত° মমিং খুবাক, অমা ব্রাংন লেপ্‌কনি ল ইযুম্‌গা ফিথুপ্ত সংলেন, লেপ্‌কনি। চিথেক, ৪ গী মখোং কোক্তোন, ব্রাংব অনি ব্রাংব্রেন, মৈরম্‌গী মখোংন খুদোন্‌বি মফৈ মরেপ, ১ ব্রাংন লেপ্‌কনি। মেন, উরেপ-মখোং ৮ গী অকোইবদগী মযাইন ৯ স্তব অখোইন ওইন হেন্না ব্রাংন লেপ্‌কনি। মেন, উরেপ, ফাজন, পুন্সন্‌ব য়াদে অস্তুম্ন থোগন-জরবদি মতিক মযাই ব্রাংডে য়াইফ খোইয়ে সেল্লো ॥ × ॥

# য়ুম্ সংকাবগী থৌরম

থৌনিরোল্

য়ুম সংকাব হায়বদি — অহান্‌ব সাব য়ুম্‌দ হুমিং থা অফব য়েংহ্নুন হায় লৈরব য়ুম্, অদুগী পোং খুদিংমক লোইনা থাংজিন্দুনা য়ুম অদুগী মনুংদ হোংজিন্দুনা লৈব অদুবু য়ুম সংকাব কৌই।

য়ুম সংকাব্রিংইদ সম্‌ক অমবু হায় অহিং অমা লেক্‌তুনা লৈ। মথি-ময়ুং অহিং অমা লেক্‌পদ ভারমতবাদ কম্ভো সেম্লো।

য়ুম সংকাব অসিদ তৌগদব থৌরমদি — মথাগী অদুম্ম তৌগনি। সংকাব হুমিং — য়ুম অদুদ পোং চৈ হোনজিল্লিঙৈ মতমদ ইহান্, হায় য়োংসবি ১ ফুংগাদ থম্‌গনি, চেংহি চং ১ নিজোল্, কাদ থম্‌গনি। চাক্‌খুম্‌দ ঈসিং পুন্, অথম্‌ব ১ থম্‌গনি। ঈসিং হায়ব অসি পুংজৈনি। মৈ, ঈসিং, মুংসিং অসি পাংদিং মায়বর্দ ইমুং অদু নুংঙাই য়াইফে।। ঈসিং হায়ব অসিদি তাইবঙ্‌পান্বগী মক হৌফম্‌। ঈসিং পুসিঙ্গব মতুংদ চেংফু অমুক্ পুসিন্‌গনি। অদুগ সুংগাদ মৈ অমুক্ হোৌগংকনি। অসিথোং থিংবিগনি। অবাং নাক্‌থা থোং, খাজন্ থিংজিন্দুনা সংকাব হুমিং ৫ নি থমগনি। চেংফুনচিংব লৈপবেং অমমম্ সিবিগনি অদুগ সুমাং সোনপুং মমাংদ থমগনি পোংলম্‌সিং, অদুগা সংকাগনি। সংকাবদি য়োংসবি ১, ঈসিং পুন্ ১, চেংহি চগু, সুমজিং ১, চেংফু ১ ফৌদাং ১ মৌ ৫ না পুরগ য়ুম অদুদ অফব পুংজ য়েংহ্নুন কাগনি অদুবু য়ুম সংকাব কৌই।।

মাঙ্গোল্‌গী ফক্‌তোম ফম্‌লেন্, থংবগী থোংজিন্, মপান্দ থোংঙারেন্‌বু থৌনিগনি অদুগ ঈরাংফু ১ লাংকনি। লৈপাক্

অপেংপ খরনা হৈনৌ মনা নত্রগ তাইরেন, মনা নত্রগ থৈবোং মনা মঙা হুন্দন নপ,সিনগনি। লোয়নন চেং, খোইদিং অমুব, ভিংথৌ মতোন,, লৈ, পৈসা অমা য়াওনা অতুল নপ,সিন,গনি। নপ্লিব অদুগী মথক্ত লংজা ও না সাংলগা নপ,ন যাম্বরগ ঈরাৎকু মমাংদ লংলা ওগী মচিনসিং অন্থ তাহন,গনি। লংজা ও অসি মঙাং লুবাং খুমল, ওগী মসক্তি। অহান,ব অনম, অথৌ কোক্কনি ইরাংফু লাংকনি। অথুম্ব মরম ৫, সঙ্গোম,, চুংগি, থোইজি, লফোই সাঙ্গোম, অফম্ব, ঘা পুন্ন নুমিৎত ওন্দুন নুমিৎকি মিংথৈ সোন্দন কৎলগ মদু অমুক, পুসিল্লকতুনা নপ,লিব মনা মসিং অদুগী মথক্ত হৈথগনি।

মেন, উরেপ, মখোংদ তাংবল, ১ থাগনি। হৈরুক, ১ কা ১ মেক্রুক, মৈরা, সেন্দাই ১ লৈনচিংব কৎকনি। পোৎলম, চৈরম, অসিগ চপ, মাঙ্গনা অথেন, পোৎ ১ গা লৈমরেন্দ কৎকনি। লাই-নিংথৌ সনা মহিদস্থ অথেন, পোৎ কৎকনি। অদুগ ফুঙ্গাদস্থ হৈকক, পানা থাগনি। লাইব্দস্থ থাগনি। অরাংগী মেন, উরেপ পাব উংখোক,তেন, অদুগী মখোংদস্থ থ,গনি। মাদি মাইব হন,বগী কন্দম,নি। মাইব ফিদা ফম্নি। অদুবু মাইব ফম, কৌই। অপোক,পগী কা যুম্বা মখোংদস্থ হৈ থা লৈখাগনি। চেংপু মখোংদস্থ ইমোইঙ্গী হৈ-লৈ কৎকনি। চাক,থুম, লৈরংদস্থ বাক্স,-হৈবা লাইরেম্বিবু হৈ-লৈ কৎকনি। ফাম্বন, সুমদস্থ হৈ-লে থাগনি। অরাং নক,থা সুম,দস্থ হৈ-লৈ কৎকনি। সঙ্গোং সুমদস্থ হৈ-লৈ কৎকনি। কৌব্রু লিক্লম, সুম,দস্থ হৈ-লৈ কৎকনি। পিতাই খোংদাইফম, নাক,থাগী চুরি তাকম,দস্থ হৈ-লৈ থাহুন কৎকনি।

ফুঙ্গাদ মৈ হৌরিব অহুদগী মৈহুম, অমা লোথোকতুন ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত থমগনি। মৈহুম অদুগী মথক্ত চেং, খোইদিং

মতোন লোমগনি। থৌরমসিং অসি অমম্ভ চিংথদন মথং মনাও নাইন তৌরবদি ইমুং অহু তিনচু লাইচুরোই লুংঙাই য়াইফন লৈগনি ।। × ।।

## য়ুম সংকাবগী পোৎলম

ঈরাংফু ১, কামপ্পম, ৩, মনা ৩, লাক্ষাই লকাং চং ৩
সেম্ফাই ১৫, হৈনৌ মনা ৮ চুক্‌চিক ৪, লং অহিংব।
পাইজ ১, পেঙ্গু ., এংমৈ ১, লাইফি ১, লাইগী ফৈজোম ১
হৈফক, ১২ পাংনা ১৫, খোইজু-লৈখাম, কম্বী ১।
লৈসং, হৈ মনম, নাইব ৬, অথেন, পোং ৩, চেং থোইদিং
লৈ, তিংথৌ মতোন, সঙ্গোম অতৌব খর, চুহি,
খোঙ্গাং, ঘা, নাহৈফু ১, লৈখোম অপেংপ খর।
চেংচু ১, চাকুনাক ১, ঈসিং পুন, অথনব ১, চেংহি
চ ১, যে ৎনবি ১, তাইবেন, পুংফাই অসিনচিংব ।।×।।

স ক দ জুমিং ৫ নি য়াংম লাম্পি ফাওব কনাগুম্বগী ইমুং অমনা মৈ, চেং, ইসিং অসিনচিংব করিগুম্ব পোং অমত্তা মীংভান্দ পীথোকহৈদে। ফুদা মৈ মুৎহৈদে ।।×।।

---

# পীসাতাও থোনিরোল

"মৈ—তরং"

**পীসাতাও**

থোইয়ুম, পীসাতাও—অসিবগী সায়োম্নি। হায়বদি-অসিবন মালেম, লৈসেম্বদ থৌরৈ তেংবাংনবগী থোইয়ুম মাগী লাংওনবু পুথোক্লিংলুন লংসং য়াইদ পরিংতোং নোম্ন নোম্ন খোসা তম,থবদ-

হুম্লেন,-হাম্লেন, ওক্লরে। হুম্লেন, হাম্লেন, কেংনরাই মহাক্কি পাঙ্গন ওইনব তরং লাইজ্ঞ মুংদগী পীসাতাও থোইযুম, মতিক, শৈব লাইজ মুঙ্গাই থক্ত পোকখ্রে। চীংঙু মতিক চাওব লাইনা মথং মথং সাইযোন লাংওন,লক,খি। তাইবঙ মাংলেম, অসিদ লৈমুং মোরি যোৎসুংব তেৎনৌ-তেক,-তেক, থাংসাব লাংঙলে। হাদুগ অমুক, কদেং তেক,-তেক, থাংসাব ওইন লাংঙলেব,ই।

কোন,সং মৈফু লিংলবদি-নোংমগী খুরম,জত্নুন থৌনিজবগ মথৌ মসিন, সুগদবনি। মরম অসি খংদন মীমু সুই হায়দুন পংসু সুব য়াদে। কোন,সং মৈফম,গী মৈদ চান-থক্লব লে ন্দুন চাব অসিনচিংব তৌরবদি মস মরাংইথ্ পাল্লে। সুংঙাই য়াইফন পান,ব ঙম,দে অসি খংন চৎলো।

## কোনসং মৈফম, পুব লাইদি

খম্নাংব য়োৎনিং,থৌনি।।

অহানবদ অনম, অথৌ কোক্কনি। খুংসু খুৎলাই পোৎলম খুদিংমক, তাইরেন পোংফাই পাইদুন খিক,তোক সেংদোক্কনি। ইরাৎফু লা-থোক্কনি। লৈনচিংব কংকনি।

## মিংথৈ

নহান, নোং হয়িডৈ চীংঙু য়াইবিরেন সিদবন,
মকু থক্ত তোংসুন, উন,বি মুংগী মঙানবু
অতিয়াদি সিদবন-য়াইবিরেন,গী মতৌ লৌ
উং-হায়ন সোনজরে, কোঙ্গোল, পোকখ্রে
য়েং হায়ন অমুক, সোন, ঈমং মাবু পোক্লক্লে

উং হানব শে ম্থাক্ত ৩ লক,পু সোন,বদ
কংপিক, কংজা ও পোক,শ্রে-তাইজিক্কে কনি
হাউং হায়েং ।।×।।

মথক্কী গিংথৈ অসি সোল্লগ ফগাল মথক্ত লৈনচিংব কংকনি ।
খুংসু খুংলাইদসু লৈনচিংব কংকনি ।।

২ । অতিযাদি সিদব খোইযুম, মতি[redacted] চাউব লাই
কগী মথক্ত অসংব মীবেল, লাংগুম, লাংসংকুল,
চিখেব, ৪ লাক,শ্রে । পনিংগীদি মযাইদ অতিয়া সিদবন
উযংগুম লৈশ্রে । মন,বি পুক্কিং চিংসিন্ন
পাইম নাখল, তৌতুন নোংথৌ থক্ত যেংলগ
মমি লাক্কে নিংথম্নে নোংথৌ নাম লাক,শ্রে
নোংথৌ মমি মনুংদ কুম,লেন্দি কিংনাশব
কুকুম,লেন্দি সনাশব কুকুম,লেন্দি মৈনাশব
মতম, অসিন কোযতুন লৌরা ওইন ডাক,শ্রে
অতম,মক্কী মযাইদ থবান,মিচাক, নোংথৌন
উমুং ওইন লেংতুন, তেংবান,ব মপুং কাখিয়ে
হাউং হায়েং ।। ×।।

মথক্কী নিংথ অসি সোল্লগ ফগাল অমদি খুংসু খুংলাইদ, লৈ
কংকনি ।।

৩ । অতিযাদি সিদব চীংথ মানা লাংসং যাই
হুম্মেন, হাম্মেন, ওক্করে হুম্মেন, হাম্মেন কেৎনবাই
পাঙ্গন, চৈসৌ ওইনব তরং লাইতং সুংদগী
করিনে করানে নোংদম, খুবানে
নোংযাহ মরি ওন,বনে, চাওব মপান, থিবনে,
তরং লেন,গী খোইমুজা, পীসাতাওদি খোইখুম, লাই

মতিক, লৈব তরেৎপু, লাইজ মুঙ্গাং থক্ত লাংওল্লে
হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈনচিংব কংকনি, য়াইফ থোজান নিজর্গনি।

১। হে পীসা তাও কুমসি চহি অসিগী
লোইদাম, (লাংবন,) থাজগী মাক,মৈ (৭) নি
পান,ব কোবৌ সুমিৎ (নিংথৌকাবা) অসিদ
(খুমন,) সলাইদ পোক,চব (তোম্ব) না
(লেবাকী-নম্রগ) নদাইরেম, অসিগী
থোহয়ুম, সিঙ্গোং সিন্দম,সংদ,
তুরৈ ঈরৈ চেন,,পাইম কজক, হৌন, মুংবংলম্ব,
পাইম পিবুক,মুংদ লৌসিং মৈরা থান,বিয়ো
হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈনচিংব কংতুন য়াইফ থৌনিং জগনি ।। অতুগ অত্তাইরোন সিদবগী মিংখৈ সোন্দুন থৌনি মংোন লোমগনি ।। X ।।

## পোৎলম

ফৈজোম, ১, কোয়েৎ ১, ঈরাৎফু ১
ক্বা ২, মনা ২, সেন্দাই ২, লফোই চং ২, চুকচিবা ৪
য়াম থরা, ফৌ তাংগ্র ১, লং অহিংব লংতুম, ১
হৈরুক, ১, ক্বী ১, খুংস্ত খুংলাই, অথেনপোৎ ১
লৈসং, হৈ মনম, নাইব ১, চেং লৈনচিংব কংকানি ।X।।

# পুক্‌খ্রি হোংবগী

## থৌনিরোল

ঈসিং তরং

ঈখেল্লেল

পুক্‌খ্রি হোংব হায়বদি তাইবঙ্‌সিংন থক্ক-চানবগী লৈপাক্ত ঈসিং থগ্নব তৌথোক্লগ থম্বা কোমথুং অদুবু — পুক্‌খ্রি কৌই । অসুম্ন অনৌব তৌব পুক্‌খ্রি অদুদা লৈরিব ঈসিং অদু থক্‌ চাবদ অফন ঈসিং ওইন লৈহনবীয়ু হায়ন "ঈরাই লৈমা" অমদি "ইখৈ ফিংথৌ" বু ফম্বাল সিংহুন ঈরাং থৌনিজনবু—পুক্‌খ্রি হোংব কৌই ।

অদুদি - পুক্‌খ্রিগী অংকোয়ব ফিথেক্‌ ৪ দা সেব্‌পিন্‌ (সংক্র) নল্লগ ফিবাল অমমম্‌ যুংগনি । ঈথ্রাই লৈমগী পুক্‌খ্রি ময়াইদ চুক্‌ ৪ যু লগ টং কাংফে ৭ ফম্বাল সাগনি । ফম্বাল্‌গী মথক্ত লাইফি ১ থাগনি । অদুগ মথক্ত লৈপাংবং ১ থাগনি । হৈকক্‌ ১, ক্বা ১, সেন্দাই ১ কংকনি । অদুম্ন চিথেক্‌ ৪ গী ফিরান্‌ চুক্‌-খোংদম্ম হৈকক্‌, ক্বা, তাংবল, (আসন) অমা মেক্‌ক্‌, থাংনৈ, পৈসা ১/১ ফৈনচিংন বংকনি । অদুগ পুক্‌খ্রিগী ফিবান্‌ মথক্ত ময়াই চানা ঈবাংগ অমা সিংগনি । টরাংগী মমাংদ লাইযিং-থৌগী ফম্বাল অমা থাগনি । ফম্বালগী থক্ত থাক্‌থন ১ শনগনি । চুক্‌চি ৪ যুংগনি । লফু ৪, চুদোন্‌ ৪, কোংয়াং বাতোন ৪ যুংলগ হৈ-লৈ ক্বানচিংব কংতুন ঈরাংফু লাংকনি । ঈরাংফু লাংপ লোযরগ অমাইবন নাহৈফু পাইদুন কৌক্‌ চুক্‌চিদগী পুকখ্রি য়েং-ওইনবা কোইদুন তাইরেন পোংফাইন, লাইজ ঈসিং খিকতুন নাহৈ নাসেংগনি । পুকখ্রি অদু ।

অমাইবন ঈকৌরোন লাইনিং সোন্দুন লাইজ ঈকৌথগনি — ইসিং নৈতব পুক,শ্রি ওইনগন পুক,শ্রি মথ'ইদ কোম,ফু,ৎ মচা অম পোথোক,পিরগ চন্নবা নিঙোল ৭না সে'কপ ইসিং পুল্লাং ৭ থৈগনি পুক,শ্রিগী কোমফুৎ অহুদ অমাইবন ইসিং অহুদ ঈবোবোন, সোন্দুম তাইরেন পোংফাই চুপ চুপ লুপকনি। ঈকৌবোন, মি,থৈ লোম,ব লোইবব মতুংদ অমাইবন থুবাক্ত সনা, লুপা হাপস্তুন লাইজ ঈকৌ কোন্থাগনি। অতাই লাওসোন্ন তাইদুন থৌনি মংশাল লোমগনি।

# থৌনিরোল

## ঈকৌরোল মিংথৈ

হা-উং তরং ঈমরু সেংথোইবা
কোংব পুম,সাইথোং, কুমগুথোং, যাইথোং
চাঙ্গোই, মুংজেং, মুংথোং মুংনাওবি,
ঈরম খাংলম, তরেৎন শমক্ত ওইন
লাইজ ঈকৌ তম্ন কৌজবি ঈনৈল, প,ঃ,
তু বিররো হা-উং-হা-যেং ॥ ১॥

তাইরেন, পোংফ,ই পাইদুন ঈসিংদ চুপ, চুপ, লুপতুন লাইমিং অসি সানগনি।

হে লাইজ লুনা লানা সেংলবি
অতিয়া সিদবন—উং হায়ন ঙংবদ,
অতিয়া খয়াত্তগী কোঙ্গোল ওইন থোক্লগ
য়েং হায়ন ঙংবদ লাইজ ঈসিং ওইরক্লবি

ঈরাই লৈমা, ঈখৈরেন, নামুংব
ভাইবঙ, পানববু য়োক, পিনবগীদমক, মালেমদা
খোংলম, তরেৎ থোক্ল লৈশিংবী লাইরৈম
কোলোইদি য়াংঙখোং, কৌক্রখোং, চীঙ্গোইরোক্
খাব ঈ। লুবাং ঈ রাইখুরেম্বী। চকপ ঈ।
খোংলম, ৭ থোক্ল লৈচুন, ভাইবঙবু য়োক, পিরিবি
নম সিদবগী থৌনিগী কৌজরি
যাংগোই খোংসান, নিরকও
হাউং হায়েং ॥×।

'ভাইরেন পোংফাইগা ঈসিংদ চুপ, — চুপা, লুপতুন মথকী লাইমিং মিংলেল, অসি সোনগনি।

# ঈসিং লোম্বারোল

ঙো — লো ঈমদোম্বু, ঈন্দ্রইল, লো
ঈমুরোল ৬ মক, ঈঙোরোল, ৫ মক,
ঈখানা ঈরাম্বী ঈখা ঈমন, তাইরবনে।
শাস কোরৌনোং থবি চেংজন্দ
থাবা লাল, নংদব শ্রুমিৎ অসিদ
লাইজ ঈরোন, সুংদ সনা কোনগ কোম্বাদ
লুপা কোনগ কে জন, বদি পাকখ্রি
ঈমাই পানা চোম্ন তুংবিয়ো হায়বগী
লাইজ ঈরোন, মুদ সনা কোনগ কোলজে
লুপা কোনগ কোম্বারক্লে,
কোরৌ নোং লুপা অঙোবন
কোরৌ নোংবু ভাই, মালেম, লৈশনা
অঙাংববু সনা য়াইগ য়াই চল্লবনে

খোইয়ুম মাইকৈ ঙাক্পা লাই পুন্নমক্, অহান্বদ সেল্লোই লংমাই চীংদ অপান্বগ লোয়নন তকুপ, তরেংন লৈরে হায়বগী সেল্লোই তকুপ, চীং লংমাই তরং চীং কৌই। খোইয়ুম, মাইকৈ ঙাক্পসিং লোইনরক্প সরোই ৬১, লাই মুরা ৭, লম্লৈম ৯, তুলৈম ৯ অসিগ লোয়নন সেল্লোই লংমাই চীংদ ৱাইখুল্লরে। সেল্লোই লংমাই চীংসা নাঙপোম ৯ দা অমমম, ফম্মে। খ্বাইদগী হেন্না বাংব মফমদ অপান্বন ফম্মে। খোইয়ুম, মাইকৈ ঙাক্পসিংবু লাইপুংথৌ কৌই অসিন মালেম, তাইবংবু সেম্মী।

তাইবঙ পান্বগী ফিসেং চাক্চ-সা-সন, সগোল, সামুন-চিংব অসি সিজিন্নব তম্বীরম্ই। থম্মাংব লাইন য়োং পুথোক্ই। য়োংন থাং-চেন্নচিংব খুংলাই সাব হৌড়ুন সিজিন্নে। চানম্, সন্-থোক্লগী সল থক্কই। ৱাইতোন্দগী সগোল থোক্লকই। কৌকুদগী সামু থোক্লক্ই। অস্তুম্, কৌন সা, ঙা থোক্লক্ই। সিজিন্নব হৌরক্ই লাইরেম্বী ৭ না লৈসিংদগী লং নাইরগ ফিসেং তম্মি লৌ উব হৌই। মৈবা, মৈয়ৈ, মৈস্নং খাম্বী মহৌ তম্থি। তরা ফৌস্নু তম-থি, তরা চাকপু থোং মথেল মুবোই, থুম-মোরোক, অসিনচিংব চাব তম্থি, যুম্, সাবা হোদোকই, হান্না লৈরম্ব কাংবুদি লৈকু লৈরাইন যুম্, ওইরম্মী। মহৈ মরোং চাড়ুন পাল্লম্ই। লাইপুংথৌ লাই মুরাসিংন মালেম, তাইবং অসিদ ফিসেং, চাক্চা য়ুম্বাল, কৈবান, অসিনচিংব কয়া সেম্মক্ই।

## নোংপোক লৈহৌ চীং

খুন্দাব

১। নোংপোক অচিবন অহান্বনি

২। নিংথৌ অহান্ব—নোংপোক অপান্বনি।

অপ্রো'রোমদ স্মুরুং অমা, নোংচুপলোমদ স্মুরুং অমা, চীংমাইদ অমা, খলোংদ স্মুরুং অমা, খলোংগী স্মুরুং মফম অসি নোংপোক নিংথৌগী ফম্বাল, মফম,নি। মফম অসিদ লাই ময়াম নোংপোকপু নিংথৌ হাপ্লগ লৈ লাংলগ তাইনঙ,পানব। থবায় পানব পুম্নমক্ক পুন্সি লৈরাং য়েনখি, মরম অদুন মফম অসিদ চহিগী পুন্সি নিব খুকয়্রিবনি।

নোংপোক নিংথৌন লংমাই চীংগী খলোংদ কাওদ থুদম, ওইন মুও অমা য়ুংলগ ফম্বাল তোংখি। মসিদগী হৌদুন লৈবাক অসিগী নিংথৌসিংন ফম্বাল তোংব মতমদ অমুম্ন কাওদ থুদম, থাংগী চংনবা অসি নোংপোক, নিংথৌন ইশান, গাম্ন ফম্বাল, তোংলিব খলোং কৌব মফম অসিদ থুরুমজরবদি নিংব থুংই, মিংচৎ ফংই, অদুগ লৈপাক, মীয়ামগী অৱাব তারবদি—মফম অসিদ ঈরাংতুন য়াইফ থৌনি নিব মফম,নি।

খাব লৈরোল,খৈগী স্মুপি মগু তেক,আন, পাম্বোইবা থেংনখি। মক ওইন লাই ন ফম, হৌদোক্লম্ব মফমনি। নোংমাই চীংঙোইরোম্ন, নোংমাই চীংবু চীং পুম্নমক্কগী অথোইবনি হায়দুন সনা হৈয়াই চী কৌই। অসিদ লৈব লাইফম অসিগুম্ন কংলৈপাক্কী চীং অতৈদ লৈতে। লাইফম ২০০ দগী হেন্ন লে। হিদাক্কী মরমদস্মু মখল চাম্ন নিপাল,লৈ। সিদ হিদাক মরম ৫ লৈ হায়, মরম অদুন কোরৌ নোংমাইজিং স্মুমিংত নোংপোক নিংথৌ থুরম,জবদি নিংব থুংই মিংচৎ ফংই।

## থৌনি মহৈ য়েংব

থুরুম,দৌরিব মুনিৎ মসিং নোংমাইজিং ১ গ, থবান মসিংগ অনি অসি পূরিয়ো। পুরিরগা ৫ তিন,সম্লো অদুগ ৭ না য়েল,বদ লেম্ব মসিংগী মতুং ইন্দুন থৌনি মহৈ হায়বিগনি।।

**খুদম.**

থবান, মসিং ( ২০ ) খুদম গীনি
নুমিৎ মসিং × ১
২০ পুরিংগী মহৈ
+৫
৭)২৫(৩
২১
৪ অরেম্ব

অসিদি খুদমগীদমক্তদি—নুমিৎ অতুগী থবান, মসিংদ ভগে ব্রগ যেংবিগনি অফব ফংতব ॥

**অরেম্ব মহৈ—**

১ লেম্ব - নোংপোক, অপানবন-নোংমাই খ ম্লাং চীং, লাইচী দ লৈয়ে। নোংপোক, নিংথৌ থৌনিব ফৈ ॥ × ॥

২ লেম্ব - নোংপোক, অপানবন-লাইরেম্বী পাম্ভোইবিগী মনাক্তা লৈ মহৈদি মচাক, মরম, ফংভি ফৈ ॥ × ॥

৩ লেম্ব - কাউরেন, সন,দন,বন-নোংপোক, নিংথৌন কাইদোত্নুন লৈ মহৈদি-নিংব থৃংজৈ । × ।

৪ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌন লাইয়াম, তিন,ফমদ লৈ মহৈদি—পুক্লিং ব্লাই ফত্তে ॥ × ॥

৫ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌন চাফম, থক,ফমদ লৈ মহৈদি-চাব থক,প মুংঙাইব ফংভি ফৈ ॥ × ॥

৬ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌ সান্নফমদ লৈ মহৈদি-থবক, মাংভি ফংতে ॥ × ॥

লেনদ্রব-অতিংঙা (স্তন) অবং ওইরব মোংফম্দ লৈসিনন লৈ। মহৈদি-নোংপোক, অপান্বু ঈরাং থৌনিরবদি অসি—অনানচিংব অবাব-ফংগনি ফংতে ॥ X ॥

## থৌনি পোৎলম

ঈরাংফু ১, লাইফি-হৈজোম ১, কোযেৎ ১, ইন্নফি ১, লাইফি ১, হৈকক্—কা ২/২ মৈরা ক্রুক্, ফঙাল ১, লিংগনি। থাকন্, ১,চুবান, ৪, লফু ৭, বাংতোন, ৪, লং অহিংব লংচুম, ১, চুক্চিরা ৫, তামোক্—হৈবা, ফোলা চেং লৈ থোইদিং ভিংথৌ মতোন, নম্সা অসিনচিব যাওগনি ॥

থৌনিরোল মথংদি—অতানবদ লাইসে ইগী-হৈরাং লৈবাংন চিংব খরা থাদোক্কান। অনম্ অথৌ কোকথোক্কনি। ঈরাংফু লৎকনি। নোংপোক নিংথৌ পান্থাইবি ২ বু ঈরাং থৌনিগনি।

## থৌনিরোল

### মিংথৈ

হে লাইনিংথৌ নোংপোক, মালং হুম্ওইব
নতিক্, নগাই পান্দম্লিংথাই লৈতব লাইযিংথৌ
তাইবং, মালং পান্দ সাফোংলক্প-করিস্থ লৈত্রিবৈ
লেজোম, পে রুনম্হৈবর্পংকে লাইনিংথৌ নহাকপু
নদাইবম্ব ভসি কোইদাম (পোইন্ত) থাগী থাবান,
(৭) নি পান্ব বেদরী ত্রুমিং (নোংমাইজিং) গী য়াইফব
ন্তফম অসিদ সলাই (মচাং) দা পোক্চব
মমিং (চাওবা) না নোংপোক নিংথৌ অপান্ব,
অপান্বিগী মফম্দ হৈরাং লৈরাংনচিংব কৎচরি।

য়াইফ থৌনিজবি থৌজাল, লল, কুবিযু হে লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী
উংলিং-উংযেং-হংহিং, অ-হং-ঙে, উং হিং,
হিং থরেক, খে খোইহুম, উম, হক, হাউ হাযেং ।।×।।
মথক্কী মিংথৈ অসি সে ম্লগ ফম্বাল্লেন্দ নৈনচি ব কংকনি নোল্ল কনি

**মিংথৈখদি**

পিংতরং পিংতরং করসং করসং
সনচং লাইচং সমপিং সমপিং
অযোম, খক, হক, যোম্ব কৌই
চিংগুং সিথি ঙুংলে খক, খিপ, কৌই ।
লাইনিংথৌ নোংপোক, অপানব
নংনা সনাগী খাংপোক্ক লৈরিবগী
ঙমিং থাবু পলেম, ওইরিবগী বানে
লমিংদি মি হিং নপ, ফাপ, কৌই ।
ফম্বাল্লেন্দ নৈনচিংব কংজুন থৌনিজগনি ড ভাইরোন্ন ভাইদিবস,
গনি ।।×।

# লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী

## থৌনিরোল

মৈতৈ ইপানাং ইপুনাংকি লাইনিং লিচংতি যুম, খুদিংগী লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী খুবম, মফম নাইন থম্মী । ঙমিং খুদিংগী কম্ব নৌবৈখু, খোইজু— লৈখাম থাদুন থৌনিজরি ।

লৈমরেন, লাংঙন, চংথোন,বি
নোংবু চুদন সাইচোংপী
মুংসা সাদন কৌকংবি
সছু য়াংকেন, মরক্ত
নতোম থোক্ল লন,হৌবি
লাঙ্গোই খাংনেংনচুন থৌসাবি
লাঙ্গোই খোঙ্গুন, তাদবী
ছয়েল, লান,চং সাফবী
ইন,গী খুচিংলি ওইরিবী
পেগী চত্থম, ওইরিবী
ি.পোক,পি য়াইপোক,পি হিরৈম,
যাওবৈম হিকুবি য়াইকুবি
নদাইরেম্ন লৈরো মাংদ থা
কম্বা নৌরৈখু, লৈরাং লাইজ কংচরি
থৌজান, য়াইফ পি যু
ঙে ইশালেল, সিদবা ।×॥

থকী মিংলেল, অসি হায়গা ইমা লৈমলেল,বু খুকম,জংনি পুক্লিং চেংনা নিংজগনি ।×॥

## মঙাং পুংলুপ থৌনি

হে মঙাং ইশু পুন্সিব চহি ৭৫০ সিংথানব
থবিঙুম, মঙান্নাই থবাঙুম, মসোং চাওব
ইবুংঙো নহাক্পী নসেক, নঙান, ফংজরে ।
থবিঙুম মঙান, নাইজগে ঙান,হন,বিয়ু
থবাঙুম, মসোং চাওজগে চাংহন,বিয়ু

নগৈদি বাইবোই নতুংদি ইল্লোই
ঙসিস্থু ঙসি, হয়েংস্থু ঙসি হায়ন
মৈবা মেক্রুক, লৈবাং পাইজ কংচবি
যাইফ থৌজাল লল্লুবি ।।১।।

মথক্কী বাহৈ ঙসি হাযদুন ন্নমিং পুদিংগী মথাং পুংলুপ থংফাং
তবা লোন্দুন নোল্লুকনি ।

## লুরাং পুংলুপ থৌনি

লুনা বাংন থোকই হাযবগী
লুরাং ইযু পুন্সিব বৌব
চহি ৫০০ সিংথানব লাইন
নত্তিক, ঙম্নৈ লৈতব লাইনিংথৌ
ইবুংঙো নহাক্কু অবান ওহই
যেক্ত তিংখং পুম্নমক্পু তুংলগা ।।
ঙসি হাসি হায়ন নোল্লুকচবি
যাইফ থৌজাল্পি বযু ।।১।।

মথক্ত থৈসিংসি হাযবা লুবাংগী নংগদা খুররুজগনি । যাইফ
থৌনিজগনি ।।২।।

## খুমন পুংলুপ থৌনি

হে খুমন, নিংথৌ পুন্সিব
খুনা মম ন নমথবকই হাযবগী
খুমল, ইযু কৌব, চহি ৩১০ সিংথানব
ইবুংঙো নহাক্কী পিবুক, উনগোইনুংদ
ঙসি ইন্নুং অসিমতং সন্থগ্পচগে

য়েক্ক তিংখং তিন্‌মু লাইমু ভাক্‌পিয়ু হায়ন
উন্‌গোইনুংদ সান্‌থ্‌প্‌চরি, অযুক্‌ ঙন্না কোম্থাবিয়ু ।।×।

খুমল্‌ন পুব হৌরকপ পু ঙা নুমিদাংবাই হায়বদি-অংনকন অমম্বদ সিন্নরকপ যাচংব মতমদ বাহৈ অসি হায়জন খুকম্‌গনি ।।×।।

## নোংমগী তুমলমদাই থৌনি

### বাহৈ

হে লাইয়িংখৌ সম্থোং অপান্‌ব ইবুংঙা
নহাক্কী মোংব নবান্‌সাইদ লৈরিব ননাইসিং,
অহিং ইমুং পুংঙাই অসি নাঙ্গান্‌বিয়ু
অযুক্‌ ঙন্না কোম্থাবিয়ু-য়েক্ক তিংখং পুম্নমক্‌
ভাক্‌পিয়ু ।।×।

নুমিদাং তুম্নদাইদ যুমগী যুম্নুরেন্‌ পাহন্‌ ওইবন লাইয়িংথৌদ হায়জরম্নগ তুমগনি ।

### লৈমরেন্দ

হে ইমা লৈমরেন্‌ সিদবি, লৈথুরেন্‌ নামুংবি
ইমা ন গী নথান্নু দ ননাইসিং অহিং ইমুং
ভন্‌ হায়ন কোন্‌বিয়ু-হা হাযন অযুক ঙন্না কোম্থাবিয়ু
হে ইমা লৌসরেন্‌ লৈপুন্‌বি ।।×।

মথক্কী বাহৈ অসি লৈমরেন্দ সৈথারম্নগ থৌনিজজন তুম্‌গনি ।।

ফমুং খুৎন সোক্লগ, লাইপক্ত অহুমলক কংলু অদুগ খবাই মিরেন্‌ কৌসিন্দুন নিংসা য়েংলগ তুম্‌গনি । নিংসান লৈব মাইকৈদ হান্ন য়াভাগনি । চনিং তান নিংসা হোন্দোক্কনি । অদুগ অমুক্‌ য়াওনগনি । তুমলিভৈদ মংঙাক্কব হৌনদে তিন্‌খং লাইখংনরোই ।

# চৈরাওবগী থৌনিরোল

মৈতৈগী চহি হৌব-থা সফু থান অহান,বনি। থাজ মাগী কোলোইবু সচি চিং,কোই থা কৌই। সচিবুগী নোংম পান,বদগী চহি হৌখ্রে অদুবু—চৈরাওব নুমিৎ হায়ন খঙ,নৈ ।।

চৈরাওব নুমিৎতগী চিরাং,হেল, নুমিৎ ৭ নি নামুংনৈ কনা গুম্বগী ইম্ময়ুং অমদগী অতোপ্প ইমুং অমদ পে ৎ চৈ পিথোক্লদে, মৈ-রাইরব পীরদে নামুংনৈয়ে। লংফৈ চৎলদে নামুংনৈ। চহি হৌব নুমিৎপু ৭ নি চুপ্প নামুংনৈ। চিরাং,হেল, নুমিৎ ৭ নি হাইন খঙ,নৈ ।।

চহি হৌব নুমিৎ অসিদ মৈতৈগী চংশিংগী মতুং ইন্ন মাগী মাগী ইমাংনী ওইন ইরাৎ থৌনি, উসিংসু তৌই। চৈরাওব নুমিৎকী পানক্ত য়ম খুদিংগী "লাইনিংথৌ সনা মহি" অমম্তুং ইমা চৈনরেন,বু সেংদোকই। ও ইরেন,-পুংফাই হায়দোকই। অদুগ কম, অজগী শানৌব পোৎলম,, যেন,সাং মনা মসিং, হৈ-লৈ কয়া সেম, সাজুন, লাইরিংথৌ অথেন, পোৎ ১, লেমরেন,গী অথেন, পোৎ ১ কংকনি। অদুগ মথেল, লুকোই মসিং য়াম্ন থোংলগ, খোঙ্গাল, খুদংগী মাগী মানা কোম্বোদ ফান্দোক্লদুন রাই লিংথিন চৈথোব্লগ হৈরুক, পানা, থাওমৈ, সেন্দাই পৈসা ১ য়াওন চাক,লুক, ১ কপ্লগ ও সেনদুন কংকনি। মসি কংথোকপ্রিব মতৌ ইমুংগী মী চা , ফম, সাগত্তুনসু পিবদ। লাইগী কংথোকখিব লোইরগ চানৈ। চাক,লুক, ও কংপ, ওনখিব চহিগী ১, কুম,সি চহিগী ১, নোংমৈ চহিগী ১: অসুম্ন ও অসি কংথোক,নৈ ।। অনৌব চহি অদুগী চাক,লুক, অমথক্ত কংলবসু য়াই। খুবাক,-ও লক-পোপ,-পোপ, খুদুন লাই হোদোকতুন পাওতাব্লগ কংকনি ।

## থোঙ্গান্দ চাক থাবগী মিংথৈ

কুম্‌সি চহি অসিগী নদাইরেম্ন
তরা লুক্কোয় সেমহুন কৎচরি,
ইরম্‌মাব তুমাব ইরম্‌সেম্ব তুসেম্ব
কু সেনা কুম্‌লিক্লাই অহুমদ কৎচরি
অরেম্‌ অপাবন-হন্‌ব কোক্‌চাও, হম্ন
লৈখ্রে, খুন্দা হান্‌ব অতুম্মক্ত ফংবিয়ু,
কুমসি চহিগী তিন্‌ম্ন ফৎতব, লাইমু ফৎতব
তিন্দাই লাইতাইবিরম্মু, যাইফ থোইব পিন্‌বিরম্মু
ননাইন খুকুম্‌জরি ॥×॥

মথক্তী খাহৈসিং অসি হায়হুন মায নোংপোক ওন্দুন খুরমহুন নিংথিন কৎলমগনি ।

মতৌ অসুম্ন মথক্ত হাযপ্রিব মৈতৈ চৈরাওবগী থৌরম থৌনি অসি সাগৈ অহুগী যুম্মাংব যাওরবদি তৌগনি । সাগৈ অহুদ পোকপ সিব, থোকহুন যুম মাংলবদি ঈরাৎ থৌনিবগী থবক অসি তৌন য়াদে । যুমসেংওগ তৌগনি ।

---

# লাইয়িংথৌ সনামহি খুরুম্ব

লাইনুরা ৭, লাইপাথং ৯, থেব সলাই ৯, লম্বু তুপু, তুরৈ-ইবৈ চেন্‌, অনা অয়েক্‌, তৌরবদি—ল'ইয়িংথৌ থৌনিজো অরা অনা কোক্কনি ।

লাইবিংথৌগী নমাংদ থৌনি অসি তৌড়িবৈগী মমাংদ পোং-লম্‌সিং হদ্‌ সেম্‌, সাব লোইরগ অনম্‌, অংগৌ কোকনি। তাইরেন্‌, পুংফাই পাইনা থৌনিজরিব মী অতুম্ব খিক্‌তোক হাইদোব, পিগনি। অত্তগ অমাইনন খুবাক্‌, পোপ্‌, পোপ্‌, মহুম্মক খুত্তুন লাইবিং-থৌবু হৌদোকনি। মখাদ ইরিব থৌনরোল র হৈসং অসি হায়ত্তুন থৌনিবিগনি ।।

## পোংচং

ক ১, হৈকক্‌, ১, পৈসা ১, খুদৈ অঙৌব ১
লফোই ফাংচং ১, হৈ মনম্‌, নাইব ১, লৈসং ১,
ক মতোন্‌, খোক্‌প ১, মনা মপুম্‌, ১, চেং খুৎন খোক্‌প
মক ৭ তিংথৌ মতোম্‌, মনা ৫, পান্‌ব মতোন্‌, ৭, লিন্না খরা
চুঙৌ চুহি খরা, খোইহি, য়াম, সঙ্গোম্‌ অনৌব,
সঙ্গোম্‌, অক্ষম, তাইরেন্‌, পোংফাই, খোইজু লৈখাম্‌,
খোইরু থাংমৈ ১, কবোক নাচন ৭, হৈরম ৭, লৈরম্‌, ৭,
হৈবি মনা, খরা ।

## থৌনিরোল মিংথৈ

লাইয়িংথৌ সঙোং অপান্‌ব, ইবুংঙো
নহাকী মোংব নসানিগোন্দ লৈজরিব
ননাই (চাওব চাওবী) অসি মহাক,
তিন্‌খংনরে, লাইখংনরে, তিন্‌জুরে লাইচুরে,
চৌংঙু নংগী সাইয়োন্‌, লাংওন্দ ।।
হয়ি চক্‌। হয়া লাংব চক্‌। খুমুং চক্‌। কোম্ন চব্‌,
চক্‌ ৪ গী ওইব নমিংবু সৈথাজগে ।
মৈতরং, ঈসিং তরং, মুংসিংতরং,

তরং হাঁলেল, হোল্লিব য়াইবি কোনগী
মপুথৌ অতিংকোক, মক সিদব,
যাইবি য়েলহৌঙগী অমম, লৈসা হাল্লকপ
খেরে মুংগুম, তকুপহৌ পোইদিংঙু নোংথাং তরংলেন,
তরং লাইজ ইপোকপ, ... ইরোইনাই
লাইরেন, তাওরোইনাই মুংমু সিদব মুঙ্গাং মহাবাব
যাংপ মুংথৌ পিমাব, চৌংঙু কোরহৌ অয়েংব
রাংম নিংথৌ পানজুম, লুপ্পা মপাল, থাগী
হাবা মউ লিংলকপ, মি-সেম্বাং কাঙবি ... মুংগী
পরিং লাংসং হনলকপ উকা ... যাম
মপোক, খোইরা য়াল্লকপ, চৌংঙু যাম্বা মখোনজন,
লাংবন, খোইমু খোন্দাম্নবন খোনজেন, উং...ব
মাযেক, থোক নপো..., খোইবা যাংকপ
চৌংঙু যারা ন...খানজেন, নম পোংবু খেমতমলকপ
হে ইবুংঙো নহাক্কী নতিক, ... বনন ... দাগ
হৌব লোইব মহাক্কি, তাকুব মফম ..., ...
নোংখোং কোইব ঙশনি, তরং হিলেন, হোঙ্গন
কয়াৎমুংদ সাথৌব, ঈপাকথক্কি পুযেনব
যাইবিকোনগী মপুথৌ, য়েম্নৌ চুপলি পাইরিব
তাইবঙ লৌসিং চাওবনি, কোনসেং সনা পিপাক্লেল,
... সনা লাইজলেল, লৈরক, য়াংবি সাথৌব
খোংবাল, মুংদ লালুম সনামহি চৌবরেন,
সনা ফম্বাল, মহিলেল, কে-কু হায়বমুং নহাক্কি
ফোং-ফোং হায়বমুং নহাক্কি, লায়োম্দাং তনৌব
সনা কোনসোলেল, কৈজোনব, তিল্লিলেল, কৌবমু নহাক্কি

চাক্কাক, চাহাউ, যাইফৌ যাইসন,
পুম্বম্ব পুথোক্লকপ হে ল ইঘি থৌ ।।
নহান, নোং অচুকৈ লাইক তং থক্ক
উতং কাপক হুইগ থা যেংদৌ উবোংখিন,
পবিং লাংসংহুন, উকা মাইথাং যান্ন
মালেম, লৈসেম, নকপ, ং সেপ, সেপ্তা চন্দন
কৈরাই নান্দ হন্দব, সবুবিন যাথোংলোন,
লাংহৈবিন যাথোংথিং, মালেম, লৈপুম, য়াইদ
লাইয়িংথৌ নঙবু নংন কাওরবরা ।।
উংথি তাওবোইনাই, উংচিবি, উংচিথেম,
উংচিবাক, উংচিরিং, উংচিতোক, উংচিসেং,
উং উল্লরি, ডংচিখা, উংচিথুম, উংকোল,
অং উং ঈপাক, তরং, লাইলেন, লৈতকপ, ভাংহুনেল,
উং সেং, চিংকুংলেন, সনামহি নানসাংং
পুংসিং লাংরান, নোংপুম, হি -স -সিং
মিহিংচিক, মিহিংসং, লৈপুং হেম, সিবি
লাহরেন, পোরোং খোকপা থুবাহ সোংবু
কোন্দে ভাংবা কোইলৌ অমম্ম, অচিব,
মম্ম্ব, খোক খে ইব, অখেব, নোংদমলেন,
অথুব কোনখৈলেন, অতম্ব, নোঙচাও,
নোংনাংলেন, অপোংব, হজোলব, সনা
কোন্সৌলেন, কৈজোনব, চিরেন, ভাংলেনব,
সনা তিলিলেন, কোলজ ওব, সমদোন, অয়াংব,
লাইয়িংথৌ হলব, কৈরুমলেন, নোংলুমলেন,
ভাং-কুপ, ফেৎ চুমথাং কুপ-ফেৎ হা-ইফেৎ তিং-তিং
হায়ন কৌই। অসিস্থ মদে নদে ।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অমাইবন সোনবিরগ—খুৎফাং তরা লোন্দুন=হে ইবুংঙো নংগী হৌক্কম নতিক নয়াই লাংওন ৩৬৫ সৈথাজরবনি। তিল,-লাই-ফংতব ঙাকপিযু-তিন্দাইবিরো, লাইতাইবিরো, নদাই-রেম অসিগী। হাহৈ অসি হায়রগ খুরুমগনি ।।×।।

সুমাং ময়াইদা লা-তানি। লাইন্নরা ৭, সাইপাখং ৯গী লা মচেৎ ৭/৯ পরেং ২ য়ুংনা থাগনি। ল,ংজরিব অথ্‌ম অহাও তোংতুন অরোইবদ কৎকনি। য়াম, কবোক মাচন ৭, হেরম ৭, লৈরম, ৭ হৈকি মনানচিংবসিং অচুদি কোম্বোংদ থাদোক,উ। অতাইরে ই লাইরোন্ন তাইগনি। থোনি মতোন, লোম,গনি ।।

---

# লাই পাওতাক,চব

মৈ লাংপ অমসুং লুরেন কৎপ লাইগী থৌরম অমা তৌগে হায়রবদি-নোংম হাৎলিডৈ হায়বদি থৌরম তৌগদব নোংম লৈক্নি-লৈঙদগী সুমিদাংরাইরমদ য়ুমগী লাইয়িংথৌ সনা মহিদ পাওতাক,-চগনি (বাতোন) তৌগনি, লাই পাওতাক্কব য়াদে ।

## পাওতাক হাহৈদি

চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম, লাইয়িংথৌ
সম্বোং পুংমাই লেপ,ন পান,ফরিব
ননাইন হয়েং কোরৌ সুমিৎত
লাইয়িংথৌদ তরা লুক্লেন, কৎচগে

সোম্নপুংগী ফম্বাল, লাংবিযু
চীংঙু ভাংলৌ খাদ ননাই "নপিংঙা" না
পাওতাক চবি ।X।।

মথক্কী পাওতাক ৱাহৈ অসি হাযরগ লাই নিংথৌদ পাওতাকচগনি মতমদি শুমিদাংৱাইরমদ ।

## পোংচং

লাইফি ফিদোন, ১, লা লাত্তোন, ১, হৈসং ১,
লাংথৈ মাত্তোন, ৫, লৈ অঙৌব খবা, হকুক, ১
পান তাংগ্র ১, ক্রুক্রু-থাংমৈ-সন্দাই, অসিনি
লোইরব ।



মথং কোংগদবা :—
পুজারি থাবী থিরেন থৌনিরোন
ওসুবা শরুক,

কোপী মশীং ১০০।
ডিসেম্বর ১৯৯২

লাইরিক ফংফমদি : নমথোকচবা মশাদা ফংবিগনি।
য়েস্নেহ্রম মুনান মৈতৈ, ঈশৈশকপা
থোংলেন তাইবী লাংথাকপান ( কুঞ্জা )

মমল, লুপা ৩০/—

নমফম :— অরুনকুমারী প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরি বার্ক্স ।